অফোংবা :—

শ্রীহিদংময়ুম শশীপূর্ণ শর্ম্মা

য়াইস্কুল, চিংঙাখম লৈকাই।

27222

অহানবা কোঙবা

ডিসেম্বর ১৯৮১ ইং,

কোপি—১০০০,

ৱাইরিক ফংফম :—

ৱাইটর এসোসিয়েশন

পাওনা বাজার।

নম্কম :— ওরিয়েন্টেল প্রিন্টিং হোম

য়াইস্কুল॥

# ৱাহৈদোক

মনিপুর ভারতকী ষ্টেট অমানি লমদি পাক চাউদে অদুবু চিং-তম অনিগী লিরবা মশাগী সজিত লৈজবা লমদমনী, চিং-তম অনিমক্তা মাগী মাগী কাংলুপ কাংলুপশিংগী মশা মশাগী ঈশৈ জগোই সংস্কৃতি নিংথিনা লৈজে। মনিপুর লৈহৌবৈঙুদগী নিংথৌ পালকপা লৈপাক অমা ওইনা লৈরকপা মরমনা রাজব্যবহার হৌন লমচৎ থকশি- খাশি চৎনবী নিয়ম কয়াবু ঙাকনা ফজনা চৎপা লৈপাকনী।

লমদম অসিদগী থোকলকপা কলা আস য়াম্না থোং নৌবা ব্যবহার কাইদবা অইংবা কলা অমা ওইনা থোরকই, লম অসিগী নৃত্ত নৃট্য, নাট্য, দা নাট্যগী মরমদা মুনি ঋষিশিংনা ইরম্বা সাস্ত্রসিংদা ইরিবা নিয়মশিংগা য়াম্না চাননা লৈ। নাট্য, রূপক অসি য়াম্না লিরবা মতমদগী মমি তাহনা লৈরে, নৃট্য নাট্যদি লৈহৌবৈঙুদগী অদুমক লৈরে হায়বা য়াই নাট্যসাস্ত্র অভিনয়দর্পণ, সাহিত্যদর্পণ, দশরূপকনা চিংবা সাস্ত্রশিংনা নৃট্য নাট্য অমাংসু রূপক অমাগী হৌনবী চংগদবা মচাকশিং আঙ্গিকাভিনয়, বাচিকাভিনয়, আহার্য্যাভিনয়, ভাব, বিভাব, রস বৃত্তি, সন্ধিনাচিংবাশিং অসি মনিপুরগী অরিবা লাইহরাউবদা লোইনমক নিংথিনা য়াউরি, অশুম্না লিরবা মতমদগী হৌজিক ফাউবা চথরকলিবা নৃট্য-নাট্যশিং লাই হরাউবগী মথংদা রাস, গোষ্টলিলা, মানভঞ্জন, মথুরাবিরহ অমাসুং শুমাংলিলাদ মনিপুরগী পৌরাণিক ওইবা মোইরাংপর্ব্ব হরিশ্চন্দ্র, লিলা কয়া

সমাজিক লিলা থেঙ্গুসিলা থাংমৈমখোং থোকলিল', কয়া অসি চংথরকই, মতম মতমগী চানবা লিলা কয়া চংথরকলি অম্সুম্না থিয়েটর—ড্রামা ষ্টেজদা শান্নবা লিলা কয়াম্সু লিখরবা হৌরবা চংনবী লিলা কয়া মনিপুরগী মকম অয়ামদা তৌনরি উংনরি ঐনা নাট্যবু পামজহনা সেবা তৌজরু-বদগী, নাট্যগী মরমদা ওবা শুরুশিংগী মফমদগী খর খখদং তমজরুবা মরম অহুবু "নাট্যদা চংবা মচাক" হায়না মিংথোনজহনা লাইরিক মচা অসি লৈপাককী নাট্য সেবাদা খর খজিঙং তেংবাংবা য়াউজবা য়াগত্রা হায়হনা থৌরম অসি পাংথোক্লবা হোৎনজবনি; লাইরিক মচা অসিদা নৈনজরিবা হিরম খর অহু শমলপ্লা পজরি, হিয়মশিং অহুদি ভাব, রস, নায়ক নায়িকা ভেদ, বৃত্তি, সন্ধি, দশরূপক, অষ্টাদশউপরূপক, হিরম খর অসিনী, অরান অহুই কয়াবু ঙাকপিয়ু হায়না ইবুংঙো ইবেম্মাগীশিংগী মফমদা নিজরি, লাইরিক অসি ছাপা তৌজবদা খর থুদবা য়াদবা মরমদগী বনান্ খর লানবা য়াউজখরে মসি মথংদা ছাপা তৌজবদা চুমথোকচগে হন্দকী অসিদি ঙাকপিয়ু হায়না থুকমজরি।

শ্রীহিদংময়ুম থম্বাল শর্ম্মা
য়াইস্কুল।

## তেংবাং বিবাশিংগী মঙমদা

ঐনা "নটদা চংবা মচাক" হায়না মিংথোনজবা লাইরিক অসি ফোংনবা কোংনজবদা ডাক্তর শ্রীয়েংখোম ভাগ্য সিংহ ( Ex প্রেসিডেন্ট মনিপুর সাহিত্য পরিষদ 'না সাহিত্য-দর্পণদা য়াউবা নাট্যরস কয়াবু ঐঙোন্দা তম্বী তাকপি অমাসুং লাইরিক অসি ফোংনবা হোংনবদা মতেং কয়া পাংবি। ঐনা ঐগী ওঝা ইয়াম্বা ডাক্তরবু হয়া হয়া থুকমজরি।

লাইরিক অসি ছাপা তৌজবদ মনিপুর ষ্টেট কলানা শেলগী মতেং পাংবিহনা ফোংবা ঙমজবনি, ঐনা মনিপুর ষ্টেট কলাবু তৌবিমল থংবা উৎচরি

লাইরিক অসি ফোংবদা ডিপুটি চিফমিনিষ্টর শ্রীযুক্ত ইরেংবম তোমপোক সিংহনা লুপা ১০০০/— তেংবা পিনবি, মতম পুম্নমক্তা কাউঙমগ্রবা অমাসুং তৌবিমল থংববু ইবুংঙো ! তোমপোক সিংহগী মঙমদা উৎচরি।

ওরিয়েন্টেল প্রেস য়াইহুলগী প্রোপাইটর শ্রীযুক্তা অরিবম ব্রজমনি শর্মানা ঐনা ইজবা "মৈতৈ জগোই থুংথেক" অদুগা ঐনা ইজবা "নাট্যদা চংবা মচাক" লাইরিক অন অসি শ্রীযুক্ত ঐজ্ঞাগী প্রেশতা ছাপা তৌজবদা তেংবাং কয়া পিবিবগা লোইননা হোংনবিহু লাইরিক ওইনা অনি অসি পুথোকচবা ঙমজবনী, অদুনা শ্রীঐজ্ঞাগী মঙমদা নোল্লুকপগা লোইননা তৌবিমল থংবা উৎচরি।

লাইরিক অসিগী চেগী মথৈ মনিরপু গোমেণ্টকী এডুকেসন ডিরেক্টরিয়েংকী ডিপুটিডিরেক্টর শ্রীহজবম গৌরচন্দ্র শর্মানা অহোংবা রেটকী চে পিনবিবগীদমকসু ডিপুঃ ডিরেক্টরগী মঙমদা তৌবিমল থংবা উৎচরি।

শ্রীসারুংবম অমুজাউ সিংহ এ, ডি, ইউ, আর্টিশনা লাইব্রিক অসিগী কোভরগী মতেং পাংবীবগী ইনাউগী মকমদা তৌবিমল খংবা উৎচরি।

শ্রীথম্বাল শর্ম্মা

—·—:*:—

## বাহৈ খরদং

মরুওইনা নাট্যাভিনয়দা শকক্ষম অনি লৈ মতুদি ১। আবিদ্ধ ২। সুকুমার।

১। আবিদ্ধ অসিনা ফোংদোকলিবদি, নাপল তৌবা চাউথোকপা অয়াকপা, ফত্তবা, অসিগুম্বাশিং অসিনী, হাক-থেংননা লান তৌনবা, ফুবা, চৈবা, মিত্রং লৌনম, তৌবা, অরাবা, নৈবৎপা, পুক্নিংদা কন্না ময়াইকাবা ওইরকপা, অসিনাচিংবা অসি আবিদ্ধ অভিনয়গী শকওংনী।

লাই, হিংচাবা ময়াইকানা চাউবা অসিগুম্বসিগী অভিনয়দা পাত্র পাত্রি ( Artist ) অহুনা মতিক চানা শাগদবা ওই অসিগুম্বা অভিনয় অসিবু সাত্ত্বতীবৃত্তি অমাস্থুং আরভটী বৃত্তিনী খংনৈ, অভিনয় অহুদা অপাম্বা, অনৌবা, মশাগী পুক্নিংগী অথোৎপা, পুক্নিংদা অইংবা অমাস্থুং তথকপা কাউরকপা উৎলবদি মতুবু শুকুমার কৌই, শুকুমার অভিনয়গী বৃত্তিদি কৈশিকীনী, তোইশুম্বাস্থুং, মসিবু শাগদবা Artist শিং অহুদি মথকা পল্লিবা ভাবশিং অসিবু নিংথিংনা ফোংদোকপা শুমলবাশিংভনা ওইগনী।

আবিদ্ধ-গী রূপতি - সুংশিনৈন্তবা লিচৎ ওইগনী অদুনা সুপীগী লিচদ্‌সি কৌনমচাউবী ওইগনী।

সুকুমার=গী রূপতি—জগোই ঈশৈ হৈবী ককবী সুপী ময়াম্না য়াউগনী। আসশিং অসিবু নাট্যশাস্ত্রনা মথাগী অসুম্না হায়নি :—

"প্রয়োগো দ্বিবিধশ্চৈব বিজ্ঞেয়ো নাটকাশ্রয়ঃ
সুকুমারস্তথাবিদ্ধো নাট্যযুক্তিসমাশ্রয়ঃ॥
যত্ত্বাবিদ্ধাংগহারস্তু চ্ছেদ্যভেদ্যাহবাত্মকম্।
মায়েন্দ্রজালবহুলং পুংসো নেপথ্যসংযুতম্॥
পুরুষৈবহুভির্যুক্তমল্পস্ত্রীকং তথৈব চ।
সাত্বত্যারভটাযুক্তং নাট্যমাবিদ্ধসংজ্ঞিতম্॥
.... .... ... .... .... .... .... .... .... ... .... .... ....
.... .... ... .... ... .... ... .... ... .... .... .... ....
এষঃ প্রয়োগঃ কর্তব্যোদৈত্য দানবরাক্ষসৈঃ।
উদ্ধতা যে চ পুরুষাঃ শৌর্যবীর্যবলান্বিতাঃ॥
... ... ... .... .. .... ... ... ... ... ... .... ...
কুসুমারপ্রযোগাণি মানুষেষ্বাশ্রিতানিতু॥"

(নাট্যশাস্ত্র, ১৪/৫৭÷৫৯, ৬১, ৬২,)



ভারতীবৃত্তি = বাঙাংবনা অথোইবা ওইগনী বারেংশিং অদু সাহিত্যগী ওইবা শেংদোকলবা পংলোন লোনবা বা পংঙাং ঙাংনবা নত্তবা বারেংন। ওইগনী, নাট্য অভিনয়দদি বা-ঙংবনা অথোইবনী। ভারতী অসিবু ধনঞ্জয়গী দশরূপক অমসুং সাহিত্যদর্পণ নাচিংবনা হায়রি॥

সাত্বতীবৃত্তি = সত্ত্বগুননা তিনবা, হায়বদি নুংঙাইবা, থৌনা অইনকনবা ময়াইকাবা, মঙানলৈবা, অবা অনা লৈতবা, অসিনাচিংবা উৎপবু সাত্বতীবৃত্তিনী থংলৈ॥

অবাবা লৈতে, অতোনবা লৈতে, বীরভাব অবাংবাথাক, নুংশি নুংঙন অস থোইনা লৈরোই, লাইবু নিংজবা থাদোকপা, ঐবু লৈরি কাউথোকপা, অসিনা চিংবনু লাইগীরোমদা নিংজববুনু য়াই। অসদু সাত্বতীবৃত্তি কৌই॥

কৈশিকী বৃত্তি = বৃত্তি অসদা ঈশে জগোইনা ওইগনী, ঈশৈ জগোই হৈবী নুপী য়ামা য়াউগনী, নিংথিজরবা ফিজেং লৈতেং তৌগনী। শৃঙ্গাররস ওইগনী; অসিবু কৈশিকী বৃত্তি কৌই॥

লিলা অদুদা নায়ক নায়িকা অমুনা পুক্নিং থোংপা নুংশিনবা হেল্লকপা অসিনা চিংবা অসি মরু ওইনা য়াউগনী।

আরভটীবৃত্তি = বৃত্তি অসিনা — লৌনম তৌবা, মিকং, লাল, শাউবদগীমিৎ উদবা, হাৎপা পুনবা অসিগুম্বা অসি উৎপাবু আরভটী বৃত্তিগী শকফমনি, থৌজাল য়াউদব। পুকচেল থোইবা অসিনাচিংবা ওইগনী॥

———

# ৱাহৈ খরদং

শ্রীহিদংময়ুম থম্বাল শর্ম্মানা ইবা “নাট্যদা চংবা মচাক” হায়বা লাইরিক অসি পাজরে। লাইরিক অসি সংস্কৃত লোনদা ইবা “দশরূপক” অমসুং ‘সাহিত্যদর্পণ’ হায়বা লাইরিকী মতুং ইন্না ইবনি। শ্রীশর্ম্মানা ইরিবসিন্থু নাট্যকলাদা পুক্নীং চংলিবা অমসুং চংলিবীশিংগী মতেং থরদং ওইননবগীদমক্তি। লাইরিক অসিনা গ্রন্থকারগী উদ্দেশ্য সিদ্ধি ওইগান হায়না আশা তৌই। মথং মথং অসুম তৌনা নাট্যকলাগী মরমদা কুপ্না কুপ্না থিজিন্নরকপা মীশক থোরক্লবদি মনিপুরদা নাট্যকলা অসি চাউখৎলকপসি শোয়ররোই নিংই। লাইরিক অসি বানান থর লাল্লিবসি প্রিন্টিং মিষ্টেক ওইগনি নিংই। ইতি

আশ্রব
শ্রীঅরবম ব্রজবিহার শর্ম্মা
কাব্য ব্যাকরণ স্মৃতিতীর্থ
এম্ জে: এন: ইউনিভার্সিটি
এসিষ্টেণ্ট প্রোফেসর।

তাং ১৩ | ১ | ৮২ ইং,
ইম্ফাল

মাননীয়—শ্রীযুক্ত হিদংময়ুম থম্বাল শর্ম্মা মহোদয়না ইবা "নাট্যদা চংবা মচাক" কোবা লাইরিক অসি মফম মতাং থর পাজরে, পাজবা মতাংশিংহুদগী ঐনা লাইরিক অসিগী কান্নগদবা থরদং থংজে মহুদি—লাইরিক অসিনা সমাজদা হেন্দোই থোইদোক্লা নাট্য সেবাদা পুক্নিং চংবা-শিংদা রস আস্বাদন মপুং ফাহল্লগনি, অমস্তুং নাট্যগী পাত্র-পাত্রীশিংবু মথৌদা মপুং ফাহনবা লাইরিক অমা ওইগনি নিংঙি, লেখকনা মসিগুম্বা লাইরিকশিং অসি পুথোকলকপগী সাহস পিনবিয়ু হাইনা ঈশ্বরদা চেৎনা প্রার্থনা তৌজে।
ইতি

শ্রীগোকুল শাস্ত্রী
ব্যবস্থাকারী ব্রহ্মসভা
মনিপুর
তাং ১৪।১।৮২ ইং।

শ্রীঐচ, থম্বাল শর্ম্মানা ইবা " নাট্যদা চংবা মচাক " হায়না মিংথোনবা লাইরিক অসি পাজরে। মপুং ওইনা নাট্য শাস্ত্র অমস্তুং অভিনয় দর্পণদা ইবা লাইরিকনি। নাট্য হায়বা অসি কগোই, ঈশৈ অমস্তুং অভিনয় পুনবা রংগ মঞ্চদ উৎপা কলানি। মরম অদুনা মসিগী মচন কয়া-মরুম লৈ হায়বসি খঙনরবনি॥ শ্রীশর্ম্মানা য়াম্না কুপনা মচনশিং অদুগী থাগোম্নবা গুণ অমস্তুং অকুপ্পা মচাক উৎনবা লাক্লি। মনিপুরগী নাট্য কলাগী ইতিহাসতা লময়ানবনি হায়বা য়াই। অদুবু খজিক্তং মচাভানা অমস্তুং শীনবদা মথং মনাউ নাইনা থম্বীরম্লবদি লাইরিক অসি ফজরমগদবনি। মথংগী খুৎনমদা লাইরিক অসিগী ছাপা অমস্তুং অতৈ মচনশিং শেমদোকপা ঙমগনি হায়না থাজজে।

ইম্ফাল, ১।১।৮২ ইং,

(সিঐচ, মনিহার সিংহ)
সেক্রেটরি
মনিপুর ষ্টেট কলা একাদমি
ইম্ফাল।

# Manipur Dramatic Uunoin. Imphal.

শ্রীহিদংময়ুম থম্বাল শর্ম্মা একাডেমিক এৱার্ড উইনরনা ইবা "নাট্যদা চঙবা মচাক" থুংইদা প'য়ে লাইরিক অসি সাহিত্য দর্পন, দশ রূপক অমদি নাট্য শাস্ত্রদগী মরু ওইনা সাহিত্য দর্পণদগী খনগত্তুনা ইবনি হায়নিংই। ড্রামাগী মরমদা মশক শেংনা মপুং ফানা ইবা লাইরিক অসি থম্বাল শর্ম্মাগীনা ইহান হানবনি। ড্রামা তৌরিবা, নৈনরিবা অমদি পামজবা মীওইশিংগী য়াম্না কায়বা অরাংপা অমদি শ্রীথম্বাল শর্ম্মানা মেনশিল্লে হায়নিংই। লোন লাইরবদগী সংস্কৃতকী রাহে কয়ামকুম শিজিন্নবগী ঙমংঙায়ডবা থরা লৈরবস্থু কেলচর কয়ানা অপাবগী থুদোং-চাদবা কয়া শ্রীশর্ম্মানা কোক্কবা হোংনবসিস্থু য়াম্না থাগৎনিংঙায়নি। অসিগুম্বা লাইরিক কয়া পুথোকলক্লুনা নাট্যগী পুক্কে অসি চাউথংলকনি হায়বগী আশা অসিনা হেন্না ঙমংঙায়বা পোকহল্লি। শ্রীশর্ম্মানা অমুক্কা হেননা পুক্লিং চংবিহুনা অতোপ্পা লাইরিক পুথোকলকপা ঙম্নবা ঈশ্বরনা থৌজানবিসন্নু।

শ্রীভুবন সিংহ

তাং ১০।১।৮২ ইং,

*President,*

*Manipur. Dramatie Union, Imphal.*

# ১

মণিপুরদা লাই হরাউবদগী হৌরদুনা রাস লীলা ফাওবদা চহী যুগ কয়াসিদা শান্নকইবা লীলাশিং অসিগী মপু ওইবা থরাযদি রসনি। বৈষ্ণবশী সাহিত্যনা চঙ শিল্লকপদগীদি রসকী মশক অসি চুম্বগা ৯গুম্বদগী হেনদোক্লদুনা রস ৬৪ য়োনা যাম্নমক কুপ্পা ভক্তি নত্রগা শৃঙ্গারগী কুপথ্রবা মশক য়োরকই। অদুবু পুম্নমক অাসবু মশক তাক্লবা সংস্কৃত লোনগী শাস্ত্রগী মণিপুরদা অনুবাদ তৌবা লাইরিক্তি যাম্নমক তাঙলি। অসিনা পুম্নমক অসিবু কুপ্পা নৈনবগী থুদোং চাবা ফংনদ্রি।

মতাং অসিবাইদদি শ্রীথম্বাল শর্ম্মাগী লাইরিক "নাট্যদা চংবা মচাক" হায়বা থসং অয়াংপ অসি মেল্লকইবা। চুম্বগী "অভিনয় দর্পণনা কোম্নদুনা থওরিগী ওইবা শরুক্তা" "দশরূপক" অমসুং "সাহিত্য দর্পণ" য়াওদবা য়ারক্তিবনি মাযকৈ অসোমদা ফনা কুইনা নৈনরক্লিবা ডাক্তর একাদমাগী সিনিয়র শুরু শ্রীশর্ম্মন হায়রিবা লাইরিক অদুমমক অসি নৈনরগা মচং ওইব শরুক্তা জগোইঈশৈ অমসুং লীলাগা থানবা য়ান্দ্রবা অভিনয়গী শরুক অমসুং রসকী মশক নৈনরি।

লাইরিক অসি থরা কুপ্পা নৈনবদা নাট্যশাস্ত্রদগী চথরকলিবা জগোই ঈশৈ অমসুং নাট্যগী পরম্পরাগী কুপশিনবা অমসুং নুংঙাইবা মশক থেংনগনি ইচম চম্বা মণিপুরী লোন্দসু ফোঙদোকপা ওইবনা অর্থ থঙবদা থোইনা ৱারোই। রস শাস্ত্রগী কুপশিনবা মশক অমসুং

২

বৈষ্ণব অমগী মীৎয়েংদা ওইথোকপা য়াবা শক্লোন কয়া-মূক থেংনগনি

ঙশেংনমক লাইত্রিক অসিনা বুদ্ধিগী পচাক কয়ামূক পীবদা নত্তুনা অপাবা থুদিংদা অভিনয়গী অমম্ভং রসবী অঙকপা শক্লোন কয়াবু থেংনগনি। মসিগীদমক অইবগী হোৎনজবা অসি মতৈ য়াল্লে হায়না লৌগনি। নাট্য মশক তাক্পা অমা ওইনা কুইনা সৈহোরগদবা ।ইরিক্লি।

এলাংবম নীলকান্ত সিংহ
ডাইরেক্টর
সোসিয়েল রেলফেয়ার আর্টস এণ্ড কলচর।
ইম্ফাল তাং ২১|১|৮১ ইং,



প্রাচিন ভারতকী নাট্যগী দর্শন অসি য়াম্না মপুং ফাবা, মীওইবশিংনা খংবদা কায়বা, পঞ্চম বেদ মকী হায়না লৌনরবা দর্শননি। নাট্যশাস্ত্র, অভিনয় দর্পন, সাহিত্য দর্পন, অসিচিংবা প্রাচিন ভারতকী মরুওইবা লাইরিকশিং-দগী মচং ওইবমখৈ লৌখংলগা মরিকচুম্বা খুদম অমত্তুং ব্যাখ্যা পীত্তুনা ইবা ঐজ্ঞা হিংদংময়ুম থম্বাল শর্ম্মাগী "নাট্যদ: চংব মচ.ক" হায়বা লাইরিক মচা অসি লমদম আসগী নাট্য কর্ম্মীকশিংগী লমজিং মৈরা ওইনরগদবা অবদায়ী কাংজনিংই। ভাব রস অমত্তুং নায়িকা লক্ষন নৈনরকপগী মতাংদা ভক্তীরসামৃতসিন্ধু নাচংব বৈষ্ণবশিংগী মরুওইবা গ্রন্থশিংদগীসু মচং ওইবা বা কয়া লৌখত্তুনা হাপচিনবা অসিনা প্রাচিন ভারতকী নাট্যদর্শন নৈনবদা নত্তনা গৌরিয় বৈষ্ণব সমাজ অসিগী ওইজবা থাজবা লৈরোং-হৎলবগুম হেন্না মশক থোক্কা অপাবশিংদা কায়বা কং-হল্লগনি নীংজে।

লাইরিক অসনা লৌখংলীবা মতাংশিং অসি তশেংনা নাট্যগী লমদা মচং ওইবা মচাক ওাক্লী।

সংখ্যা ইবোত্তোম্বী
গ্রেজুয়েট নেসনেল স্কুল ওফ
ড্রামা ( ডিরকসন )
তাং ১৬।১।৮১ ইং,

# AN APPRECIATION

There has b·en an effiorescences of artistic ativit'es in the Post-Independance period, especially in the field of performing arts. It is marked by a mushroom growth of performing groups all over the country. With the improvement of communications and the breaking of geographical barriers our traditional performing art forms, have been exposed to the impact of similar forms existing in other regions and countries. As a result there is an ever increasing threat to our performing arts of losing their own ancient moorings. In our country the training in performing arts was imparted on the basis of ancient Gurukula system. Now with the change of time it is being more and more institutionalised. What a student imbibed with his long study and performance association with his Guru has to be learnt in a class room within a stipulated time. A student rarely gets a firm grounding in the theoritical aspect of his particular form of art preserved in our Texts The texts being in Sanskrit very few students have the paticnce to undertake a proper study of them Under these circumstance, this book "NATYADA CHANGBA MACHAK" by Guru H. Thambal Sharma will prove to be immensely useful to the students and practioners of Dramatic art.

Our traditional Theatre has been a composite art. The knowledge of Geet, Nritta, Nritya and the Rasa--Bhava, Abhinaya etc. Was considered essential for a successful performer, I am happy to note that in this book the learned author, himself a performing artist of repute, has compiled from various Source Books the necessary material and presented it in Meitei translation to facilitate every student. This may also serve as a reference book to the serious students of Theatrical art. In the end may I suggest to the author to follow this up with another volume, relating the textual material contained in this book to the existing traditional performing art forms in the field of Music, Dance and Drama in Manipur !

( Govind Vidyarthi )
Secretary,
J. M. Manipur Dance Academy, Imphal.
28 | 1 | 82.

॥ শ্রীঃ ॥

। শ্রীনটরাজায় নমঃ ॥

আঙ্গকং ভুবনং যস্য বাচকং সর্ব্ববাঙ্ময়ম্।

আহার্য্যং চন্দ্রতারাদি তং নুমঃ সাত্ত্বকং শিবম্॥

অঃ দর্পণ

---

ঐবু লেলা তম্বীরকপা ওঝাশিংবু খুরুমজে

১। ৺সরোখাইবম লালিত সিংহ।

ওঝাগী চরন্দা খুরুমজে।

২ ৺খোমদ্রাম ধনচন্দ্র সিংহ

ওঝাগী চরন্দা খুরুমজে।

৩। ৺নোংমাইথেম স্বাধর সিংহ

ওঝাগী চরন্দা খুরুমজে।

শ্রীচোংথাম ময়ূরধ্বজ সিংহ

ওঝাবু খুরুমজে।

শ্রীয়েংখোম ভাগ্য সিংহ

ওঝাবু খুরুমজে।

নাট্যরস তাকপিরবা :—

১। পাণ্ডরাজ ৺অতোম্বপু শর্ম্মাগী

চরন্দা খুরুমজে।

২। পণ্ডিত হিদংময়ুম ৺ভুতনচন্দ্র শর্ম্মাগী

চরন্দা খুরুমজে॥

---

# হিরম তাকপা লামাই

---



শ্রীহিদংময়ুম থম্বাল শর্ম্মা

সেনিযব গুরু

জবাহবলাল নেহরু মণিপুব ডান্স একাদেমী .

ডিবেক্টব, মণিপুব ড্রামাটিক ইউনিয়ন, ইম্ফাল।

# নাট্যদা চংবা মচাক

কলা ঃ—মীওইবনা থম্মোইদা মুংঙাইবা অপেনবা ওইবা থবক থৌরম অমাবু পুথোক্নুনা সমাজনা পামনরবা অকাইবা য়াউত্রবা থৌরম অমা পুথোক্নুনা উৎলিবা তারিবা অছুবু কলা হায়না খংনগনি।

কলা অসি মখল অনি থোকনা শাস্ত্রনা খাইদোকই। মদুদি ঃ—

১। দৃশ্য কাব্য  ২। শ্রব্যকাব্য অসিনি।

১। দৃশ্যকাব্য—মিৎনা য়েংনবা অউবা।

২। শ্রব্যকাব্য—নাকোংনা তানবা, অম্নুম্বা কাব্য অসি মখল অনি থোকনা খাইদোকই।

পঞ্চভূত

১। ক্ষিতি—লৈপাক

২। অপ—ঈশিং

৩। তেজ—মঙাল

৪। মরুত—নুংশিৎ

৫। ব্যোম্—আকাশ

মখল মঙা অসিনি।

## বৃত্তিচতুষ্ট উদ্ভব

নাট্য গুরু ভরত মুনিনা হায়, বেদ মরিদগী বৃত্তি মরি থোকই।

ঋগ্বেদাদ্ ভারতী বৃত্তির্যজুর্বেদাত্তু সাত্বতী।
কৈশিকী সামবেদাচ্চ শেষাচাথর্বণাত্তথা॥

১। ঋগবেদ-দগী ভারতী বৃত্তি লোই—রস বীভৎস, রৌদ্র
২। যজুর্ব্বেদ দগী সাত্বাতী বৃত্তি লোই—বীররস রৌদ্র, অদ্ভুত
৩। সামবেদ-দগী কৈশিকী বৃত্তি লোই—শৃঙ্গারস, হাস্য
৪। অথর্ব্ববেদ দগী আরভটী বৃত্তি লোই—রৌদ্ররস, বীভৎস রস, ভয়ানক রস,

অসিগী বৃত্তি অসি মাগী মাগী ওইবা, কাংলুপা শাগৈ স্বরূপ, হায়না লৌবা য়াই।

## আঙ্গিকাভিনয়স্য প্রকারভেদাঃ

হকচাং কায়াংশিং মথলশিংবু খাইদোকপা (অভিঃ দর্পণ্)
আঙ্গিকাভিনয় অসি মথল অহুমথোক্না খাইদোকই।
১। অঙ্গ ২। প্রত্যঙ্গ ৩। উপাঙ্গ অহুম অসিনী।

১। অঙ্গ—কোক, খুৎ অনি, থবাক, নাকল অনি, খ্বাংগী নাকল অনি, খোং অনি, মখোই তরুক অসিবু নাট্য বিদশিংনা অঙ্গ কৌই হায়না তাকই।

২। প্রত্যঙ্গ—পাম্বোম অনি, লেংজুম অনি, নংগল, পুক, কৈবোম অনি, খুকউ অনি। ৬ অসিনা প্রত্যঙ্গ কৌই।

৩। উপাঙ্গ—খুজেং অনি, খুবোম অনি, খুনিং অনি (খুংকী; ওকশম, মিৎ, পিশুম, পা, মিংনহা অনি, খজাই অনি,

নাভোল, চাইরুং, চীনবান, য়া, লৈ, খদাং, মাই মখোইশিং অসিবু উপাঙ্গ কৌই।

জগোই শকওং অহুমখোক্না থাইদোকই। মাহুদি :—

•নৃত্ত, নাট্য, নৃত্য ॥

## শিরোভেদাঃ

### কোকৌ ক্যিমম লৈথোক লৈশিনগী মখল

শিরোভেদা—কোকৌ ক্যিবম মওং কোক-লৈ মখল মাপলবু অভিনয় দর্পণগী মত-তা তাকলি।

১। সমশিরঃ ২। উদ্বাহিতশিরঃ ৩। অধোমুখশিরঃ ৪। আলোলিতশির ৫। ধুতশির ৬। কম্পিতশির ৭। পরাবৃত্তশির ৮। উৎক্ষিপ্তশির ৯। পরিবাহিতশির অসিনী।

১। সমশির—কোক নোম্বদবা লুকথদবা মাই লোংবস্তু নত্তবা য়াং-তিংনা লেপ্পুনা মিৎ চুমথ্রিং য়েংহুনা মাই লুকথদবা লোংদবা হায়গত্তনা চুম্না থম্না লৈবা ক্যিবমবু সমশির কৌই।

শিজিন্নফ :—জগোই কৌবদা, জপ তৌবদা, ধ্যান তৌবদা, নাপল ফোংদোকপদা. সুংশিবা, শাউবদা চংক্রবদা অসিনচিংবদা শিজিন্নবা য়াই

২। উদ্বাহিতশির—মথকলোমদ মাই হায়গৎপবু উদ্বাহিতশির কৌই।

শিজিন্নকম :—ফিরান, থা, অতিয়া, চীং, অতিয়াদা পাইবা পোৎ, অৱাংবদা য়েংবা, অসিনাচিংবদা শি জন্নৈ

৩। অধোমুখশির—মাই মখাদা ওন্থবদি অধোমুখশির কৌই।

শিজিন্নকম :—ইকাইবা, ওইনবা, খুরম্না, থৱাই মুংঙাইতবা মখাদা লৈবা পোৎ য়েংবা, অসিনাচিংবদা শিজিন্নৈ।

৪। আলোলিতশির—কোইনা লৈবা অসিবু আলোলিতশির কৌই

শিজিন্নফম :—ভূম্বদা, মুংনাংবা, লাংতক্নবা, ঙাউরবদা, জ্ঞান মাংবদা, হৌনা লাউনা নোকপদ, আলোলিতশিরনা শিজিন্নগনী।

৫। ধূতশির—বাম দক্ষিণ ভাগেষু চলিতং তদ্ধূতং শিরঃ

অঃ ভিঃ

ওই য়েংতা কোকনা হাইববু ধূতশির কৌই।

শিজিন্নফম :—লৈতে, হায়বা নাকলদা হন্না হন্না য়েংথোরকপা থাজদে হায়বা, নত্তে ওইদে ইংবনা নিকপা, চৈ নিকপা, য়ান্না শাউরবা অসিনাচিংবদা ধূতশির শিজিন্নগনী।

৬। কম্পিতশির—মথক-মখাদা কোক হায়ববু কম্পিতশির কৌই।

শিজিন্নফম :—শাউরকপদা, হংবা অহুম লৈয়ু, মশিং থিবা, কৌবা চৈবা অসিনচিংবদা শিজিন্নৈ।

৭। পরাবৃত্তিশির—ভুংলোমদা মাই লৈথোক্নুনা য়েংবা মতমদা ওইরিবা কোক্নী ফিবম অসিবু পরাবৃত্তশির কৌই।

শিজিন্নফম :—ইকাইহুনা মাই লৈথোকপ, কনাগুম্বু য়েংনিংদবা থৌশাদবা মতাংদা, নাকতা, তেন্দোংদা য়েংবা, ভুংহন্না য়েংবা অসিনাচিংবা অসিদা পরাবৃত্তশির শিজিন্নবা য়াই। (অশাউবদগী য়েংনিংদবা উৎপা)।

৮। উৎক্ষিপ্তশির—য়েং, ওই, অমদি মথকলামদা কোক হাই-গৎপবু উৎক্ষিপ্তশির কৌই। হায়বদি থদাং হায়গৎপা।

শিজিন্নফম :—য়াবা, তৌরো য়ায়ে হায়না ইঙ্গিত পিবা, পোৎলো হায়বা, লাউ হায়বা অসিনচিংবদা শিজিন্নৈ।

৯। পরিবাহিতশির—নাক য়েন্ত মতাং মতাংগী মচুংইন্না হাইবা কোক মগুংবু পরিবাহিতশির কৌই।

শিজিন্নফম—সাধন তৌবা, গুকপা, হৱাউবা, শাউবা, বিচার, নিংশিংবা, লোৎপা থুপ্পা, য়াবা উৎপা, অপেনবা, খাইনবা, শুমহৎপা অসিনাচিংবদা শিজিন্নৈ। মওং অমম্তুং কোইনা মাইকৈ মরিমক্তা হৈংবা, কোক্লী চালনবুস্থ কৌই।

— — — —

কলা, অভিনয়, ভাব, স্থায়ীভাব, রস নৃত্ব নৃটা নাট্য নাটক রূপক, গুন, ( সত্ব রজ, তম রূপ ॥

অবস্থানু কৃতি নাট্যম্

অর্থ অবস্থা (মওং-মতৌ) মতৌ তম্ববু নাট্য ( লীলা ) কৌই।

কলা

মীওইবনা তাবা উবা য়েংবদগী পুক্নিংদা মুংশাইবা কাউনা থোকলিবা ফংলকলিবা মহাউ অহুবু কলা হায়না কৌই।

খুদম—ইশৈ তাবা রাগি তাবনচিংবা অমম্তুং য়েংবদগী থম্মোইদা ফাউরকলিবা মুংশাইবা, অয়েকপা লাইনচিংবা উবদগী পুক্নিংদা কাউরকলিবা অসিবুনি॥

অভিনয়—অয়েংবশিংগী মকমদা করিগুম্বা থৌওং অমগী মতৌ তমহনা উত্তুনা শাহনা থংহল্লিবা অহুবু অভিনয় কৌই।

খুদম—বৃন্দাবনগী নিংথিরবা কুঞ্জবন্দা শ্রীমতি রাধিকা অমদি গোপীশিংনা মবুংঙো শ্রীগোবিন্দগীদমক লৈ পরেং লৈ নাচোমনচিংবা শেম শারি॥

মারেং অসিদা রাধা অমম্তুং গোপীশিংগী মতৌ তমহনা লৈ পরেং লেংবা নাচোম শেম্বনচিংবগী মতৌ ভম্বা উৎপদা অয়েংবশিংনা মুংশাইবা অপেনবা হাউবা অসবু অভিনয় তৌবনী হায়না থংই॥

## চতুর্বিধ অভিনয়

তত্র ত্বভিনয়শ্চৈব প্রথ স্থমিতি কথ্যতে
অঙ্গিকো বাচিকশ্চৈবাহার্য্যঃ সাত্বিকোহপরং।

অভিনয় মথল মরীনি মগুদি :—

১। অঙ্গিকাভিনয় ২। বাচিকাভিনয় ৩। আহার্য্যাভিনয়
৪। সাত্বিকাভিনয়। মথল মরি অসিনি॥

১। অঙ্গিকাভিনয়—

চতুর্দ্ধাভিনয়স্তত্র আঙ্গিকোহত্রৈবনির্দর্শিতঃ।

মিৎ মাই হকচাং-কয়াংশিং (অঙ্গ, প্রত্যঙ্গ, উপাঙ্গ) খুৎনচিংবা লেং ওৎতুনা থৌওং অমদি পোৎশকপু তাক্লুনা উৎপবু অঙ্গিকাভিনয় কৌই॥

২। বাচিকাভিনয়=

বাচাবিরচিতঃ কাব্যনাটকদিষু বাচিকাঃ॥

করিগুম্বা ভাব অমবু বা ঙাংদুনা ইশৈ শক্লুনা মুংগী ভাব ফোংদোকলিবা অদুবু বাচিকাভিনয় কৌই॥

খুদম—পাত্র পাত্রীশিংনা অওক-ওকথোং তৌদুনা লিলাদা ভাব ফোংদোক্লুনা ঙাংনবা, ৱারি লিবা, লাই হৈরাওবদা, রাসদা উৎলি শকলিবা অসিনী।

আহার্য্যাভিনয়=

আহার্য্যো হারকেয়ূর বেষাদিভিরলঙ্কৃতঃ

ফিজেং নৈলেতেং লিক-কোয়া নৈলেতেংদুনা মশক অমা তাকপবু অহার্য্যাভিনয় কৌই॥

খুদম :—কনাগুম্বা পাত্র অমা পাত্রী অমনা ফিজেং নৈলেতেংদুনা রাম, সিতা শ্রীকৃষ্ণ, নিংথৌনচিংবা শাবা অমম্বুং চাকলিব,

থোংশংবা অসিচিংববু শাহ্নুনা অয়েংবা ভাবুক্তা পাত্র পাত্রী অহুনা শারিবহু মায়া উংহুনা কোংদোক্লবদি মহুবু অথর্য্যাভিনয় অহু ওইরবনি॥ মখল অমদা হরিশ্চন্দ্র লিলাদা হরিশ্চন্দ্র শারিবা পাত্র অহুনা লিলাগী অহানবা শরুক্তা নিংথৌগী ফিজেৎ লৈতেং ভোহুনা নিংথৌ শারে, মথাগী শরুক্তা হরিশ্চন্দ্রনা চণ্ডালগী ফিজেৎ লৈতেং ভোহুনা চণ্ডালগী থবক ভৌই মসিমক আহার্য্যাভিনয়গী মণ্ডণনা ওইবনি।

ভারত নাট্য শাস্ত্রদা অধ্যায় ২৩ দা আহার্য্যাভিনয়গী মতমদা শন্দোক্লা ইরি, আহার্য্যাভিনয় অসি মখল অনি থোক্লা হায়রি। মহুদি— ১ আহার্য্যাভিনয় ২। নেপথ্যবিধ ন নেপথ্যবিধানবু মরি থোক্লা অমুক থাইদোকলি মহুদি (ক) পুস্ত, (খ) অলঙ্কার (গ) অঙ্গরচনা (ঘ) সজীব অমুম্বা মরি অসিনী।

(ক) পুস্ত—রঙ্গমঞ্চদা লিলাদা চংগদবা পোৎশক অয়েকপা অশাব (বস্ত) যুম, দোলাল, উ-রা লৈ ভুরেল রথ দোলায় ফিরান, লম্বী ( stege গী পোৎচং ) পুম্নমক অসিবু পুস্ত কৌই॥

(খ) অলঙ্কার—ফিজেৎ লৈতেং লিককোন খুজি খুদোপ নাইন্ মুহুপ শেৎন-ইনব ফুরিৎ অসিনচিংবা অসিবু অলঙ্কার কৌই॥

(গ) অঙ্গরচনা—দেশ, জাতি, চহি মতাং অহুগী মাইদা য়েকপা হকচাংদা য়েকহুনা শারিবা অহু মাম্নবা ভৌবা, কুহু ওনব কোই হাপ্পা অমুম্বা শাগাদারিবা অহুবু মাম্নবা য়েকথোংপগী মভেংনা মাম্নবা শেগ্বা অসিবু অঙ্গরচনা কৌই।

(ঘ) সজীব মথোং পানবা পান্দবা মথোং অমি পানবা মরি পানবা জিব শা উচেক শা-ঙা থরাই পানবশিংবু রঙ্গমঞ্চদা পুথোকতুনা উৎপবু সজীব কৌই ॥

ভরত মুনিগী মত-তা ফিজেং লৈতেংনা মীশক শেম্বা, নহানা অহল মান্নবা য়েকথোক্তুনা শাজংনা মান্নবা অহলনা নহা মান্নবা শেম্বা তোংঙানবা জাতিগী মশক মানবা শেম্বা খুজিন খুয়া ফাউবগী মওং হায়রি। নাট্যদা ফিজেং অসি য়াম্না মরু ওইবনী, মসি য়াওদনা ইচম চম্না করিগুম্বা নাট্য অমা তৌবদা শাগদৌরিবা অদুগী ফিজেং লৈতেং অদু য়াওন্রবদি লিলা অদু ওইদরে। মসি চেকশিন্না শেম শাব্রবদি নাট্য লিলা অদু ওইবা য়াদে মসি য়াম্না চেকশিনগদবনী।

সাত্ত্বিকাভিনয় –

সাত্ত্বিকঃ সাত্ত্বিকৈর্ভাবৈর্বিভাবিতঃ।

ভাব স্থায়ী ভাবনচিংবা ভাবশিং মুন্না মশক থংনা থম্মোইদুংগী ভাবশিং অদু পুক্রিংগী অনিংববু মপানথোক্না কোংদোকপা মাই মিং হকচাংনা কোংদোকলকপবু সাত্ত্বিকাভিনয় কৌই ॥

ব্যাখ্যা – সাত্ত্বিক ভাবতা লৈবা মনুংগী অকুপ্পা মথল নিপাল লৈ মথোইশিং অসিনা কোংদোকলকপবু সাত্ত্বিকাভিনয় হায়না থংগনী ॥

মথল নিপাল অদুদি অসিনী।

স্তম্ভঃ স্বেদোঽথ রোমাঞ্চঃ স্বরভঙ্গোঽথ বেপথুঃ
বৈবর্ণ্যমশ্রুপ্রলয় ইত্যষ্টৌ সাত্ত্বিকাঃ স্মৃতাঃ ॥

মদুদি – ১। স্তম্ভ ২। স্বেদজল (স্বেদ) ৩। রোমাঞ্চ ৪। স্বরভঙ্গ ৫। বেপথু (কম্প) ৬। বিবর্ণতা ৭। অশ্রু ৮ – প্রলয়। মিকার মথল ৮ অসিনী ॥

সাত্ত্বিকাভিনয় অসি উৎপা অমস্তুং বিকার অসি পুথোক-কদৌরিবা পাত্র অগুনা করিগুম্বা ভৌশিন্নবা য়াদে ভৌশিন্নবনদি বিকারশিং অসি অওইবা ওইনা শেংনা থোরকলোই, পাত্র অহুনা হুমাং ভারকপা মমিত্তগী প শিল্পরকপা কুচুওনবনচিংবা ময়েক শেংনা থোরকতে। স্বরগী বিকার পুক্কিংগী স্থায়ীভাব সঞ্চারি-ভাব মরম শেংনা থমগনি; মশানা মশাবু কাউগদবনী, মতুত্তদা সাত্ত্বিকাভিনয়গী বিকার থোরকনী॥

১। স্তম্ভ—য়ুম্বীগুম্বা চপলেপ্পা নিংখিবা য়াশলদা চপম্নুংনা খন-খিবা মিংকম হোংদবা করি অমত্তদম্ম য়েংদবা, অতে অমত্ত উরকত্তবা মসিদা স্তম্ভগী বিকার ফাউরকই। সম শির সম পাদ ওইননী (হরাউবদগী, শাউবদগী ওকপা অমস্তুং কিবদগী)॥

২। স্বেদ-হুমাং শৌবা লাইবক্তা মাইথোংদা হকচাংদা হুমাং মরিক মরিক থোকলকপা অহুবুনী (শাউবদগী, হরাউবদগী অকিবা, অয়া-মৈশাদগী, ওৎনৈবা খাংবদগী)॥

৩। রোমাঞ্চ ভুচুংবা কপনিংবা ফাউরকপগী অহনবা বিকার অমস্তুং ইংবদগী, কিবদগী, শাউবদগী, হরাউবদগী ফাউ-রকপা বিকার অহুবু রোমাঞ্চ কৌই

৪। স্বরভঙ্গ মুংশাস্বর চাং নাইরক্তবা, স্বর কাইরকপা য়াবা ভুচুংবা শাউবা, হরাউবা কিবদগী ইকাইদবগী পোকই।

৫। বেপথু-হকচাং তনিক তনিকপা শোনবদগী, থবক হেজিন-বদগী অনাবনা চৎপা ওমদনা নিকপা, শাউবদগী ইংমনবদগী কিবদগী থোকই॥

৬। বিবর্ণতা—কুচু ওনবা, কুচু তাইকেং তাইবা, নাবা পুক্লিং রাবদগী মৈশা লাংবদগী, ইংবদগী, কিখিবদগী হরাউ-মনবদগী বিকার অসি থোকই।

৭। অশ্রু—পি শিন্থবা অরাবদগী (থস্তোইগী) শাউনখিবদগী নাবদগী বিকার অসি থোরকই॥

৮। প্রলয়—জ্ঞান মাংবা, রান্থবা অসিবু প্রলয় ভাব কৌই। মসিগী থোরককমদি, শোম্বা হেনজিনবদগী রামন্নুনা রান্থবা রাখল ভাব অমদা য়ৌনা খনজিনবদগী বিকার অসি থোকই।

---

## ভাব

### ভবতীতি ভাব

পুক্লিং রাখলনা করিগুম্বা মওং থৌরম অমা শাগৎলকপা অমম্ভুং ওইরকপা অদুবু ভাব কৌই। পুক্লিংদগী কাউরক্লুনা মাই মিং হকচাংদা বিকার মওং মখল মখল থোরকই। মসি ভাবনি, অশ্বাউবনা রা অমত্তা ভাংদনা, নোকলকই, শাউরকই, কপলকই মসি ভাবনি॥

### স্থায়ীভাব

ভাব অদুগী য়ুক্ষম ওইবা লেংদনা লৈবা অরেপ্পা রাখল অদুবু থংনৈ, থৌওং অমা লেংদনা খমলগা মদুদগী মওং শককম করা থোরকই লেংদনা লৈবা অদুবু স্থায়ীভাব কৌই।

মদুদি—মথোং ভেকপা মুপা অমনা মাগী অনাবা অরাবদু খন্নুনা কাব্রিবা কাউবা অবা অনাদু মঙোন্দা মপুক্লিংদা অদুমক

লৈ, মদু লেংদবা ভাবনি. মদুদগী হিদাক তৌগনী ; কদোমৈ ফগনি রাখল মখল মথেল কয়া থোরকই অনাবদুদি লেংদনা অদুমক লৈ মদুবু স্থায়ীভাব কৌই।

## বিভাব

থৌদোম অমগী মরমদা থৌদোক অদু থোররবগী মরম অদুবু বিভাব কৌই

অরাবা মুংঙাইবা স্থায়িভাব ( লেংদবা রাখল ) বু পোক-হল্লকলিবগী মরম অদুবু বিভাব হায়না লৌগনি বিভাব অসি মখল অনি থোকনা খাইদোকই মদুদি :- (ক) উদ্দিপন বিভাব (খ) আলম্বন বিভাব অসিনী

উদ্দিপন বিভাব– স্থায়ীভাব পুম্ববু ওম্মোকহলকপ চাউথোক পাকথোকহল্লকপবু উদ্দিপন বিভাব কৌই।

খুদম :–ভক্তনা শ্রীকৃষ্ণ নিংজবদগী উনিংবসি মওল মওল অস্থুম অস্থুম হেজ্জলকই মওল মওল অস্থুম হেজিল্লকপা অদুনী॥

আলম্বন বিভাব—স্থায়না মঙোন্দা লৈবা ভাব অদুবু আলম্বন বিভাব কৌই

খুদম :–ভক্তশিংনা শ্রীকৃষ্ণতবু নিংজৈ মুংশিজৈ মুংশবা অদুগী তুংনফমদি শ্রীকৃষ্ণনী ; ভওগী মুংশিজবনা শ্রীকৃষ্ণদা লেংদনা লৈরে অদুনা মসিগী মমুংশ অসি আলম্বন তিভাবনি। আলম্বন বিভাব অসি মখল অনি থোকই। মদুদি :- ১। বিষয়ালম্বন ২ অশ্রয়ালম্বন অনি অসিনী।

ভক্তশিং অদুনা শ্রীকৃষ্ণদা তুংজর, চংজরিবা মসিবু আশ্রয়া-লম্বন কৌই।

অদুগা কৃষ্ণবু খুংশিন্নিবা তংতনা উনিংলিবা পামলিবা অদুবুনা মরম থোরমনি অপাম্বনী অদুনা তংতনা খুংশিন্নিবা পামলিবা অদুবুনা বিষয়ালম্বননী ॥

## অনুভাব

স্থায়ী ভাবনা মরম ওইদুনা মাই মিংতা কোংদোকলকখিবা খুৎ খোং ইন্দ্রিয়শিংনা দুংগী লেংদবা ভাবকী বিকার মওং মওং থোকলকলিবা থবক থোওং অদুবু অনুভাব কৌই। পাংথোকলিবা থবক ওইনা থোরকলিবা অদুবুনী ॥

শমনা হায়রবদা বিভাব হায়বসি মরম হায়বা য়াই, অদুগা অনুভাব হায়বনা থব· থোওং হায়বা য়াই।

## সাত্বিকভাব

পূক্নিং চপ য়ুংনা খন্দুনা লেংদবা বাখল অমবু মপান্দা কোংদোকলিবা অদুবু সাত্বিকভাব কৌই ॥

খুদম :— শ্রীগৌরচন্দ্রনা শ্রীকৃষ্ণবু নিংশিংবদা শ্রীকৃষ্ণগী লিলাশিংবু খল্লুবদা মওং মথল মংলকচাংদা মাইথোংদা কোংদোকলকই মদুবু সাত্বিকভাব হায়নন্নু খংনৈ।

সাত্বিকভাব অসিগী বিকার মওং ৮ লৈ। মদুদি :— স্তম্ভ, স্বেদ, রোমাঞ্চ স্বরভেদ, বেপথু, বৈবর্ণ, অশ্রু, প্রলয় মখম ৮ অসিনী মদুদি মথক্তা পনজিল্লিবদুনী ॥

## সঞ্চারিভাব অমসুং ব্যভিচারিভাব

ভাব অসি অমত্তনি মমিং অনি থোকপনি। লেংদনা লৈবা স্থায়ীভাবতা অতৈ অতৈ ভাবনা হেক্তিল্লকপা ওমল্লনা স্থায়ী

ভাব অথুনা ম-ক মওং ওন্না ওননা লাস্তুনা অয়েপ্প লৈরক্ত্রু বদি মথুবু পঞ্চারিভাব—ব্যভিচারি ভাব হায়না কৌগনী, মসিদি লেংদনা লৈবা য়াদে মচেৎ মচেৎ ওয়া ওয়া মশক হেক হেক হোংগদবনী।

সঞ্চারি—মচেৎ মচেৎ ওইবা।

ব্যভিচারি—মওং অয়েপ্পা লৈতবা।

ভাব অসিগী শকওং মশক ৩৩ শুই। মথুদি নির্বেদ, বিষাদ, দৈন্য, গ্লানি, শ্রম, মদ, গর্ব, শঙ্কা ত্রাস, আবেগ, উন্মাদ, অপস্মার, ব্যাধি, মোহ মৃত্যু আলস্য, জাড্য, ব্রীড়া, অবহিথা, স্মৃতি, বিতর্ক চিন্তা, মতি, ধৃতি, হর্ষ ঔৎসুক্য, উগ্রতা অমর্ষ্য, অসূয়া, চাপল্য, নিদ্রা, সুপ্তি, বোধ॥ ৩৩ অসিনী, সঞ্চারিভাবকী শকওনী॥

১। নির্বেদ= অরাবা কাইনবা কললকপা রাখলদগী থোরকপা পুক্নিং শাউগৎপা মতৌবু নির্বেদ কৌই॥

২। বিষাদ— নিংবা থুংদবা, মুংনাংবা কংনিবা কংদবা অদুবু বিষাদ কৌই

৩ দৈন্য= অরাবা নংবা লাইরব গতি লৈতবা অকিবা মরাল-দগী অতোনবা ওইথরকপা অসিবু দৈন্য হায়না খংনৈ॥

৪। গ্লানি= রাবা থবকশুবদগী রাব পুক্নিং রাবা রত্তিদগী রাবা চোকথবা অসিশিংবু গ্লানি হায়না খংনৈ।

৫। শ্রম—লমশাং চৎপগী রাবা জগোই শাবগী রাবা রত্তিনা রাবা অসিবু শ্রম হায়না খংই

৬। মদ—মরাইকাবা পোৎ চাক্ল থকলুবদগী তাউচৎনবা তাংববু খংনৈ।

৭। গর্ব্ব - শক ফজবা, নিংথিবাগুন লাইবক ফব', অথোইবা নায়ক নায়িকাবু ওইরকপদগী পোকলকপা নাপলবু থংনৈ।

৮। শঙ্কা = হুরানবা, লাল্লুবা, মুংশিহৈত্তবা, চিংনবা অসিদগী পোকলকপা ভাবপু শঙ্কা হায়না থংনৈ॥

৯। ত্রাস - নোংথাকপা নোংথাংকুপ্পা আকবা শানচিংবা উবা অথাক অরাউ তাবদগী ওইরকপা অকিববু থংনৈ।

১০। আবেগ—নুংশিবা উন্নবা তানিংবা তাবা নত্রগা উনিংদবা শকউবা তানিংদবা তাবাদগী পোকপা ভাবপু থংনৈ

১১। উন্মাদ - মুংঙাইবা হেনমনবদগী ময়াইকাবা চাবদগী মুংশিনবা কাইনবদগী ঙাউচংনবা অদুবু উন্মাদ কৌই।

১২। অপস্মার—মশা মথেং তারকপদগী পুক্লিংদা পোকলকপা বিকার অদুবু থংনৈ।

১৩। ব্যাধি—কাইনবদগী রাখল অরাবা পোকলকপা অদুবু থংনৈ। লাইনা ওইরকপা॥

১৪। মোহ—হরাউমনবদগী অপাম মুংশি কাইনবদগী ওইরকপা ফুমথংনবা মুংবংবা অদুবু থংনৈ।

১৫। মৃত্যু—অর্থদি শিবা হায়বনি লোগদৌরিবা ভাবতি শিগদৌরবা হায়বনি, অপাম মুংশি কাইনবদা থাংবা ঙমলকত্রদুনা শিরগা মুংঙাইরগদবা থল্দুনা থৌরাংবা অদুবু থংনৈ।

১৬। আলস্য—মশান নিংনা তম্লকপা থবক রাবদগী তনথরমপা মতৌশিং অসিবু থংনৈ

১৭। জাড্য—অপাম্ব, নত্রগা পামদবা মীশক উরুবদগী নত্রগা তানিংদবা তাকব অমাদি পামু শেংনবা রথলদগী পোকলকপা পংথরকপা মতৌ অদুবু থংনৈ।

.৮। ব্রীড়া নৌনা ত্তিয়ব হৌনদবা থবক তৌব অমদি মীনা মগুন থাগৎপা নত্রগা থৌশাবিদবদগী ইকাইবা ফংবা

১৯ অবহিথা – ইকাইবা হঙোইবদগী অশেংবা মতৌ লোত্তুনা অতোপ্পা মওং অমা উৎপবু থংনৈ ॥

২০। স্মৃতি – নিংশিংবা, শকমাম্নবা মীশকনচিংবা উবদগী নিংশিংলকপা মতৌ অহবু থংনৈ।

২১। বিতর্ক—কা হেন্না চিংনরক্লবদা কা হেন্না মওন মওন থল্লকপা মতৌবু থংনৈ

২২। চিন্তা অপাম নুংশি থুংদব নিংজবা ফংদবা মীনা ইশাগী মাংননবা ওইররবদা মতুনা ব্রাথল নম্বে। চাউননবা ওইবরকপ অহবু থংনৈ।

২৩। মতি – অশেংবা মশক লেপ্পংবা অদুগী অর্থথিবা ( করমতৌশিগে )

২৪। ধৃতি —অরাবা লৈতবা অমাদি অথোইব। অহেনবা ফংবদগী পুক্নিং ইংনা লৈতান লৈবা মতৌ অহুবু থংনৈ ॥

২৫। হষ —অপাম্বা উবা ফংদবদগী নুংঙাইবা

২৬। ঔৎসুক্য – নংবা থুংবা ( ফংবা, নত্রগা উবদগী হৈনিংবা পোক্লকপা অহবু থংনৈ

২৭। উগ্রতা – ( হকচিনবা হিরম থুদিংগী ওইব য়াবদা )

২৮। অর্মষ – অতোপ্পনা পিবা অপমান ( ইকাইবা ) ফংবদগী কা হেন্না শাউখিবদগী ওইরকপা বিকারবু থংনৈ।

২৯। অসূয়া – অতোপ্পানা মাইপাকপা ফংখিবা মতৌদা কল্লক থম্বনগী মতৌ ওইবা বিকারবু থংনৈ

৩০। চাপল্য—পুক্নিং তয়াং তশোইবা মসি অনুরাগ মন্নগা কল্লক থম্বনবা মতমদা ওইগনি।

৩১। নিদ্রা—চোকথরবদা পুকনিংগী থবক লেপথিবা তুমথথিবা।

৩২। সুপ্তি=রাথল মওন মওন থনবদগী তুমথবদা মং মংগনবা অহুগুম্বা উরোন শারোন তুম্বা অসিবু থংনৈ।

৩৩। বোধ—তুম্বা য়াদবা মিংকপ থংথোক থোকপাদা উবা, থংবা গুম্বা অসিবু থংনৈ।

বিভাব, অনুভাব, সাত্বিক, ব্যভচারিভাবশিং, অসিদগী রস পোকই। ভাবশিং অসিদগী পোক্লকপা স্থায়ী ভাব অহুদগী পোকলকপা মহাউ অহুবু রস কৌই।

## অথ অষ্টরস

শৃঙ্গার বীর করুণাদভুতহাস্যভয়ানকা:
বীভৎসরৌদ্রৌ চ রসাঃ শৃঙ্গারঃ শুচিরুজ্জলঃ

শ্রীভগবান নন্দিকিশ্বরনা ইবা অভিনয়দর্পণদা নাট্যরস অসি মথল ৮ নী হায়।

মহুদি :—১। শৃঙ্গার (মুংশি মুংওন)
২। বীর—(অথৌবা থৌনা কবা অরেম্বা)
৩। করুণ=(অরাবা। কপ্পবুম্ব থংনৈ)
৪। অদ্ভুত=(অঙকপা উবা তাবা)
৫। হাস্য=(নোকপা—নোকনবুম্ব থংনৈ)
৬। ভয়ানক=(কিবা অকিবা)
৭। বীভৎস=(তুক্কচবা হৈলোইবা)
৮। রৌদ্র=(অশাউবা শাউবা)

হায়রবা মথল নিপাল অসি আদিরসনী ॥ মথংদা নাট্যাচর্য্যশিংনা সান্তরস হাপচিল্লে হৌজিক রস মাপল শুরে, বৈষ্ণবাচার্যাশিংনা বাৎসল্য রস অমুক হাপচিল্লে অহুনা রস তরা শুরে। বৈষ্ণব কবি শ্রীরূপ গোস্বামী শ্রীল জীবগোস্বামীনাচিংবনা ভক্তি রস মথল ৫ থকপু অথোইবা রস ওইনা লৌখৎলি। মখোদ শান্ত, দাস্য, সাখ্য, বাৎসল্য মধুর মথল মসি অসিনা। রসশিং আসগী ওইফম থোকপা মশক মখাদা তাকলি। রসশিং অসিবু মাগী মাগী কাংলুপ শাগে অমুক খাইদোকলি, মথল অহুমনী। মখোদ :–

১। প্রাকৃত–অচম্বা মিৎনা উবা ফংবা তাইবংমীগী ওইবা শমনা হায়রবদা মালতি মাধব, শকুন্তলা অসিশিংদা লৈবা রস অসি অউবনী মীওইবদা লৈবা রসনী ॥

২। অপ্রাকৃত—চম্দবা, মিৎনা উবা ফংদবা ধ্যানদা লৈবা রাধা কৃষ্ণগী তত্ত্ব থম্মোইদা ফাউবা রস অসিনী ॥

৩ আভাস মীচমদা ওইবা মতিকচাদবন চিংবাশিংদা ওইহনবা। আভাস অসিগী শকফম অহুম অমুক থোকই মখোদি :–

১। প্রসিদ্ধ = মহৈ য়াল্লবা মপুংফারবা (তৌজমল ফংলবা)

২। কৃত্রিম = তাৎ শেমজিনবা শাজিন্নবা।

৩ সিদ্ধ – মহৈ। মশক অহুম অসি আভাসগী শকফমনী ॥

পূর্ব্বরিংগী মওং ফিবম ফিত্থপ মথল মরি লৈ মখোদি

১। বিকশিত = শাংকাইরকপা।

২। কিম্মার = পাকথোকলকপা নোইথোররকপা।

৩। ক্ষবধ = লাংতক্লবা।

৪। বিক্ষোপ = ইনথোকপা। মথল মরি অসিনী। মথক্তা হায়প্রিবা রস মথল ১০ আসগী মশক মচু স্থায়ীভাব দেবতাশিং মখাদা তাকলি।

# নব রসকী স্থায়ী ওইবা মীৎয়েং



১— শঙ্গার রস
( নুংশি নুংওল )



২- হাস্য রস
( নোকপা )



৩— করুণ রস
( অরাবা, কপ্পা )



৪—রৌদ্র রস
( অশাউবা )



৫—বীর রস
( থৌনা, অথৌবা )



৬—ভয়ানক রস
( অকিবা )



৭—বীভৎস রস
( তুক্কচবা )



৮—অদ্ভুত রস
( অঙকপা )



৯—সান্ত রস
( অইংবা, অশেংবা )

শৃঙ্গার রস অসি অনিথোক্না খাইদোকই। মদুদি :—
১। বিপ্রলম্ভ শৃঙ্গার ২। সম্ভোগ শৃঙ্গার অসিনী॥

১। বিপ্রলম্ভ শৃঙ্গার—নায়ক নায়িকা অনিনা নিংজবা থুংনদবদগী থোৱাংবা, থুংশিবা হেনগংলকপা উনবা ফংদবগী মৈচাক থম্মোইদা লাকপা তোকম থংদন। চাকপা আসনী॥
বিপ্রলম্ভ শৃঙ্গার অসি মশক মওং মরি অমুক থোকই।

২। (ক) পুর্ব্বরাগ (খ) মান (গ) প্রবাস (ঘ) করুণ বিপ্রলম্ভ মরি আসনী॥

(ক) পুর্ব্বরাগ—ভাবদগী উবদগী মহৈ মহৈ রাগ পোকনবা; উনবা ফংদবদগী থোকলকপা অদুবু পুর্ব্বরাগ কৌই॥

(খ) মান—অনুরাগ লৈনা শাউবা অদুবু মান কৌই। মানগী থোরকফম—কেনবদগী, থম্বনবদগী মান অসি থোকই। মওং বিকারদি : চিংনবা, খাংঙমদবা, নাপল, কপলকপা, থম্বনবাশিং অসি মানগী সঞ্চারি ভাবকী বিভাবশিংনী॥

(গ) প্রবাস—নায়ক নায়িকানা উননিংবগী উনবা ফংলক্তবদগী থম্মোইদা কাউরকপা থোৱাংবা খাংঙমদবা অদুবু প্রবাস কায়না থংনৈ। স্বরমপি হোনবা, কপথোক্লকপা, কোকলু ইকা কাবা থংঙমদবা।

(গ) করুণ বিপ্রলম্ভ শৃঙ্গার— নায়ক নায়িকা অনি উন ফংলক্তবদগী হকচিন্না রাবা হেনজিলকপদগী বিকার অসি থোরকই। খাঙমদবদগী কপথোকলকই॥

— — — —

## রসশিংগী মশক

(১)

শৃঙ্গারং মন্মথোদ্ভেদস্তদাগমনহেতুকঃ।
উত্তমপ্রকৃতিপ্রায়ো রসঃ শৃঙ্গার ইষ্যতে ॥ সাঃ দঃ

নায়োক নায়িকা অনিগী অপাম নুংশিগী পোক্লকপা রস অদুবু শৃঙ্গার রস কৌই।

নায়ক নায়িকা অপাম নুংশি খুংনবা মশা মশাদা লৈতেং কে-মৌবা পুক্নিং ইরাং হৌরকপা মথং মথং হেনগৎলকপা অসিগী মওং অসি শৃঙ্গার রসগী মওং মতৌনী ॥

বৈষ্ণবশিংনা শৃঙ্গার রসবু মধুররস কৌই।

(২)

### হাস্যরস

বিকৃতাকারবাগ্বেষচেষ্টাদেঃ কুহকাদ্ভবেৎ।
হাস্যো হাসস্থায়ীভাব শ্বেতঃ প্রথমদৈবতঃ ॥ সাঃ দঃ

মাওং মতৌ মাইমিং শাথেক্লাচিংবনা মীবু নোক্লবা তৌবা অমসুং অয়েংবনা মহুদগী ফাউরকপা রস অদুবু হাস্যরস কৌই।

লিলাদা রূপকতা মায়িদা নোক্লবা মাওং মাহৈ পরেং অউবা অতাবন নোকনিংবা ফাউরকপা নোকথোকপা অদুবু হাস্য রসনী। লিলাদা নট অমসুং নটিনা মতাং অদুগী মতুং ইন্না নোকপা অদুশু হাস্য রসনী ॥

হাস্যরস অসি মথল তরুক থোক্লা খাইদোকই। মহুদি স্মিত হসিত, বিহসিত, অবহসিত, অপহসিত, অতিহসিত তরুক অসিনী ॥

১। স্মিত—মিৎকা চিনবানগা খজিক্কং লেংহুনা নোকপবু স্মিত হাসি কৌই।
নিংথৌনাচিংবনা, য়াম্ন' চাউবা মীশকী মীনোকনি।

২। হসিত—চিনবান কাংহনা য়া উনা নোকপদু হসিত কৌই।
মযাই ওইবা মীশকনা অমুম্না নোকনী॥

৩। বিহসিত—খোন হায়কেং থোক্লা মেংনা খোম্মোক মুংশিনা নোকপা অসিবু বিহসিত হাসি কৌই॥

৪। অবহসিত—খোম্মোক মুংশিবা য়াউনা কোক লেংজুম নোম্না পেম্না নোকপবু অবহসিত কৌই।

৫। অপহসিত—পি তাব মথৈ হকথি থোক্লা নোকপবু অপ-হসিত কৌই।

৬। অতিহসিত—হকচাং থোক থোক নোম্না মথোং মখুৎ ফজ্রং-ফজ্রং কাউব চোংবা মথৈ নোকপবু অতিহসিত হাস্য কৌই।
মীচম শুনচেন্দ্রিবা মীওইগী মিনোকপু—অপহসিত, অতি-হসিত।
লিলাগীগুরু নাট্যার্চাষ্যশিংনা মিনোক থরম্নু হায়বিরমই কংনোক, থাক্লা নোকপা, অসিনী।
কংনোক—(কংনা নোকপা) লাকচৈদা, থবাই শোক্ক আঃ লাকচৈদা অসিনা চিংবদা।

খুদম—মিৎ ঈকাহুনা মিৎ শাংশং শাংবা, মশা নিকনা লাক-চৈদা হায়বনা স্থায়ীভাব ওইহুনা শাউবকপদগীম্নু বিকার ওসি থোরকই।
বিশ্বামিত্র নাটকতা বিশ্বমিত্রনা মচা শক্লা য়োকচবী ক্ষমানা বিশ্বামিত্রনা য়েংকবনি খল্লিবা বশিষ্টগী মচা মুপিগা লোম্না মুংশিনরমই হায়হুনা খংলকপা মতমদা মচা মুপিবু শাউ-রকপদগী উৎ ওলহল্লগে হায়হুনা চৈরকপা মতাংদা বিশ্বা-মিত্রনা নোকখি।

## করুণ রস

ইষ্টনাশাদনিষ্টাপেঃ করুণাখ্যো রসো ভবেৎ ধীরৈঃ কপোতবর্ণোঽয়ং কথিতো যমদৈবতঃ ॥

অরা অনা নংবা মপা মমা মচাশু শিব, তেথাংরকপা রাহৈ রাভানা অরা অনা ফোংদোক্লকপদা কাউরকলিবা মমিত্তা মপি ভারকলিবা কপথোক্লক্লীবা অহুবু করুণ রস কৌই ॥

খুদম—দেবকিনা মচা পোক্ল পোক্লগা কংশ মহারাজনা তত্তুনা হাংলকপদা. ঐগী ইচাশিংবু ইবুং কংশনা তত্তুন হাংলে হায়ত্তুনা মথবাক্তা মকোক্তা খুত্তুয়া শুহনা মাংলে মাংলে ঐবু কনবা কনবিগনী হায়ত্তুনা কপলি মসি করুণরসনী ॥ মতাং অসিদা মচা কাইনবনা স্থায়ীভাবনি মচা শিবগী ভাবনা আলম্বনবিভাব ওইরে মচাবু ঐগীনী হায়না নিংবনা উদ্দিপনবিভাব ওইরে মকোক্তা মথবাক্তা মখুৎনা শুব থাবনাচিংবনা অনুভাব ওইরে, অবাব অশুম অশুম হেজিল্লকপনা কঞাউনরকপনা ব্যাভিচারী — সঞ্চার ভাব ওইরে

কংশ মহারাজনা মচাবু মথাদপী মুন্দুনা মুংপাক্তা হাই-হত্তুনা হাংপা উবা, মচাবু শিব তারে খল্লকপা মচাবু শিরে হায়বা তাবদা দেবকী থম্মোইদা অরাবা মথং মথং ফাউগংলকই মসিনা উদ্দিপোনবিভাব ওইরে ॥

## রৌদ্র রস

রৌদ্র ক্রোধস্থায়ীভাব রক্তো রুদ্রাধিদৈবতঃ
আলম্বনমরিস্তত্র তচ্চেষ্টোদ্দীপনং মতম্ ।

সাঃ দঃ

য়েক্লবগী মথক্তা শাউহ্না তৌরকপা মওং অশাউবা বিকার অহুবু বৌদ্ররস কৌই।

য়েক্লবা হৌনখংদবা মীশক্কী কাহেনবা থাঙাং অসিদা থবক্তগী মরালদগী ইক'ই খুমনবা মীগী নিন্দানচিংব থম্মোইদগী থোক লকপা অশাউবা অহুদগী বৌদ্ররস থোরকই ফত্তবা মীশক্তা চৈবদশু ওই।

খুদম—শ্রীকৃষ্ণ অরিষ্ট হিংচাব হাংপদা থোক্লকপা বিকার অহু রৌদ্ররসনী।

হাই—ফত্তবা অরিষ্টা নংশুম্বনা ঐখোইগী গোষ্টদা ফত্তনবা থুগাইনবা তৌজবা শারি, নৈরম্ম,।

ঐনা হেক শোকপদা নহাক শিবগদবনী. ঐগী খুত্তুমনা থাবদা নহাক শাংবা শুমলোই। ঐগী পাম্বোমগী চৈক্লগী অনাবা নহাক্লা করম্না খাংগনী, খংউ ঐগী পাম্বোম অসি- বুদি লাইসোরারেনগী অকনবা নাপলবু মাংহনবনি, চীংবু উফুলগুম ওইহনবনিদো খাংউ খংজনী।

রৌদ্র রস অসি লাস্না তৌনরিবা অনিমক্তা লৈ অমত্তদা লৈবনা য়ামই, মতাং অসিদদি শ্রীকৃষ্ণ অমাম্মুং অরিষ্ট অনিমক্কী শাউনরকপনা অনিমক্তা লৈ, শ্রীকৃষ্ণন অরিষ্টদা অরিষ্টনা শ্রীকৃষ্ণদা অলম্বনবিভাব লৈ, অমানা অমবু হাংকে কায়না পুরিংদা কাউনরকলিবা অহুনা উদ্দিপ বিভাব ওইরে, চাউথোক্লা নাপল কৌনা শাংনরকপনা অনুভাবনি, চাউ- থোকনবা নাপল পুকনিংদা অশুম্না হাংকে মওং মওং কাউরকপনা সঞ্চারিভাবনী॥

## বীর রস

উত্তম প্রকৃতিবীর উৎসাহস্থায়ীভাবকঃ
মহেন্দ্রদৈবতো হেমবর্ণোহয়ং সমুদাহৃতঃ
সাঃ দঃ

মিৎয়েং লেপ্পা রাইহ রাভানা অকনবা অথৌবা অরেপ্পা কোংদোকলকপা থৌনা ফবা মসিবু বীররস কৌই।

য়েক্লুববু অকিব নৈতনা শিংনবা, অতোন অভাবু য়োক-খৎপিবা কনবীবা ধর্ম্মানা শোনথরকপদা থম্মোই শেংনা মথৌনান ধর্ম্মাবু কনবা য়েকনববু লাকশিনবা মীমুংশি খংবা অসি বীরগী শাক্তংনি। বীররস মখল ৪ থোকনা থাইদোকই।

১। যুদ্ধবীর।

২। দানবীর, দয়াবীর ধর্ম্মাবীর অসিনা।

১। যুদ্ধবীর—লান্দ নিংহন্নবা চিংলেপ্পা

২। দয়াবীর—থৌজাল হৈবা মিমুংশি খংবা থম্মোই লেংদবা।

৩। ধর্ম্মাবীর-ধর্ম্মা খংবা ধর্ম্মাদা থৌবা ধর্ম্মাবু ঙাকপদা মশা কংথোকপা রাশক চেৎপ চংনবী ধর্ম্মা ঙাকপা॥

৪। দানবীর—পিথোকপদা থৌবা অরা অনা নৈত লাইরবু মুংশিবীবা মচা মমাবু, মীগী কান্নবদা কংথোকপা ওম্বা।

বীররসগী খুদম—জরাসন্ধগা শ্রীকৃষ্ণগা লাল শোকনবদা পাম্বোমগী পাঙ্গলনা পুন্নমক্তগী অহেনবা ওইরে অতিয়াদা লালবু য়েংলিবা লাইয়াম্না শ্রীকৃষ্ণগী লিংংগী লিরিবু নাকোং ময়াতদা হৈবা উই, লিক অত্র মতম পুম্বদা কোন্দু-নতা হৈবা উই তেন ময়াম্ন অতৎপা নৈতনা কুংনা পাইথোক্লুনা জরাসন্ধগী তেংগোলদা থাবদা পোরোপ ২ তুই থৌনা, কোংনবনা স্থায়ীভাবনী, মসি শ্রীকৃষ্ণ অমাশুং জরাসন্ধদ নৈ, শ্রীকৃষ্ণগীনা জরাসন্ধনা আলম্বনবিভাবনি। শ্রীকৃষ্ণ অসি জরাসন্ধগীনা আলম্বনবিভাবনি।

অনিমন্ত্রী থৌনা ফবনা উদ্দিপনবিভাবনী, হাংকে হোৎনবা তেনকাপ্পমনা অনুভাবনী নাপল, তকশিনবা তথক তথক তৌবনা ব্যভিচারিভাবনী॥

দানবীর দান তৌরিবা অহুগী দান তৌকম অহুনা আলম্বনবি-
ভাবনী দান ফংলিবা অহুগী রাহে রাত্তদগী থোকলকপদগী দান তৌবিবাহুদা ফাউরিবা অহুনা উদ্দিপনবিভাবনী, দানগী-
দমক পৈশিলিব। অহুনা অনুভাবনী॥

ধর্ম্মাবীর – ধর্ম্মানা অলম্বনবিভাবনী, বেদ তাবা ধর্ম্মা সন্ত্র তাবনা উদ্দিপনবিভাবনী, যজ্ঞ্য পূজানচিংবা তৌবনা অনুভাবনী।

যুদ্ধবীর – য়েরবনা আলম্বমনী, য়েরুবদগী থৌওং থৌদৌনা উদ্দিপননী য়েরব মাংহননবা মতেং থিবা অহুনা অনুভাবন।

দয়াবীর— খুদোং'থব (দুর্গতি) অহুনা আলম্বননী, খুদোংথিরি-
বাগী মওং মতৌ অহুনা উদ্দিপননী, খুদোংথিবা কোকনবা তৌরিবা থৌরাং অহুনা অনুভাবনী.॥

বীর রস মথল মর অসি অচুম্বা খংবা নাপল নিংশিংবা রাখল হরাউবা অসিনা রস মরি অসিগী সঞ্চাবিভাবনী॥

## ভয়ানক রস

ভয়ানকে ভ স্থায়ীভাবো ভূতাধিদৈবতঃ
স্ত্রীনঃপ্রকৃতিঃ কৃষ্ণো মতস্তত্ত্ববিশারদৈঃ
সাঃ দঃ

ককচাংনা রাহে রাতানা কিবা খংকনবা মওং উৎলকপা মতৌ অহ উবা মীগী পুকনিংদা কাউরকপা অকিবা অহুবু ভয়ানক রস কৌই।

অকিবা পোৎ উবদা অচৌবা মরাল তৌরুবগী অরুম্বা দণ্ড ফংবগী রাখল তৌরুবদগী থোকলকপা অকিবা য়েরুবগী মায়োক য়াবনচিংবদগী কংবা তৌফম খংদবা কিবমগী বর্ণনা তৌবদা ভয়ানক রস কাউরকই কৌরককমদি অকিবনী।

অর্জ্জুনদা শ্রীকৃষ্ণন বিশ্বরূপ মূর্ত্তি উহনবদা বিশ্বরূপ মূর্ত্তিনা ময় কাথোক্লুনা মথয়াং মমুংদা প্রলয়গী মৈনা চাকপা চাউরবা চিংজ উগী য়া পরেংন· ভাইকং পান পুম্ববু ঞ্রো গ্রৌ শ ই· বগুম উরে নোংথাংদগী হেন্না পাক্লবা মৈবুনদগী হেন্না ঙাল্লবা মরৈনা লৈপাক নোংথো পুম্ববু লেক্লে হে ভগবান ঐ মিপাই-বান খাংবা ঙমদরে ঐ কিরে কিরে ঐবু কনবিয়ু পার্থ মিংথোল ঙসিদি অরেম্বা ওইরে

মসিদা অর্জ্জুনা বিশ্বরূপ উবদগী কিবনা স্থায়ীভাবনী ভয়ান-করসনী শ্রীকৃষ্ণনা অলাম্বননী য়াপরেংনা ব্রহ্মাণ্ড শাইগারকপা লৈদগী থোরকপা মৈরি চাকলকপনা উদ্দিপনবিভাবনী. ঙাকপিয় হায়না জিবনা অনুভাবনী, ঐ, অরেম্বনী হায়না চিংনব রাখল মওন মওননা ব্যভিচারিনী।

## বীভৎস রস

জুগুপ্সাস্থায়ি ভাবস্তু বীভৎসঃ কথ্যতে রসঃ
নীলবর্ণো মহাকাল দৈবতোহয়মুদাহৃতঃ

ভুক্কচবগী মশক উক্লবা অমাম্বং তাকবদগী হংলোইবা ফোংদোকলকপা ভুক্কচবা অদুবু বিভৎস্যরস কৌই।

মাই মিং হকচাংন রাহ রাতান ভুক্কচবা ফোংদোক্লকপা ভুক্কচবা হক্লাইবা পোংকি বর্ণনা তৌবদা, থম্মোইদা মুংঙাইতবা পোকপা অদুদগী বিভৎস্যরস পোকই হিয়াং অথৌবনা ভগবানগী গদানা ফুগাইহুনা কাইরবা হিংচাবগী ঈ নাই মথোই মরিন অদুবু হিয়াং অথৌবা লাংজনা চাই লান য়েংলিবা লাইয়ামগী মপুক্রিংদা বীভাসা রস অসি থোরকই ভুক্কচবনা স্থায়ীভাবনী অশিবা হকচাংনা চংবা অলম্বননী, হিয়াং অথৌবনা উদ্দিপননী,

ভুককচবা সুগংপনা অনুভাবনী, চোকথরকপা তোন্থরকপনা ব্যভিচারিভাবনা ॥

## অদ্ভুত রস

অদ্ভুতো বিস্ময়স্থায়িভাবো গন্ধর্বদেবতঃ
পীতবর্ণো বস্তু লোকাতিগমালম্বনং মতম্ ॥
সাঃ দাঃ

ও্‌ থোক্তবা পোং উবদা অমাম্বং তাবদগী পুক্নিংদা কাউ-রকপা অংকপা অদুবু অদ্ভুতরস কৌই।

কয়িগুম্বা থোইদোক হেন্দোকপা পোং উবদা থম্মোইদা লাংতরবা অমা পোকলকই মতু কনানা ওইহল্লকপা করম্বা ওই-রকপা শায়বত্র শনবদা চংকনবা কাউরকপা অদুবু অদ্ভুতরস কৌই

অংকপাবু উবদা মিং কুপ্তনা য়েংবা মুসীগুম্বা য়েংবা ঙকচানবা হুমাংকাবা ভুচুংবা মর কাইবা ভকিং > তহা তহা, ফকচানবা ঙাইগুমদবা হরাউবা বিকারশিং অসি অদ্ভুতরসদা থোকপা বিকারনি ॥

সখিনা শ্রীকৃষ্ণবু উবদা (শ্রীকৃষ্ণগী অদ্ভুত দর্শনগী মতাংদা) ইতা য়েংউ কয়াদা ঙকপ্রবনো অমম্বগা অঙানবগা অনিমকনা মফম অমাতদা পুক্লপনা লৈমিম্নরিবসে, মঙাল অমানা থরাই-পানবা পুম্নবু মুংঙাইহন্দুনা য়োকপিরি মাগী মঙালনা হুমিং থা কোটিদগী হেন্ন ঙাল্লি, লংই মফম অদুমক্তদা অমম্বা মক্তনা নোং ময়ামগী অমম্বদগী হেল্লি ইন্দ্রনিলমণিগী অমুবদগী হেন্না নমকতুনা মই কয়াদা ঙকপ্রবনো মসিবু করমনা ওইরীবনো? ওইবা হৌনবরা মসিদা অদ্ভুত 'অঙকপনা' স্থায়ীভাবনী, কৃষ্ণনা

অলম্বনবিভাবনী কৃষ্ণবু য়েংলুবা মথং মথং য়েংনিংবনা উদ্দিপন-বিভাবনী, তুচুংবা অঙকপনা অনুভাবনী, থুরকপা তথকপনা স্বরকাইবনা ব্যভিচারিনী

(খ) লক্ষণনা = হি ॥ করিনো ? খোঙ্জেনসিদি তেংবানদা ওই-থিদ্রি নিংথৌ নিংথৌরেন কম্বানা মুদেকপা ঙমথিদ্রিবা। শিবগী লিরুং পাম্বোম্বা থুক্কুনা থুদেকলিবা। নহা ওইরিবা ঐগী ইবুংঙো রামচন্দ্রগী মতিক মঙাল ফোংদোক্লকপনী পুংজাউ থিনবগী মখোল্লি খোনগী খোন্থাং চৎথিরি মাইকৈ পুম্মা শিনথিরি স্বর্গ মর্ত্ত্য পতাল পাত্রদ কম্মা কম্মা থেংজিল্লি ঙংহনা নৈরি পীত্রশিংবা লেপথিজ্রি হৌজিক ফাউবা ॥

মহাবীর চরিত কাপ্পা ॥

## সান্ত রস

সান্তঃ সম্মাবীভাব উত্তম প্রকৃতির্মতঃ
কুন্দ স্বায়ধোয়ঃ শ্রীনারাংণ দৈবতঃ ॥
সাঃ দঃ

অচিকপা অউংবা অসেংব. অরেঙ্গনা তিনবা মতৌ অদুবু উবদা পুক্কিং ফাউরকপা রস অদুবু সান্তরস কৌই ॥

তাইবং পানবদা পল্লিবা পুম্মাকপু ইপাম পামদ্রবা অত্যাগ তুংনফম ঙক্টংনা চেৎনা নৈশ্রববু সম কৌই, সম-পস্থায়ী ওইব রসবু সন্তরস কৌই ॥ মচুদি কুণ্ডো নত্রগা থম্বাল অঙৌবা ঙংগা ঙৌই লাইনা নরায়ণনা। বুদ্ধদেবগী মুর্ত্তিদা হায়রিবা সন্তরস অসি সকফম উবা ফংই। সংসারগী মীহৌনফমশিংদা পুক্কিং চংলক্তবত্থ বাথল অাসনী হৌরকফমগী, ঋষিগী পাউ-তাক তাবনচিংবা অসি সন্তরসবু নোইখৎহল্লি ॥ মথং মথং চাওখংলক্কই।

খুদম—মীওইবা ভোজনদা পুজাদা নোংমাগী লোইসিনক্লে তাইবং নাপলদি হৌজিক ফাউবা কোক্ত্রি অপাম্বদি করিমত্তা হিকথদরী, শ্রীকৃষ্ণগী চরন্দা নোংমতস্থ লৈ, তুলসি মনা অমা ফাউবা কৎতরি তোলিদকো হে তাইবং মীওইবা॥ কদাযদনো ভির্থ কদাযনো কৃষ্ণ। অসিদা সংসারগী ভোগতা লৈনিংলক্কবা নিবেদনা (অরাবা) স্থায়ীনী। কদায়দনো পুন্য তির্থ লচাংবানা উদ্দিপননী, তাইবং পুম্ববু থাদোক্কনা ভগবানগী শরনা অনুভাবনী, পুলকক থাদোকই মাংখ্রিবা মতম্বু ঐনা ভগবানবু নিংলবদী মতম লৈরি থম্মকমনচীংবানা সঞ্চারিভাবনা।

সম্ভরসনা—শট পাত্র লৈবদি উদবনী. তাবুক্কনা ফোংই অদুনা রস ওই॥

ভক্তবিল্বমঙ্গলনা বৃন্দাবনদা মদুংগী শ্রীগোবিন্দগী নাম সোনথুনা ধ্যাণ লৈরিঙৈদা মাপী চান্নরম্বা চিনতা নিমনা নিংথন্দবা মৈচাক্না মাগী থম্মোইদা চাকলহনা ভক্তবু থিরকপদা ভরহনা মখোংদা ভুরহনা হায়রকই ইবুংঙো ননাইগী ইরাল স্তাকপিম্বু নমাইগী চংজকম পিনাবিযু হায়রকপদা ভক্তবিল্ব-মঙ্গলনা মমিং পাংথোকলগা হায়রকই নংগী থম্মোইদা শ্রীকৃষ্ণগী প্রেমা পম্না লৈবে. শ্রীগোবিন্দগী নিংঙোৌ ইবুংঙো মানা নংগী চংজকম পিনাবিগনি হায়রকই মতাং অসিদা ভক্তবিল্ব-মঙ্গলদা সান্তরসনা লে॥

## বাৎসলৎ রস

স্ফুটং স্নেহং কারিতস্য বৎসলং রসং বিদুঃ।
স্থায়ী বৎসলতা স্নেহঃ পুত্রদ্যালম্বনং মতম্॥

মচা মশুনচিংবা মুংশিবা মতৌ উবদলী ভাবদগী নত্রগা মচা মশুবু লুনা চান্না তৌবা মতৌ উবদগী পোকলকপা মুংঙাইবা অহুবু ব্যাসল্যরস কৌই

সমিগী মচুদি অঙৌবাগা নাপুনা তিন্নরগা থোকপ মচুনী লাইনা গৌরীনচীংবা যোয়যা মাতৃকানি॥

পিকলিবা অঙাংনা ফজবা মতৎ মতং ওইবা বাঙাং চেন চোংহুনা শানবা, মখোইনা তৌথোকলকপা মওং মতৌবু উবদা মখোইদগী হনবাশিংনী থম্মোইদা মুংশিবা পোকলকই অহুগুম্না মমুংশি অহুবু বাৎসল্য প্রেম (মচা মশুদা মুংশিবা) কৌই।

মসি মমা থারকপদা মুংশিববুনি মমা মপানা মচাদা মুংশি হায়বসি মচা অহুনা চাউরবস্তু মমা মপানা মুংশিবা অহু কোকপা য়াদে॥

মচা মশুনচিংবনা আলম্বনবিভাবনি মখোইগী (চেষ্টা) সান্নবা নোকপা হন্না মহৈ মশিং মরল তানবা মঙল ওইরক-নচিংবাগা উদ্দিপননি ভাবনী, মচা মশুবু পম্বীবা চুম্না মফি মরোল থোনবীবা মচাদা থবকপিবনাচিংবনা অনুভাবনী, মচাগী মঙ্গল থোকদবা হরাউবা নাপল্ নিংবা থুংবনচিংবনা সঞ্চারি ভাবনি॥

থুদম — শ্রীকৃষ্ণনা অঙাং ওইরিঙৈ মানা চৎপা হৌরকপদা মমা যষোদাগী মতমপাক্তা কাথৎলো হায়হুনা যথ সানা চৎলকপদা, লংনবা ওইনা অমমুং চৎপা হৈনবা হায়হুনা তুংলোমদা খজিতং হন্দোক্নুনা কাহন্দে, অঙাং ওইরিবা শ্রীকৃষ্ণন কপনিংহুনা মমাই থাজবু খজিতং লাংশিনহুনা ওইনবা উরে মহুদা যষোদনা থুনা য়াংনা চংশিন্দুনা

নত্তে —ইমা লৈরে ইচাবু করিগীনো মচাবু পমখক্কুনা নত্তে মমান চেংনা কোনশিনবি অমত্তুং থেমই ॥

মসিদা যষোদাগী ঐগী (ইচানী) হায়বা পুকনিংনা স্তায়ীভাবনী, মসিদী অমত্তদা লৈবা রসনী মচা শ্রীকৃষ্ণনা আলম্বনবিভাবনী, শ্রীকৃষ্ণনা যষোদা য়েৌনবা ওমবোই ওমদ-বোই চংলকপদা যষোদাদ ফাওরকইবা মচাবু অনৌবা নুংশিবা ইনোং হৌজিললই মত্তুনা উদ্দিপনবিভাবনী, মমানা মচাবু মথাদা চেংনা কোনশিনবনা অনুভাবনী, মমানা হরাউজবা চুপনিংবা পমত্তুনা তিং তিং চোংবনা চিংবনা ব্যভি-চারিভাবনী ॥ মসি যষোদাদা লৈরিবা নুংশিবা অত্তুনা উদবনী যষোদাগী মতৌ অত্তুবু উরিবা তাবতা ওইরিবনা অউবনী (প্রাকৃতা বাৎসলরসনি)।

# প্রেমভক্তি রস রতিতাংনা স্থায়ীনী

জয় শ্রীমদবৃন্দাবন মদন নন্দাত্মভো বিভো,
প্রেয়াভীরী বৃন্দারিত নিখিল বৃন্দারক মণে।
চিদানন্দসংস্রাধক পদারবিন্দাসব মমঃ নমস্তে
গোবিন্দাখিল ভুবনকান্দার মহতে ॥

অসি শ্রীবৃন্দবনগী মফম। নহাক্কী পুম্নমক্কুগী হেনবনা ওইসনু চাংথোক্লবী গোপাঙ্গনাতন নহাক্কী লাইগী মুপীনা মাম্নবীনী। ইবুংঙো নহাক্কী লাই পুম্নমক্কী কোক্তা থেংপ মনিন্নত্তুনী, ইবুংঙো নহাক্কী নখোং খুয়াগী লৈহিদি চিদানন্দগী ইচেন্দগী হেন্না থুমই, হে গোবিন্দ হে তাইবংগী হৌরক্কফম ওইবা মক্ক-ও নহাক্কী চাউরবা পুম্নমক্কগী হেনবা মতিকপু হন্না হন্না খুক্কমজে ॥

পুক্নিংদা নুরুম্বা ফজবা রত্তিনা চাকা, স্থায়ীভা দা শ্রীকৃষ্ণনা আলম্বনবিভাবনি শ্রীকৃষ্ণগী মত্তিক-মগুণ মহাললনা উদ্দিপনবিভাবনী, ইবুংঙোবু নুংশিজরকপা পুক্নিং পেংথরকপনা অনুভাবনি, ভাইবংগী মচা-মশু মতু মচা ভাইবংবু পামলক্লিবা অসিনা চিংবানা ভক্তগী থম্মোয়দা মথং মথং ফাউরক্লুনা শ্রীভগবানবু নুংশিবা হেল্লিনলকপনা ব্যভিচারিভাবনি। মসি উদবনি ভক্ত অমম্তুং ভাবুক্কনা উবনি ( প্রভ শ-নী ) শৃঙ্গার-কাং মায়বদগী ইবুংঙো মহাক্কি শৃঙ্গাররসগী তুংনকম অহনবনি। ভক্তিরস মক ওইবা অথোইবা শমল মঙা ( ৫ ) সন্ত দাশ্য, সাখ্য বাৎসল্য, মধুর, বৈষ্ণব কবিকর্ণপুর নচিংব বৈষ্ণবশিংনা থারি॥

১। সন্ত—শ্রীভগবানদা ( শ্রীকৃষ্ণ দা ) মোনা থাজবা ভাইবংগী অপাম্বা অরাম খোরাং পুমমমকপু থাদোক্লুনা পরব্রহ্মগী ভগবানবু শক খংনবা ভানবা॥

২। দাস্য সান্তগুণ অসিদগী হেল্লিন্না মনাই ওইজবগী সেবা তৌজবা॥

৩। সাখ্য—সান্ত, দাস্য অনি অসিনা লোইননা অতিংবা পুক-চেলনা মশানতা সেবা তৌজরগা পোনজন শক্তগা সেবা তৌবা খুদুম্ন শিল্লিন্না অমম্তু নুংশিবনা মথং-মথং হেল্লিনলক্লুনা মহাক—ঐহাক য়াম্ন নক্লবগী হেল্লিন্না নিংশিংনা ঐ-মী অমত্তনী থল্লকপা অত্তবু কৌই॥

৪। বাৎসল্য—সাম্পনী থাজবা দাস্যগী সেবা তৌজবা মথল অনিথক অসিনা শ্রীকৃষ্ণবু মপা মমানা সেবা তৌবা মচাদু য়োকপাগুম্বা মশক হোংলকই, মসি মথক্তা সাখ্য অমনা মচাগুম নিংথুনা নুংঙাইমিন্না লম হেনবা রারকপা মৈরন-চিংবা মওং ওল্লকই মচানি হায়রবা রাখল্লনা মথক্তা ভাব

অদুম অসিগা ভিশিমচুনা পুন্নগা ভিন্নগা বাৎসল্য ভাব ওইরকই। বাৎসল্য ভাব অসি নাটক (রূপক) লীলা ত্রামদা শিজিন্নবা য়াই মমানা মপানা মপুন মবেন্না মচা-মশু খুংশিবগী ভাব সিজিন্নরগা বাৎসল্য রসবু য়েংলিবা ভাবুক্তা ফাউহল্লি॥

৫। মধুর ভাব, সান্ত, দাস্য, সাখ্য, বাৎসল্য। মরিমক অসি মথক্তা মশাবু কৎথোকচনা ভসেংবা খুংশিজনা সেবা তৌজররবদি মধুর ভাব ওইরকই

মুপীনা মপুরোইবগী সেবাদ মথকী রস মরিমক অসিগা লোইননা মশা ফাউব। চিংনবা নৈন্তানা মাগিনি হায়বা অমা থাকহৌবা নৈজনা কৎথোক্লুনা পেন্নবা তেঁবগুম্বনী। মরম অদুনা মধুর ভাবতা গুণ মঙাথক গুনা ভিন্নি শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্যনা ভাব মঙা অসিবু অম্বুম্বা চাংদমনরমই।

১। সান্ত = কোয়ি ২। দাসা = শেঙেং ৩। সাখ্য = লুপা
৪। বাৎসল্য = সনা মধুর = রত্নচিন্তামনি॥

ভাব অসি ভঙ বিল্বমঙ্গলনাচিংবা লিন্না মথন্দ শ্রীগৌরচন্দ্র প্রভুগী লিলদা হায়বদি ভক্তিরসনা মপুং ওইবা লীলদা য়ান্না শিজিন্নাবা য়াই।

## দৃষ্টি ভেদ অভিনয়দর্পণগী মত

## মিৎয়ে মথল্ থর

সমালোকিতং সাচী প্রালোকিত নিমীলিতে।
উল্লোকিতানুবৃত্তে চ তথা চৈবাবলোকিম্
ইত্যেষ্টৌ দৃষ্টিভেদাঃ স্যুঃ কীর্তিতাঃ পূর্বসূরিভিঃ।

মিয়েং মখল নিপাননী অভিনয়দর্পণগী মতভা: -

১। সমদৃষ্টি, ২। আলোকিতদৃষ্টি ৩ সাচীদৃষ্টি।
৪। প্রলোকিত ৫। নিমীলিতদৃষ্টি ৬। উল্লোকিতদৃষ্টি।
৭। অনুবৃত্তদৃষ্টি ৮। অবলোকিতদৃষ্টি মখল ৮ অসিনী॥

১। সমদৃষ্টি—লাই মুত্তিদ লৈবা মিৎকম তিংবা মিৎকম অমাতদা য়েংবা মিৎয়েং অহুবু সমদৃষ্টি কৌই।

।শিজিন্নফম্

নাট্য হৌরমদায়দা খল ওনবদা করিগুম্বা অম, হনবদা লোইরকপদা মুনন য়েংবদা অওকপা উবদা লাই মুত্তি দর্শন তৌবদা, সমদৃষ্টি অসি শিজিন্নগনী

২। আলোকিতদৃষ্টি—মাই লৈদুনা শেংনা য়েংববু আলোকিতদৃষ্টি কৌই।

শিজিন্নফম্

চক্ষু শাবগী শুংকান লৈবাবু য়েংবাদা, পোৎ অমা উৎপা লাইশোন তিনশোন হায়জ চৎচ তৌবদা মিয়েং অসি শিজিন্নে মিৎ লাউথোকতুনা থুনা থুনা য়েংববুম্ম যাই।

৩ সাচীদৃষ্টি—মাইদি লৈথোকনা মিৎনা অকোইবদা লৈদুনা য়েংববু সাচীদৃষ্টি কৌই।

শিজিন্নফম্

ইঙ্গিৎতৌবা খদাং কোই নানবা সন্ধান তৌব, উবা, নিংশিংবা, করিগুম্বা থবক অমা হৌগৎপা অসিনচিংবদা শিজিন্নে।

৪ প্রলোকিতদৃষ্টি য়েং ওই নাকলদা মিৎ চঙ্গৎ হন্দা য়েংববু প্রলোকিতদৃষ্টি কৌই।

শিজিন্নফম্

নাক য়েং ওইদা য়েংব, থাগৎপদ, চৎপদা, বুদ্ধি খোক্তবা মতমদা, প্রলোকিতদৃষ্টি শিজিন্নৈ।

৫। নিমীলিতদৃষ্টি—মিৎ অনিমক তথাই তথাই পাংলবদি অহুম্বা মিৎয়েং অদুবু নিমীলিতদৃষ্টি কৌই।

শিজিন্নফম্

লিন উবা মীথাপোনবা, জপ ধ্যান তৌবা, খুরম্বা, ঙাউবা, অকুপ্প পোৎ য়েংবা অসিনচিংবদা নিমীলিতদৃষ্টি শিজিন্নৈ।

৬। উল্লোকিতদৃষ্টি—মথক্তা য়েংখৎপা মিয়েংবু উল্লোকিতদৃষ্টি কৌই।

শিজিন্নফম্

ফিরান মতোন, লোজং আকাশ, খোকলিবা থা, মথক্তা য়েংখৎপা, হৌখিবা মপোকুকী শনবা অসিনা চিংবদা উল্লোকিতদৃষ্টি শিজিন্নৈ।

৭। অনুবৃত্তদৃষ্টি- থকু থাদা থুন ফিনা য়েংবা মিৎয়েংবু অনুবৃত্তদৃষ্টি কৌই।

শিজিন্নফম্

তশাউবা চান্নবীনা কৌশিন্নকপদা, চোংলমদায়দা চোংশিনবদা মিৎয়েং অসি শিজিন্নৈ॥

৮। অবলোকিতদৃষ্টি—থাদা য়েংথবদা, অবলোকিতদৃষ্টি কৌই॥

## শিক্ষিননকম

ইশাগী মীদা য়েংবা মলালদগী মথাদ য়েংবা শুহাদা য়েংখবা রাখল ওৌবা, শুকদা লাইরিক তমলিহৌদা, দোলাই ওোংলমদায়দা মিংয়েং অসি শিক্ষিয়ে ॥

নাট্য সাস্ত্রনা ওাকপা নবরসদা ওইগদবা মিংয়েং খনবা হায়রি।

১। শৃঙ্গারদৃষ্টি—নুরাউ ওয়ামদা পৌজাল, মুংশি মুংওনদা মিংচি খ লপ ওৌবা পিশুম খোইরপনা লেংহুমা য়েংবা অসিদা শৃঙ্গারদৃষ্টিগী মিংয়েংনী। (মাইথোং নোকফেং ওৌবা)।

২। হাস্যদৃষ্টি—মিং খুজিনব মিং নহানা মাকলদা চংথোক চংশিল ওৌবা, নোক্না য়েংবা, মিংয়েং অসিবু হাস্যদৃষ্টি কৌই

৩। করুণদৃষ্টি—পিরাং থাংনা মিংকম ছুইখরপমা অরাবা মিংকমা নাওোল মাকচিদ য়েংখরকনী অসিগুম্বা অরাবা কোংদোকপা মিংকম অসিবু করুণদৃষ্টি কৌই।

৪। রৌদ্রদৃষ্টি—মুংশিহৈত্তবা, অশাউবা মাংকনবা ভুমহল্লগে হায়বা মিংয়েং, মিং লৈখংপা মিং লাউথোকপা পিশুম থক-থক নিকপা মিংনহা লেংদনা চাগদোবা মখৈ শাউনা য়েংবা মসিবু রৌদ্রদৃষ্টি কৌই।

৫ বীরদৃষ্টি—নিংথিরবা তক্ক তক্কবা লেমনা মিং লাউতক্লা মিংকম লেং ওংপা ওোদন মকালামনা মিংনহা লেংদনা থমহুনা য়েংবা মিংয়েংবু বীরদৃষ্টি কৌই।

৬। ভয়ানকদৃষ্টি—মশাদা অকিবা কাউহনা (উবা) মিৎ লাউনা মিৎ নহা লেংদনা মিৎ খয়দং লৈখৎলপা তৌনা য়েংবা মিৎয়েংবু ভয়ানকদৃষ্টি হায়না খংনৈ।

৭। বীভৎসদৃষ্টি—ভুকচবা হজোইবদগী মিংচি মিৎপান খুজিনলপ তৌহনা মিৎ নহা লেংবা মাইথোং শুগৎহনা য়েংবা মিংয়েংবু বিভৎসদৃষ্টি হায়না খংনৈ হজোইবা ভুকচবা।

৮। অদ্ভুতদৃষ্টি—অঙকপা, মিৎ নহা লংখৎহনা মিৎ লাউনা পাংথোকহনা শকনা য়েংবা মিৎয়েংবু অদ্ভুতদৃষ্টি হায়না খ নৈ।

৯। সান্তদৃষ্টি—মিৎ হপ্পনা উমথরকুনা নাতোন নাকচি অনিদা মিৎ নহানা চুপ্পা য়েংখৎকনী অসিগুম্বা মিৎয়েং অসিবু সান্তদৃষ্টি হায়না কৌই।

কঠালকিগী মতম মিৎ অনি মথক লোমদা য়েংখৎকনী মাইথোংনা "সম" লেংদনা লৈরগা মিৎ অনিমক্কী মিৎনহানা পিগুম অনিগী মরক্তা য়েংখৎকনী লাইবক ময়াই উবা শুম্ববা মিৎ নহা মথক লোমদা য়ুংনা হায়গৎকনী লারাই মতোন লোমদা, মসিবু কঠাকলিদা সান্তরসগী মিৎয়েংনি হায়না লৌই॥

## নায়কভেদ

নায়কী মথল অহুম থোকনা খাইদোকই মংদি :—

১ দিব্যনায়ক, ২। দিব্যাদিব্য, ৩। অদিব্য অহুম অসিনি নাট্যশাস্ত্রনা হায় কাব্যদা রসগী হৌরকফম ওইবা নিপা অহুবু নায়ক কৌই। অসিগুম্বা নায়ক অসি অমুক মথল মরি থোক্লা মগুনশিংগা লোইননা খাইদোকই।

১। দিব্যনায়ক - লাই ঈশ্বরমক ওইনা অবতার তৌরম্বদগী শ্রীকৃষ্ণবু দিব্য নায়কনী হায়॥

২। দিব্যাদিব্য - লাই ওই মীওই, ঈশ্বর ওইরবস্থু অচম্বা মীগুম্বা লিলা শাম্নরম্বদগী শ্রীরামচন্দ্রবু শাস্ত্রনা দিব্যাদিব্য হায়না কৌই।

৩। অদিব্য—অশেংবা মী ওইবদগী (মীরক্তা অথোইবা ধর্ম্মা-কর্ম্মা থংবা) মিন্নুংশি লৈবা যুধিষ্ঠিরবু অদিব্য কৌই। নায়ক গুন অহুম অসিমক শ্রীকৃষ্ণদা পুমক লৈ॥ রস শাস্ত্রন নায়কপু মখ ওইবা মথল মরি থোক্না খাইদোকই মহৃদি।

১। ধীরোদাত্ত ২। ধীরললিত ৩। ধীরোদ্ধত
৪। ধীরসান্ত মথল মরি অসিনী।

সাহিত্যদর্পণনা ধীরসান্ত অসি ধীরপ্রসান্ত হায়নস্থু কৌই।

১। ধীরোদাত্ত—চিংলেম্বা নোল্লুকপা ওাকাপ হৈবা সুংশিহৈবা রাশক চেৎপা মশাবু থাগৎচদবা মশাগী নাপলবু মীওোন্দা থংহন্দবা, পাজলবা নাপল তৌদবা, হায়রিবা গুন অসি চেনবা নায়ক অহবু ধীরোদত্ত নায়ক কৌই॥

খুদম :—শ্রীরামচন্দ্র, যুধিষ্ঠির অসিনা চিংবনী॥

২। ধীরললিত—রস চেনবা কলাবিদ্যা পুক্নিং চংবা ফাগিহৈবা রাহৈ রাতাদা হৈশিংবা অতোপ্পদা মথৌ শিন্নরগা কলাদা সুংওাইথোকপা ওম্বা (ঈশৈ জগোই লিলা) পুক্নিং থোং-মেংবা, চান্নবি মুপিদা থেম্বা হৈবা নায়ক অহবু ধীরললিত-নায়ক কৌই।

খুদম—শ্রীকৃষ্ণদা অসিগুম্বা গুনশিং অসি লৈ, রত্নাবলি কাব্যগী বৎসরাজদা গুন অসি লৈ॥

৩। ধীরোদ্ধত—মীনা য়াইকপ্রগা য়েংবা ঙমদবা লৌনম চাউবা নাপল তৌবা ওইদবা ঙাংবা হৈবা, খংপা, মশাগী মগুন থাগৎকনবা পুক্নিং য়াংবা অসিগুম্বা নায়কপু ধীরোদ্ধত-কৌই।

খুদম—পাণ্ডবকী ভীম। সাহিত্যদর্পণনা ভীমবু খুদম পিবা অসি য়ানিংদে। মসি ঐ ইশাম্ম য়াজনিংদে। মৈতৈ রারিদা গোইরাং থোইবীগী রারিদা নোংবান অসি মতিক-চপ চাবনী।

৪। ধীরসান্ত—ধীরপ্রসান্ত - অরাবা অমদি নুংঙাইবদা মশাগী চাং কাইদনা চংপা ঙম্বা অরাবা খাংবা ঙম্বা (খাং হৈবা) রাখল নৈবা নোল্লকপা ব্রহ্মাণ ওইবা নায়ক অদুবু ধীরসান্ত নায়ক কৌই।

খুদম—মালতি মাধব কাব্যগী মাধবতা ধীরসান্ত হায়বা নায়ককী গুন অসি চেল্লি॥

যুধিষ্ঠির মহারাজদম্ম গুন অসি চেল্লি।

নায়ক মথল ৪সিগী থাক শ্রেনি গুনবু অহুম থোক্না অমুক খাইদোকই। মহাক:—

১। উত্তম—অহেনবা (অথোইবা) ২। মধ্যম ময়াই ওইবা। ৩। কনিষ্ঠ—অতোনবা (হস্বা)।

মথক্কা হায়রিবা নায়ক মথল মরি অসি শৃঙ্গারগী মরমদা অমুক মথল মরি মরি থোক্না অমুক খাইদোকই মহাদি—

১। দক্ষিণ, ২। ধৃষ্ট ৩। অনুকূল ৪। শঠ।

১। দক্ষিণ—নুপী লোল্লগা নুপী পুম্বদা চপ মান্নন নুংশিনা চংপা অদুবু কৌই, নুপিশিং অদুনা য়ানবা চংপা॥ মাবু

সেবা তৌকম থোকপা মুপী নত্তনা ময়ামগী মরক্তগী চায়বী অমগী সেবাদা পেন্দুনা লৈরকবদগী মাগী সেবা তৌকম থোকপ মুপি অ:না তাপ্রবদা করিনো হায়না কাইখিববু খপ্পহুনা মাইনুকপা অসি য়াই। শ্রীকৃষ্ণদা গুন অসি লৈ॥

২। ধৃষ্টনায়ক—নায়িকাশুদা লাল্ল্ বৰত চিংনদবা, নায়িক অহুনা ইকাইবা পিরবতু ইকাইদবা, নায়িকা অহুনা স্নান ক্ষারবতু চেনবা গুম্বা, অহুগা অতোপ্পী নায়িকা অমগী মফমদা চৎলুবগী খুদম ইকোং ফোংনা উপ্রবা মত্তদতু ইকাইবা লৈতবা ওইদবনা অওইবা শাহুনা তৌশিন্নবা গুম্বা নায়ক অহুবু ধৃষ্ট কৌই।

শ্রীকৃষ্ণদা গুন অসি লৈ॥

৩ অনুকূল—অতোপ্পা অমদা অপাম্বা লৈতনা মহাক্কী চায়বী (মুপী) তবু মুংশিজনা তেজবা মুপী লোন্দবা মাতদা পুক্নিং লেংদনা থম্বা অহুগুম্বা নায়ক অহুবু অনুকূল নায়ক কৌই।

৪। অনুকূলগী খুদম শ্রীরামচন্দ্র, মৈতৈ বারিদা থম্বা অকেঅমৌ হেন্দোক্না থৌওইদবী মপুরোইববু নিংজবী মথোক কারকপগী বাখলদা থম্মোই খিংজিন্দবী অহুগুম্বী মহাক্কী লোইনবীতবু নিংজবা অতোপ্পা মুপীদা মিংচিনা কাউবা য়েংলুদবা অহুগুম্বা নায়ক অহুবু অনুকূল নায়ক্কী থংনগনি॥

শঠনায়ক—মুপী লোনবা মুপানা প্রেমদি (মুংশিবা) অমত্তদা থম্বা মচিন্দদি চপ মায়না থম্বা উৎপা বাহৈ বাতাদা। অসিগুম্বা নায়কপু শঠনায়ক কৌই।

খুদম ঃ -ইবুংঙো লাংবন খোইহি তৈবা ও ! নরাহৈ তাবদা ইতানদি থাজরিদো মানা খংজদেদো নংগী শাজং॥

দক্ষিণগী মওং খরগা অমুক ঃ নুপী লোনবা মহাক্কী নুপী-পুন্নমক্তা চপ মান্নবা নুংশিনা চৎপা মখোই খুদিমক্কী মপূক্কিং থুংনবা চৎপা হৈবা অসিগুম্বা গুন চেনবা হায়বনি।

কনাগুম্বী অমনা ইবুঙো ! অনিশুবী ইবেম্মানা ইবুঙোবু মহাক্কী মফমদা লাকপিরে তত্তোপ্পা ইবেম্মাগী মফমদা লেংশিনপ্রে খনবদগী ইবুঙোগী দমক তপচবা পানখুদপ সেগাইহন্না লংথোকহোরে হাংবা মানগী ( ওইনবগী ) রাহৈ অসি তাবদ করমনো হায়না মাইক্লক্লনা খল্লবা অসি দক্ষিনগী শাজংনি॥

## নায়ক্কা ওইগদবা গুন মখল্

নায়ক্কা ওইগদবা গুন অসি মখল ৮ নী মহুদি সত্ত্বগুনদগী পোকপাতবুনী।

১। শোভা ২। বিলাস ৩। মাধুর্য্য ৪। গম্ভীর্য্য ৫। ধৈর্য্য ৬। তেজ ৭ ললিত ৮। উর্দয্য ৮-অসিনী॥

১। শোভা = অচুম্বা চাংবা হৈশিংবা, খোরাং চাউবা মীবু ইন্নুংদা নুংশিবা তত্তোনববু নুংশিবা অহেনববু চুমগে নিংবা অসিগুম্বা গুম অসি চেনববু শোভা কৌই।

খুদম :—প্রজা মীপুম খুদিংনা হায়নৈ ঐহাক্কবু নিংথৌ অজনা নুংশি তুরেন পুম্ববু সমক্রনা অহাউ হাউত থিব-গুমই অচান অরাই নাইদবা মগুন চেনবা নিংথৌ-ময়াম পুন্নমকনা হায়বনি। মসিদা নিংথৌ অজনা মীবু

ইনুংদা মুংশি হায়বা শংলে মরম অসিনা নিংথৌ অজদা শোভা হায়বা গুন অসি চেন্নি হায়বা খংই।

২। বিলাস—মিংয়েং থক্তুবা চৎপদা অঙকপা খোংথাং রাঙাংদা মোমোন নোকপা মিনোঙ ওইবা অসিবু বিলাস কৌই।

খুদম :—লাকলিবা পাখং অসি বার রসগী মুত্তিরা? নত্রগা নাপলনা মুত্তি ওইনা চোংথোকলকপরা? মবোল অহুমগী জিববু নাপিগুম্না য়েংলিবা, মাগী খোংথাং খুদিংদা পৃথিবী নমথবগুম ভৌরিবা রাঙৈ অসি শ্রীরামচন্দ্রনা কুশ। উবদা হায়রকই, কুশাগী মিংয়েং থকতবা অঙকপা খোংথাং অহুনা কুশাদা বিলাস গুন অসি চেন্নি। (উত্তর রামচরিত্রদগী)।

মাধুর্য্য—অরাবা মুংঙাইবা থৌদোক্না পুক্নিং লেংদবা লাংতক-নদবা অহুবু মাধুর্য্য কৌই।

খুদম :—রুক্মিণী হরনদা নোংশাগুম্বা তেঙ্গোল ময়াম্বু উবদা থককংলবী রুক্মিনীদা করি তৌরোই হায়রমলগা তেঙ্গোল ময়াইদা শরাক তম্না চোংশিনখরে শ্রীকৃষ্ণনা॥

৪। গাম্ভীর্য্য—কিরবদা রাগবদা শাউরবদা হরাউরবদা ফিবম কাইদবা ফিংগৎতবা গুন চেনববু গাম্ভীর্য্য কৌই।

খুদম :—নিংথৌ অভিষেককী কৌবদা অমাদি বন চৎপগী মপানা য়াথংপিরবদা শ্রীরামচন্দ্র মাগী ফিবম খেন্ন উত্তে॥

ধৈর্য্য—য়ৈথাইবা থিনগাইবা কয়া লাক্লবস্তু মাগী মথৌ কয়াদনা তৌবহুবু ধৈর্য্য গুন কৌই॥

খুদম :—বসন্ত ঋতু কাউরক্লে জগোই শাবিগী খোংজি মখোলগা লোইনন। ঈশে শকক্লে।

যোগদ পুক্নিং হাপথ্রবা শিব যোগদগী লেংখিদরে ইন্দ্রি

খুদম চনবশিংগী হৌনশানি মতম পুম্বদা অচৌবা রৈ-
থাইবা কয়ানা মথৌ কাইহনবা ঙমদে।

৬। তেজ—শিবতারবা ফাউবদা য়েক্লবনা পিবা মাইথিববু
থাংবা ঙমদবা গুন চেনববু তেজ কৌই।

খুদম—লাইগী নোংদম মীগী শামুগী মখুত্তা মাইথিগদৌরব নোংম-
না থারমদে মাগী মথৌনা। লল্লমদে মরিংজেন।

শক্তিনা পিবা মাইথিবা থাংঙম্বা নোংশানি শামুগী মুত্তা
শিনিংলে মাইথিবা থাংহনা হিনিংদে।

পাউনানা মরৈরাকীদমক্তা য়ে মাইয়োক্তা নিংহনবা
লৈতনা মাইয়োক্লখী।

৭। ললিত=রাঙাংদা অমৃত চেনবা মুংশিবা রাহৈত্তা হায়বা
ফিজেং লৈতেং, শেংপা চাবদা ইপক্তাপকপা ফিবমদা শৃঙ্গারগী
মওংতা মওইবা অসিগুম গুন চেনবাবু ললিত কৌই।

খুদম :— য়েংবদ পুক্রিং গুশাংপা
ঙাংলকপা রাহৈদা
অমৃত খিকথবকপশুম।
শাথেক শাওংদা
কামগী ইকাইনিঙই ওইবা
নিংথিজবী কয়াবু
মাগী ভালোইশিংদ চলহল্লি।

৮। ঔদার্য্য=মুংশিবা রাহৈ হায়হনা দান তৌবা য়েক্লবা মরূপ
অনিমক্তা রাখল অমত্তা ওইবা অনি অসিবু ঔদার্য্য কৌই।

খুদম :—মন্ত্রনা শেংলবা থা মৈদা হোম কংপগুক কংচরি নিংথিবী
কন্যা শ্রীকৃষ্ণগী চরন্দা (রুক্মিনী হরনদগী)।

প্রতিনায়ক—হায়বদি ধীরোদ্ধত ওইবা কলক চাউবা য়াঙাং কনবা নায়কী য়েন্নবা (প্রতিপক্ষ মায়োক য়াব) মীশক অদুবুগী প্রতিনায়কনা নায়কী মঙন মক লামজনবা ওমই অমসুং হেনগৎহল্লি। রামায়ন মহাকাব্যদা রামচন্দ্রগী প্রতিনায়ক রাবণনী, মোইরাং পর্ব্বদা খম্বগী প্রতিনায়ক নোংবাননী॥

## নায়কী সহায়ক (মতেং পাংবা)

নায়িকনা শাউবদা থেমজিনবা হৈবা নায়কী থবক্তা তন্দব, ফাগি রাহে রাতা হৈবা মীশক অদুবু শৃঙ্গাসহায়ক ওই মসিগী মখলদি বিট, চেত, বিদুষক কৌনৈ।

নৈ লেংবা মী; কিশুবা, পানয়োনবা, মখোই অসি শৃঙ্গারদা মতেং পাংই।

দুত, দুতি নায়ক নায়িকাগী মরক্তা পাউ পুথোক পুশিং হৌরিবা মীশক অদুবু খংখৈ শুহাকী থৌদাফম অদুবু দুতি কৌদে, দুত মখল অহুম থোকই। মদুদি ১। নিস্রষ্টার্থ ২। মিতার্থ ৩ সন্দেশহারক অসিনী।

১। নিসৃষ্টার্থ দুত=পুরিবা পাউ অদু পাউ পিরিবা মীদুগী নিংবদু পাংথোকহনবা ঙম্বা অদুবু কৌই॥

খুদম—মাঘ কাব্যদা শিশুপালনা শ্রীকৃষ্ণদা থারকপা দুত অদুনী।

২। মিতার্থদুত—রা য়াম্না ঙাংদবা থবক্তি পাংথোকপা অদুবু মিতার্থ দুত কৌই।

৩। সন্দেশহারকদুত=অহায়বা র অদুমক হায়রুবা দুত অদুবু সন্দেশহারক দুত কৌই।

খুদম—মালবিকাগ্নিকাব দা অর্থ অঙ্কদা সাগবিকাবুনী

## নায়িকা ভেদ (নায়িকা মখল)

নায়িকা - শৃঙ্গারনা তিনবী মুপী অহুবু নায়িকা হায়না কৌই, নায়িকা মখল অহুম থোক্লা খাইদোকই।

নহুদি - ১। স্বকীয়া (লৌরবী মুপী মচু) ২। পরকিয়া- (লৌত্রিবী)।

৩। সাধারনী - (মাগীনী হায়বা অরেপ্পা নিপা থমদবী ওকবী মুপীবু খংনৈ)।

১। স্বকীয়া--নোল্লুকপা পুক্লিং তিংবনচিংবনা তিনবি যুমগী মথোদা পুক্লিং চংবী মপুরোইবা নিংবী মুপী অহুবু স্বকিয়া কৌই॥

স্বকিয়া নাকিয়া অসি মখল অহুম থোক্লা অমুক খাইদোকই মহুদি :—

(ক) মুগ্ধা (লুহোংবা কুইত্রিবী)
(খ) মধ্যা (পুহোংবা থর কুইরবী)
(গ) প্রগলভা (লুহোংবা কুইরবী)

স্বকীয়া - লুহোংবা মখল মিপানগী মমুংদগী মখল অমানা লৌরবি মপুরোইবগী য়াথং হিকতোওবী সতি ওইবী মুপী অহুবু স্বকীয়া নায়িকা কৌই॥

পরকিয়া—যুম পাত্রিবী নত্রগা মীগী ভালোই লোয় চানবী ওইবীবু পরকিয়া নায়িকা হায়না খংনৈ।

সাধারনী - মাগীনী হায়বা অরেপ্পা মুপা থমদবী পুকচেল লেপ্তবী অহুগুম্বীবু সাধারনী নায়িকা কৌই।

স্বর্কিয়া নায়িকা অসি মখল অহুম থোক্লা অমুক খাই-দোকলি। মহুদি মুগ্ধা ২। মধ্যা ৩। প্রগলভা।

(ক) মুগ্ধা · চহি নৌরিবী কাম মপুং ফাত্রিবি রতি থৌরমদা তৈজত্রিবি, য়াম্না ইকাইথীবী ওইরিবি মুংদদি পামজবি, মাগী চান্নবনা ল·জরবন্তু রা ঙাংজবা ঙমদহন রানা খাংজবি, মুংশি রাহৈ অথিবা রাহৈ অমা ঙাংজবা ঙমজদবী, শাউরগা থমোইদা ওমহনা চাক্না খাংজবী অসিগুম্বীবু মুগ্ধ কৌই। মসিমক অমুক মখল ৩ থোক্না খাইদোকলি ১। কন্যামুগ্ধা ২। স্বীয়ামুগ্ধা ৩। পরকীয়ামুগ্ধা অসিনী।

(ক) মুগ্ধাদদি ধীরা, অধিরা, ধীরাধীরা, নচিংবা মখল লৈতে।

ধীরা—মরাল লৈরবা চান্নববু প্রমান পান্থে তৌগনা করেমবা রাত, ঙাংবী। অসিনী ধীরাগী লক্ষণন

অধীরা—মহাক্না চান্নবগী মফমদা অশাউবা উংপা অকনবা রাঙাং রাতা ফাউবা ঙাংবা ঙম্বীদু অধীরা কৌই।

ধীরাধীরা—লংজরবা চান্নবগী মফমদা মমিৎ মপি শিন্দবগা লোইননা করেমনবা ঙম্বী অদুবু ধীরাধীরা হায়না খংই।

মধ্যা ওইবী (ময়াই ওইবী)

ধীরামধ্যা, অধিরামধ্যা, ধীরাধীরা, মধ্যাগী। মশকন্তু অসিনী।

মধ্যা· ইকাইবদম্তু কামগী রাখলদম্তু চপ মান্নবী মথোক কায়কগী রা ঙাংবদা থৌনা ফবী করিগুম্বদম্তু য়াম্না মেংনা শাউ-রকপী রতিদা পংথবী শাউরকলবম্তু য়ৌনা মেংনা শাউবী ওইগনী।

প্রগলভা—মপুং ফারবী রতি ক্রিয়া পামজবী রস ভাব ভাবী মাগী চান্নববু চিংবা ঙম্বী কেথোক চাউনা নাবাংবী শাউ-রবদি কপ্না লময়ৌনা শাউবীনী।

পরকীয়া—লৈনদনা লৌনদনা মুংশিনবা ( পরকিয়া ভাংনবী )-বুনী পরকিয়া অসি মখল অনি থোকই।

১ পরোঢ়া = মো ওইরবী ২। লৈশাবী পরোঢ়া মগুম পাননঃ পানন ওকৃবী ময়ুম পান্দনা ওকুবী ( যথাদিনিরত্তা )।

রাগদা মশা কংথোকলবা লুহোংচনা লৌবী অহুপুবী মুপীবু পরকিয়া নায়িকা কৌই।

মুংশিবিবা মুপা অহুগা য়েংনবগ অতোপ্পা মীগী মথা-পোল্লিবী অহুবুসু পরকিয়া কৌনৈ॥

রজ সান্দ্রনা তাকলি মথোক কারকপী মুপিশিংগীদি লৈতে, ভাব ফোংদোকপা ( ভাবঅলঙ্কার মখল ২৮ লৈ মসি ১দগী ১০ ফাউবদি মুপাগী অলঙ্কারসু ওই।

শ্লোক

যৌবনে সত্ত্বজাস্তু সাষ্টাবিংশতি সংখ্যকাঃ
অলঙ্কারা স্তত্র ভারহাবহেলা ভাবাদ্যাদশ
পুংসাং ভবন্ত্যপি ॥

মসিগী ভাব মখল ২৮ অহুদি মসিনী:— ১। ভাব, ২। হাব, ৩। হেলা ৪। শোভা ৫। কান্তি, ৬। দিপ্তি, ৭। মাধর্য্য ৮। প্রগলভা ৯। ঔদার্য্য ১০। ধৈর্য্য ১১। লীলা ১২। বিলাস ১৩। বিচ্ছিত্তি ১৪। বিব্বোক, ১৫। কিলকিঞ্চিত ১৬। মোট্টায়িত, ১৭। কুটমিত ১৮। বিভ্রম ১৯। ললিত ২০। মদ, ২১। বিকৃত, ২২। তপন ২৩ মোগদ্ধা ২৪ বিক্ষেপ

২৫। কুতুহল ২৬। হসিত ২৭। চকিত
২৮। কেলিভাব মথল কুননিপান অসিনি॥

১। ভাব—অণ্ডাং ওইহনা মুংশি মুংঙোল লৈরমদবগী রতিগী অহানবা ইথিল পুরিংদ হেক কাউরকপা হৌবা অহুবু ভাব কৌই।

২। হাব—মিৎচি পিগুম লৈরপ তৌহনা হায়ফেং নোক্লুনা ভাব ( রাখল ) ফোংদোকলকপবু হাব কৌই।

৩। হেলা বিভ্রম—তৌহুন ভাব মপুং ফানা ফোংদোক্লকপবু খংনৈ।

৪। শোভা—শক কজবা ককচাং মেংবা খোৎপা লৈ·চিনবা অসিনচিংববু শোভ' কৌই।

৫। কান্তি=রতিভাব হেনগৎলক্লুনা পুরিংগী ভাব হেনগৎ-কলপবু কৌই।

৬। দীপ্তি=কান্তি মণ্ডাল মপুং ফারকপাহুবু দীপ্তি কৌই।

৭। মাধুর্য্য কিজেৎ লৈতেং য়াউরবস্থ য়াউত্রবশ্থ ইকদা ফজবা অহবু মাধুর্য্য কৌই।

৮। প্রগলভা=রতি লিলাদা ইকাই ইকি লৈতবহবু প্রগলভা কৌই।

৯। ঔর্দাষ্য—মরম পুম্বদা ইলুক্তা লুকপা ইনোন্দা নোনবা অংবু খংনৈ। ( নোল্লুকপা )

১০। ধৈর্য্য—মশ্যা থাগত্তবা পুক ইতপ্তা তপ্না অহবু কৌই।

১১। লীলা—চান্নবগী শাজৎ কিজেং রাণ্ডাং তম্বহুবু কৌই।

১২। বিলাস—চাননববু উত্নগা কেজবী অহুবু কৌই।

১৩। বিচ্ছিত্তি - কিজেং খরতমারতি মঙ্গাল কাউবনবাহুবু কৌই।

১৪। বিব্বোক—পোৎ পিবদা প্রেমগী নাপলনা লৌনিংদবহবু খংনৈ

১৫। কিলকিঞ্চিত=মুংশিবহুগ সঙ্গওইবদ, অমদি উবদা অমদি লাকনী ভাবদা মুংঙাইজবদগী নোকপা, কপ্পা, শাউব মিপাইবা, য়ানিংদবা উৎপা, মসিশিং অসি মামব ভাবপু খংনৈ (সঙ্গ—ওইবদা)

১৬। মোট্টায়িক—চান্নবহুগী রাখলদা লুপ্পুনা নাকোং খোৎপা হকাম চনবা অ.বু কৌই।

১৭। কুটমিত—চান্নবহুনা হকচাংদা পাইরকপদা মুংঙাইরবস্তু তহা তহাহুনা তৌরকসু হায়ৎপা খাম্ব হেরা হায়হুনা কোক হেক হায়ব বু খংনৈ।

১৮ বিভ্রম - চান্নবহ লাকলে হায়বদা অনুরাগ পোকপদগী তহা তহংহুনা মফিমরোল শেংপদা ওম তৈনবী হরাউ-মনহুনা পাখৎচবীহুবু খংনৈ।

১৯। ললিত—খোংথাংদা শাজস্তা রাহে রাভাদা ইমেংতা মেংজবী অংবু ললিত কৌই

২০। মদ—চান্নবনা মকাকপু চাল্লি হায়হুনা নাপল তৌজবি অহুবু কৌই।

২১। বিকৃত—রং ঙাংনেগদবাদা ইকাইজবদগী রা ঙাংবা ঙমজ-হৌদবী অঙ্গবু খংই

২২। তপন—চান্নবহু কাইনরিঙৈদা রতিগী খৌরাংবনা পুক্রিং চাকপা কঙ্গাউনয়কপা অহুবু কৌই।

২৩। মৌগ্ধ্য—খংলবামক্তা খংদবা শাশিন্নহুনা হংলকপা অহুবু খংই।

২৪। বিক্ষেপ—চান্নবগী মনাক্তা ইন্নহুনা নাক য়েৎ য়েংলগা অথুপ্পা রাহৈ খজিক্তং হায়বাহুবু কৌই

২৫। কুতুহল—ফজবা উবদা পুক্লিং চংবহুবু খংনৈ॥

২৬। হসিত—মথোক কারকপদগী উরু উরুবা খুদিংদা পংনোক্তা নোকপা অহুবু কৌই।

২৭। চকিত—করিসু নৈতবা মরমদগী চান্নবগী নাক্তা অকিবা অথুপ্পা উংপহুবু খংনৈ।

২৮। কেলি—রতিগী মতাংদা চান্নবগা শান্নবাহুবু খংনৈ॥

## বৈষ্ণব সাস্ত্রগী নায়িকা মথল

অথাবিসারিকা বাসসজ্জাপ্যুৎকণ্ঠিতা তথা।
বিপ্রলব্ধা খণ্ডিতা চ কলহ ন্তরিতাপরা॥
প্রোষিতপ্রেয়সী প্রোক্তা তথা স্বাধিনভর্তৃকা
ইত্যষ্টৌ নায়িকাভেদা রসতন্ত্রে প্রকীর্তিতা॥

১। অভিসারিকা ২। বাসকসজ্জা ৩। উৎকণ্ঠিতা
৪। বিপ্রলব্ধা ৫। খণ্ডিতা ৬। কলহান্তরিতা
৭। প্রোষিতভর্তৃকা ৮। স্বাধীনভর্তৃকা॥

মথল ৮ অসি বৈষ্ণব সাস্ত্রনা হায়ব নায়িকা মথলনি॥ নায়িকা ম ল নিপাল অসিগী অমুক ৮/৮ থোক্লা অকুপ্পা মশক মওং অমুক থাইদোকলি। ৮×৮-৬৪ শুরে অসি-শুসী নায়িকা মথলশিং অসি শ্রীরাধা গোবিন্দগী লিলাতদা শিজিন্নে মীরমলেনগী লিলাদা শিজিন্নদে অদুবু শ্রীরাধা গোবিন্দগী লিলাদদি শিজিন্নবা য়াই বসন্ত রাসদা খণ্ডিতা

নায়িকা নাচিংবাগী বারিদা শকমদা শিজিন্নৈ। মানভঞ্জন, নৌকাবিলাস, মথুরাবিরহ প্রভাসমিলন অসিনাচিংবা শ্রীকৃষ্ণগী লিলাদা শিজিন্নৈ॥ শ্রীমতি রাধিকাগী অপ্রাকৃত (উদব) ওইবা লিলাবু প্রাকিত (অফোংবা) অউবা) রূপক ওইনা বৈষ্ণবশিংনা শিজিন্নৈ॥

১। অভিসারিকা—মহাকী চান্নববু উন্ননিংবনা লাংতকনরবীনা চান্নববু কৌহল্লুবা অমম্বুং উনশি হায়নখিবা মকমদা চংলিবী নায়িকাবু অভিশারিকা নায়িকা কৌই। অভিসারিকা অসি মখল মওং শাজংলিচং ৮ খোক্না থাইদোকই।

১। জ্যোৎস্না অভিসায়িকা—থবল মঙান্দা অভিসার চংলিবি অদুবু কৌই

২। তামসাভিসারিকা—অহিং অমম্বদা অভিসার তৌবী চংলিবী অদুবু কৌই।

৩। বর্ষাভিসারিকা—নোং মরক্তা অভিসার চংলিবী কৌই।

৪। দিবাভিসারিকা—অয়ুক মুংখিলদা অভিসার চংলিবীবু কৌই

৫। কুজঝাতিকাভিসারিকা—লৈচিন মরক্তা অভিসার চংলিবীবু কৌই।

৬। তীর্থ যাত্রাভিসারিকা- লাইথম চংশিন্নদুনা অভিসার চংলিবীবু কৌই।

৭। উন্মত্তাভিসারিকা—ইকাই ইকি য়াউদনা নিংখিবা বাখলদা লমজিংদুনা অভিসার চংলিবীবু কৌই

৮। অসমঞ্জসাভিসারিকা—ফিজেং লৈতেং থোওইদনা চংলিবীবু কৌই।

## বাসক সজ্জ

মহাক্কী চান্নববু লাক্কনী খংনবদগী মশা অত্তু কিজেং লৈজেং নিংথিজনা লৈতেংলহনা উনকম অহুবু নিংথিনা শেম শাগিবি লাকপরা য়েংহনা লাংতক্লনা লৈরিবী অত্তুবু বাসকসজ্জা নায়িকা কৌই ॥

মসিগী শাক্ত শাও' ৮ থোকনা খাইদোকই, চান্নবগা উননিংবগী রাখলদা লুপলীবী মমানবীশিংনা চান্নবগী মরমদা রারিশাবদা পেনবা লৈতবী পাউ পুবী লাকপরা হায়না হত্তনা য়েংলিবী অংবু খ'নৈ

১। মোহিনী—পুক্রিং হনবা মশাবু লৈজেংবীবু কৌই।

২। জাগ্রতিকা - মিংশেন খাংহনা তুমদনা ভাইরিবীবু কৌই ·

৩ রো'দিক'—লাককরিংহনা ভাইজবদা লাক্রবদা কপথোক-লকপীবু কৌই

৪। মধ্যোকত্তিকা—মাগী চান্নববু লাকলগা মুংঙাইবা রা'রি শাগ'ী হায়না খনবী মথক্ষা মরুম মরম শোনবীহুবু কৌই।

৫ সুপ্তিকা—তুমদনা তুমশিন্নহনা লৈবীবু কৌই।

৬। চকিতা—মশাগী মমি উজবদা মবুঙো ওইরবোই নিংহনা মিপাইজব'বু কৌই।

৭। স্বরসা চান্নবা লাক্কনী খনবদগী মুংঙাইথিহনা ঊশৈ ঙংহনা মুংঙাইজবী ॥

৮। উদ্দেশা—চা'ন্নবা লাকপরা হায়রহনা মমান্নবা খাহনা য়েংহনব' ॥

## উৎকণ্ঠিতা

চান্নববু লাকহননিংলবা মতমদা লাকত্রবদা থুনা লাকহন-নিংঙ্গুনা মথরাই ব্বানা রাখল খল্লিবী লাক্লে হায়না খন-বদা ব্বারিবী অহবু উৎকণ্ঠিতা কৌই।

শাজ' শাওং লাকহন্নিংবনা ঙাইফম খংদবী মশানিকপী লাক্তবগী মরম খনবা হৈনিংঙকতবা পিশিন্থবা অভোপ্পদা ব্বারি শাবনাচিংবা লাংতকনবনাচিংবা ফিবম বিকারশিংসিনা ওঃবাবু খংনৈ মসিগী মওং নিপান লৈ।

১। চুর্মতি-লৌনম ব্বাঙাংদা থাজব্বা করিগীনো হায়না মপন্থা মুংনাংজর্ব

২। বিকল—নিংঙমল ক্রুবী অহবু কৌই।

৩ স্তব্দা-ব্বাখল মুংবংনবীবু কৌই।

৪। উচ্চকিতা—উনা লেংবা মখোন তাবদা উচেক্কচিংবগী শাউম কংবদা মবুঙো লাকলবোই খনচুনা ইখং খংজবী।

৫। অচেতনা—ব্বাবনা লাকহংলবী ফুম্বংনবীবু কৌই।

৬। স্বখ্যোকণ্ঠিতা—মবুঙোগী মগুন শকচ শোনজবী মবুঙোগী ব্বাখলদা মমলবী॥

৭। মুখরা—পাউপুবা মীগা অরেম্বদা খংনবী।

৮। নির্বন্ধা—এতগী ইরান্না চান্নবহু লাকপিত্রবনি ঐহিংলব্রোই অসিনা চিংবা খন্দুনা ব্বাজবী॥

## বিপ্রলব্ধা

চান্নবনা উনশি হায়না থানবা মফমদা চান্নববু লাক্কনী খন্দুনা কুইনা ঙাইজরবদা হান্নখিবা মতম হেনজিনলক-

লহৃ কাউবা লাক্লবদ' 'নংবা কাইরদ্রুনা রারিবী অহৃবু বিপ্রলব্দা নায়িকা কৌই। মথল ৮ নী

মওং মতৌ পুক্লিং রাবা রাখল তৌবা পিতারকপা স্বর মপি হোনবা রাহ্রবা বিকারশিং অসিনি।

১। বিকলা—মবুঙো লাক্তবদা পুহ্মক অরেম্বনী খল্লিবী।

২। প্রেমমত্তা— অতোপ্পী মুপীগা মুংঙামিররমলগনী হায়না মপুক্লিংদা চিংনরিবী।

৩। ক্লেশ—ম-া ঙা উরিবা অমাদি মাগী ফিজোন পুম্নমক হু=মক মাঅন খল্লিবী।

৪। বিনীতা—নিংবা কাইরবী রাখলদা তেংথাজবী।

৫। নির্দ্দয়া—মতানচিংবনা মবুঙোবু মুংশি হৈতবা ওইনা ঙাংলকপদা খাংবদা রাজবি॥

৬। প্রখরা—মৈদা ঈশিংদা মাগী ফিজেং নৈতেংবু মাংহন্নগে থৌরাংবী॥

৭। ত্তুত্যাদয়া—শাউ পুবা মীবু লুনা তৌবী॥

৮। ভীতা—মতম নৈত্রে হায়বদি উননবা মতম ফংজররোই থনবদা মিপাইজবী।

## খণ্ডিতা

মহাক্কী চান্নবনা অমাদি মপুরোইবনা অতোপ্পী মুপীগা চান্নরুবগী খুদম উরবদা শাউরকপী নায়িকা অদুবু কৌই। শাউবা স্বরমপি হোনবা তুমিন নৈথোকপা অশাউবা অশুম অশুম হেনজিলকপা অসিনী। মসিগী মওং মতৌ শাজং শাওং ৮ থোক্লা থাইদোকই।

১ নিন্দা মবুঙোগী মফমদা নিন্দা তৌবী।

২। ক্রোধা – চংজরক্কুনা নোনজররবা চান্নববু চৈ থাংবা তৌরিবীবু কে ই।

৩। ভয়ানকা – শিন্দুর কাজ্জলনা চিংবা মওং চাদনা ভৈরবা মবুঙোবু উবদা পাখংপি।

৪। প্রগলভা—মবুঙোদা নিংঙাই তৌবী অহুবু খংনৈ।

৫। মধ্যা – অতোপ্পা নায়িকাগা তিন্নরুবগী খুদম উবদা মতোম-নভা ইকাইজরিবী অহুবু খংনৈ॥

৬। মুগ্ধা—শাউমনখিবনা ৱা ঙাক্রবী অহুবু খংনৈ।

৭। কম্পিতা – কলক খম্নন ৱাখলনা হিক শিক লাউনা কপ্পীবু খংনৈ

৮। সন্তপ্তা – মাগী মবুঙোগী মশাদা অতোপ্পীগা তিন্নরুবগী খুদম উহুনা চাকল্লীবীবু খংনৈ।

## কলহান্তরিতা

শাউবা ফনবা মরম কয়া তৌরবা চান্নববু শাউমনখিবদগী তানথোকক্রগা চংক্রবা তুংদ নিংঙমহৌদবী অহুবু কল-হান্তরিতা নায়িকা কৌই

মসিগী মওং ফিবম = চোইঙাং ঙাংই মথক্তা মুকম মুক্সম শোল্লি মশা হিকইথ হৈনিংদে ৱাবনা মফম মরাং খংদে খর মপি হোল্লি। মসিগী মওং ফিবম ৮ থোকনা থাইদোকই

১। আগ্রহা – লাংতক্লরবা ৱাজরবা মবুঙোবু করিগীমদক তানথোক বনে হায়না খলহৌবী অহুবু খংনৈ॥

২। ক্ষুব্ধা—খুৎমত্তুনা ফাউবা হায়জরমলগা চাম্নববু করিগীদমক তখিবা য়াহৈনা চৈপ্রবনো হায়না নিংঙমলক্কবী।

৩। ধীরা—য়াম্না হাইজবমলবা চাম্নববু কদায়দা লৈখিরমগদগে খম্নকপীবু খ নৈ।

৪। অধীরা—মতাশিংনা চৈহৎপিরবা॥

৫। কুপিতা—মবুঙোগী ওইদবা য়াঙাংশিং অদু নিংশিংলুবদা শাউরবী।

৬। সমা—মবুঙোবু অতোপ্পী মুপীগা লোইনরুরিবদি মবুঙোগী দোষ ঙাক নত্তে, মাগী মশামক্কী। পাউপুবীগী অমাঙ্গুং মতমগী থোইনশিন্না থোকপ্রিবনি হায়না খল্লকত্তুনা মপুক নেম থরকপী।

৭। মৃদুলা—নিংঙমদবা মৈনা চাক্তুনা কপলিবী

৮। বিধুরা—মতা মখৈনা থেমজিনবীরবী। মসিসিং অসি কলহান্তরিতাগী বিকারনি।

## প্রোষিতভর্তৃকা

মপুরোইবনা লাপনা চংপ্রবদ কাইন মৈনা চাকহৌবী নায়িকাবু প্রোষিতভর্তৃকা নায়িকা কৌই।

মপুরোইবা অচুগা মগুন শকপি কনা লৈজদে হায়ন খনবী ময়াং কংশিল্লকপা ভুফক ভুফাই চন্‌বী মতোমতা য়া ঙাংবী ভুমফ চাফম খংদে ভুমনিংদে, কেনিংদে, চিন্তা তৌই।

নায়িক অসিগী শকওং বিকার ৮ লৈ।

১ ভাবি—মপুরোইবনা লংকৈ চৎকনি তাবদা য়ারবী।

২। ভবন—হৌজিক হৌজিকমক কাইন মৈনা য়ারবি॥

৩ ভূত চান্নবনা লংকৈ চৎপ্রকদা ৱারবি।

৪। দশা! দশা—লোইব নাইদবা ৱাথলনা চিন্ত তৌবী অহিং ভুমন্নবী লাংভকনরবী চাদ থক্তবনা কংলবী থংথন্নবী হৈ-নিংত্রবী, চোয়রোল লোলবী; ৱাথলনা লাইনা পুরবী, শাউচংনরবী শিবগা মান্নরবী। চিন্তা, জাগরন, উদ্বেগ, কৃশতা, জড়তা, প্রলাপ ব্যাধি, উন্মাদ মোহ মৃত্যু॥

৫। দূতসংবাদ - মবুগোনা থারকপা পাউ মীগী মচিন্দগী তারিবি॥

৬ বিলাপা - তেংথাহনা কপলবী॥

৭। সধ্যক্তিতা—মমান্নবী অমানা চত্নুনা তিন্নজবা কংবগী ৱাথলদা লুপ্তনা নুংঙাইজরবী॥

## স্বাধীণভর্তৃকা

মপুরোইববু মনাক্তগী হেন্দোকহন্নবী অকে অনৌদা মপুক্তিং চংলিবী মাগী চান্নবগী নুংশিজবা ৱাথলতদা লৈজবী, অদুবু স্বাধীনভর্তৃকা নায়িকা কৌই।

মাগী চান্নববু খুহম চন্দুনা লৈমিন্নজবী লৈকোন্দা লৈ-হেকমিন্নহনা থানদুনা কেন্নজবী, চান্নববু ফিজেং লৈতেং তৌবিবা, ঈশিংদ শান্নমিন্নবী স্বাধীনভর্তৃকা নায়িকা কৌই।

মসিগী শাজং মওঃ বিকার ৮ শুই

১। গোপনা—নুংশি নুংঙনগী থবক্তা কেথোকচবী।

২। মানিনী রতিকেলি মতমদা মহাক্তা থমথিবা খুদম অদুবু অতোপ্পীনা অতোপ্পনা থমলকপনি হায়নিংহনা শাউশিন্নবী।

৩। মুগ্ধা—মবুগোনা মাবু ফিজেং লৈতেংবীরবী।

৪। মধ্যা মতম পুন্নমক্তা মবুঙোন' মঙোন্দা তৌবিমল থংবা উংলিবী।

৫। সমুৎক্তিকা মতিক চাবা য়াপা চানা ভাংবা হৈবী অরাই অথুম হৈবী।

৬ সোল্লাসা—মবুঙোগী শাক্তং ব্যবহার উবদা হারাউবী।

৭। অনুকুলা—মবুঙোনা মাগী কৌয়োই ইন্ন চৎপী।

৮ অভিষিক্তা—ইক্ক মাইথক্তবিগুনা মবুঙোনা চামোর হুমাই হুন্বীরিবী মুপীহনু থংনৈ।

মতাং অসিম বৈষ্ণব সাত্ত্রগী নায়িকা মথল নিপানগী শমলপ্পা নৈনবা লোইরে॥

মতাং মসিদা রস, ভাব, নায়ক বায়িকাগী মরমদা শমলপনা নৈনবা মরম লোইরে, মথা অসিদি রূপক ১০ উপরূপক ১৮ গী মরমদা থরদং হায়জগে অমাম্বুং রূপক উপরূপকতা চংবা সন্ধি বৃত্তি, পত্তাকাস্থান, অসিনাচিংব-শিংগী মরমশিং নৈনরগে॥

## "রূপক অমসুং উপরূক"

দৃশকাব্যশিং অসিদা খেন্নবা থরলে মহৃদি থরনা রূপকনী থরনা উপরূকনী।

রূপক মথল ভরানী মহুদি: ১। নাটক, ২। প্রকরণ, ৩। ভান, ৪ ব্যায়োগা, ৫। সমবকার, ৬। ডিম,

৭। ঈহামৃগ, ৮। অংক, ৯। বীথি, ১০। প্রহসন মখল (১০) অসিনী

উপরূপক = মখল ১৮নী ১। নাটিকা ২। ত্রোটক, ৩। গোষ্ঠ ৪। শট্টক ৫। নাট্যরাসক ৬। প্রোষ্ঠন্ ৭। উল্লাপ্য ৮। কাব্য ৯। প্রেঙ্খণ ১০। রাসক ১১। সংলাপক ১২। শ্রীগদিট ১৩। শিল্পক ১৪। বিলাসিকা ১৫। দুর্মল্লিকা ১৬। প্রকরণী ১৭। হল্লীস ১৮। ভানিকা মখল তরানিপান অসিনী। মখোই খুদিংমক অসি অউংপা পোংনা মরু ওই হায়দুনা মখোইশিং অসিবু দৃশ কাব্য কৌই॥

মখোইশিং অসিগী মওং মতৌ অদু হায়রি :—

(খ) নাটককী লক্ষনদি মথাগী অসিনী :—

নাটক— রামায়ন্ পুরানগী ওইবা মীনা তানরিবা বারি প্রসিদ্ধ ওইবা (অকাউবা) অদুবু নাটকতা শিজিন্নৈ।

কবিনা কল্পনা তৌবা বারি নত্রবদি নাটকতা চিংদে চিননে, মদুগী পাউথুমনে অসিনা চিংবা মখল মথা য়াউগনী, চাউখৎপনা চিংবা গুন আর্শয্য (তৌবা ঙম্বা) মখল মথা অয়াম্বা॥

আর্শয্যগুনশিংবু কোংদোক্নী। মুংঙাইবা অমাম্বুং অরাবগী থোকফম অদু উৎকনী; মসিদা শৃঙ্গার করুণ নচিংবা রসনা মপুং ফানা লৈগনী মসিবু নাটক কৌই। শ্রীরামচন্দ্র, যুধিষ্টিরনা চিংবগী বারিদা মুংঙাইবা অরাবগী বারি য়াউই॥

নাটক হায়বা লিল্লা অসিদা অংক ৫দগী ১০ ফাউবা লৈগনী, অংক ৫দগী রাংলবা অমাদি ১০ দগী হেল্লবদি নাটক

কৌদে, শাগৈ জাং কবা ঋষিশিংক্তা লৈবা য়াব গুন-শিংনা লৈতেংবা, থিয়দাও (পুরুচেল তপ্পা) অকবদা ভৌবা গুম্বা অমদি অকবা ফাস্তব। গুনচেনবা অদুনা নাটককী নায়ক ওইগনী॥ খুদমদি অভিজ্ঞ্যান শকুন্তলাগী দুষন্তদা ঋষিশিংদা চেনগদবা গুন অদু চেন্নি। মহাভারততা শ্রীকৃষ্ণনা অথোইবা মুপানী (দিব্য পুরুষনী)॥ দিব্যা-দিব্য হায়বদি অকবা ফত্তবা লাইগী গুন চেনবা মীওইবগী গুনম্মু চেন্নিবদি রামায়নগী শ্রীরামচন্দ্রনী। মসিদা থিরদাও, থিরদ্ধও, থিরললিত, নায়নগী লক্কল্, মতৌ) খর লৈরে॥ শৃঙ্গার রস, বীর রস সান্ত রস, অছুম অসিগী মরক্তগী অমানা নাটক অমাদা মরুওইবা রস ওইগনী রস অতৈদি অদুক হাক্লা মরু ওইরোই।

প্রবোধচন্দ্র দয় নাটকতা নাটক হায়বদু ওইননবগীদমক তপেং তপেংনা সান্তরস অসি লৌই। খ্বনীক। (মি চং-লৈয়বা রস থংলবা) শিংনা লৌনরিবদি মথক্তা পল্লিবা রসশিং অসিনা প্রধান ওইবা নত্তনা অতৈ রসনা প্রধান ওইবদুদি খনিকাশিংনা লৌনদে নাটক হায়বা রূপক অসি পুথোকপদা অতৈরসন। প্রধান ওইরবদি অঙ্কপা (ফত্তবা) অমা ওইগনী। মসিদা নায়ক অমত্তনা পাং-থোকপা য়ারোই ম শক সহনায়ক ৫/৬ চংগনী॥

নাটক হায়বা লিল্লা অসি লেংবদা যন্ মমৈগী মগুংগুমনী হায়বদি মকোকতা পিকলগাময়াইদা চাউথোকনী অদুগা মতোন্দা হুইজিনগনী; মত অমাদা যনগী মমৈদা মতু অতেন অশাং লৈবগুম। অতোপ্পাগী মততনা মকোকতা লোইশিল্লি খরনা খর শাংদোক্লা লোইশিল্লি মতাং চাগদবা মকমদা জোইশিল্লি। হৌজিক্তি অংকগী বা হায়রগে।

অকংগী লক্ষন = নাটক লীলাগী খোইরোকপা তোপ তোপ্পা অমাবু (Speciel ওইবা) অংক হায়না লৌনৈ অংক-অসিদা নায়ক অদুগী চরিত্র (লমচৎ) অমসুং তাকলী হায়রবদি মরু ওইনা ওইরবসু হায়কেং ওইরবসু নায়ক অদুগী লমচৎকী মরমদা হায়গনী রস অমাসুং ভাবনা থরগনী, হায়রিবা চরিত্রশিং অমসুং য়াম্না নুনা থমলোইদবনী লাইনা খংহনগদবনী বাহৈশিং ডাংনবা (Daelog) কোইখোক-লোইদবনী।

অকং অমাগী হিরমদা, মহুংদা অতোপ্পা হিরম অমা (মতাং অমা পুশিনহিংলবসু) অকং অদুগী মহুংদা অদু-মক লোইশিনবা যাই। অদুমকপু থৌদোক অমদা মরি থমনবা খজিতংদি লৈগনী হায়বদি মরু ওইবা হায়গদবা অমসুং পুমলোইমক্কি লোইশিল্লোইদবনি।

হায়রিবা খজিকতং অসি অকং খুদিংমক্তা লৈবাদি য়াই অদুমকপু ইরোই লোইবদদি স্কুলৈ লৈরোই।

অকং অমদা খৌরম য়াম্না কংলোইদৌবনী, অমাসুং অঙক অদুগী মচি মরু ওইবা অমসুং মাংহলোইদবনী।

নায়কনা মীওইবগী চংনরিবা (চাকচাবা ইরুজবা) অসিনা চিংবা নিত্য কর্ম্মাশিং অমসুং লিল্লাগী কর্ম্মাদা অকংদা হাপ-লোইদবনী। তুংদা য়াম্না কুইরবদা থোকলগদবা থৌদোকসু অকং অদুদা হাপচিল্লোই। পুরকলিবা রস অদু কাই-রোইদনা ওইয়বদি খজিতংগনবা ফাউবদি য়াই।

অংক খুদিংমক্তা নায়ক অমসুং খোক্রবসু মহাকী মরমদা থর থরবংদি শোককদবনী, নট ২/৩ না অকং অমা পাংথোকলী। নাটককী অকং অমদা মথাগী হিরম কয়াসুক অসি চংনদে

মতুদি অয়াপদগী কৌব, হাৎপা, লান, লৈপাক্কী অন-দোলোন্, লুহোংবা, ময়াম চাবা, শাপ তৌবা, মন্নুং অচৌবা চংবা, শিবা, চিনবান মখা চিংকপা, ভূমা, চিনচুপনবা ইকাইনবা থবক, অসিনা চিংবা অসি। সহায় অমাবু কোঃশিন্নুনা থম্বা চন্দন থিনবানাচিংবা থাউ তৈবা নচিংবা অসি উৎপদা মুংঙাইবা রাংলি। অংক অসি য়াম্না শাংলোইদবনী, অকংগী মন্নুংদা (মুপী অথোইবা লৈমশিজ) শিং মনাই মশন অঙম অথৌ বনিকশিং (ললোনবা) গী বারি য়াউরবদি তশেংনা ফোংদোক্নী, অকং অতু লোইরবদি অতুগুম্বা নাটশিং অতু থোকখি-গদবনী ভাসনা চিংবগী নাটকতদি হায়রিবা অসিগা থর ওনৈ, ভুংদা লাকপা কবিশিংনদি হায়রিবশিং অসি য়ানরে অভিজ্ঞ্যান সকুন্তলা নাটকতা দুর্ব্বাসানা শাপনচিংবা পিরি মরম অসিদগী শাপপিবা অসি দোষনী হায়না লৌনদরে, শিবনাচিংবন্নু।

## গর্ভাঙ্ক

অংকগী মন্নুংগী মরমদা হায়রি:—

অংক অমাগী মন্নুং প্রস্তাবনা তৌবা মঙ্গলাচরন সভাপূজা, গুরুবন্দনানচিংবা নাট্য হৌরমদাইদা তৌরিবা অসিবু গর্ভাংক কৌই॥ শরুকশিং অসি অংক অমাগী মন্নুংচল্লি হায়ত্থনা হায়বদি লিলা অতুগী মন্নুং চল্লি হাইহনা মসিবু গর্ভাঙ্ক হায়না থংনৈ।

থূদম:—বাল রামায়ন নাটকতা কঞ্চুক্কী (মীনাই মুপি) না রাবনদা হায়খি রাজন! সিভা সয়ম্বরগী নাট্য অসি

নাকোং লিশিং কয়া তাগদবনী মিংলিশিং কয়ানা য়েংগদবনী, অহনদি ইবুঙো নাহাকীদমক্তা নাট্য অসি শিনলাংলিবনী, (দম্নাগী মমিংকুন মনাকুন লৈবননি মসিগী গুনবু ফোংদোকপনী ) মসি সিতা সয়ম্বর নাটককী গর্ভাংকনী।

নাটকতা, অহাম্বদা পূর্ব্বরঙ্গ কৌবা মঙ্গলাচরন তৌগনী। মতুংদা সভাবন্দনা ( সভা খুমরম্বা ) মথংদা কবি অমাম্নুং নাটককী মমিং হায়দোকনী মথংদা প্রস্তাবনা (হায়জ ঈশৈ ) অসিনাচিংবাসি তৌগনী।

লীল্লা অভিনয় হৌরকপদা রঙ্গ (রাগ) অহু কাইদনবা নাটশিং অহুনা মঙ্গলা চরন তৌগনী ( য়াইফনবা নাণ্টক অহু কাইদনবা লাইদা খুরুমজবা [ লাঙোল ঈশৈ ) প্রতিহার অসিবু পূর্ব্বরাগ কৌই।

পূর্ব্বরঙ্গ অসি লোইশিনবগী মথল য়ায়া লৈ অহবু লিলা অহু কাইদনবগীদমক্তু কবি নান্দি কৌবা অংক ( মতাং ) অহুদি শোইদনা তৌগনী, কবি নান্দি ( কবি নান্দি—করিগী রাকৌদোকপু থংনগনী ) অসি হাপনিংলবস্তু য়াই হাপত্রবস্তু য়াই।

( গ ) কবি নান্দি—রাহৌদোক ( রাকপগী রাহৌদোক ) মরম লাই নিংথৌ দ্বিজশিংদা নটশিংনা হায়জ রাহৈ হায়জে, নটশিংনা মুংঙাইজবা পোকই হায়হুনা নান্দি অসি তৌনৈ। রাহৌদোক অসি ইশ্বরনা পেনবি হায়দুনা হায়জবনি। য়াইফ খুহুম ওইবা রাহৈ পরেং অতুদা মোইবুং থম্বাল, থাজ, ( চন্দ্র ) ঙানুথংগোং ( চক্রবাক ) অমিনচিংবা রাহৈ পরেং॥

দ্বিজ (ব্রহ্মন, ক্ষেত্রি, বৈশ্য দ্বিজনু কৌই। দ্বিজ কৌবদি ইমা ইপানা পোকপিরগা শুকনা নাম পিন্নবা অমুক পোকপি, মসিনু দ্বিজ কৌই) মপোক অনিশুই হায়বনা কৌই; উচেকপুন্ন অহানবা মপিন্না মরুম কোকুলগা মরুমদগী অমুক পোকই হায়বুনা উচেকপুন্ন দ্বিজ কৌই।

নান্দি। শ্লোকতা পদ ৮ নত্রগা ১২ লৈগনী (পদ—ব্রাহৈ-খোনকম) অওইবা মক্তি পদশিংগুগী ৪ শুবা সুবন্ত—তিঙন্তগী অর্থ খংহনগনী। সুবন্ত, তিঙন্তগী অর্থ চাক্তা লৈরবসু বেনিসংহারনাচিংনা নাটকতা নান্দিগী লক্ষন ওইবা য়ারোই। পদশিং অমুদা খম্বুরুরবদি ৮ অমাসুং ১২ শুব মশক অ" দি, চাশিন্নরোই; তৌইশুন্নসুং শ্লোক অমামমদা পাদ মরি মরি লৈরবদি ৮ শুবা ১২ শুবদা নান্দিগী মওং অমু চাশিন্নবা য়াররোই। শ্লোকশিং অমুগী মসুংদা লৈরিরবা ব্রাহৈ পরেংশিং অমুবু পদ অমামমনী করিগুম্বা থোইদোক হেন্দোকপা য়াম্ভরিরবা ব্রাহৈ থুদিংমক পদ অমামমনি; মসুদি সকুন্তলা নাটক-তা (বা সৃষ্টিঃ স্রোষ্টুরাদ্য) শেমগৎ-শাগৎলকপা অসিনচিংবা অসি নান্দি ওই, নৈনরবদি মসিনী অষ্টপদ নান্দিগী লক্ষন। নত্রবদি নান্দি ওইরোই। নাটক অথোইবা সকুন্তলা লিলাদা নান্দিগী মওং অসি ওইত্রবদি নান্দিনী হায়না করম্না লৌনগদগে, মসুদি পাম্নমকমগী মতুং ইমা তোগদবা মওং মতৌ অমু লেপ-কদবী তোগদবা মতুং ইম্না পামদমকম লেপকনী মওং শাগত্রিঙৈদা পনথুংকম লেপলোই।

করিগুম্ব' শেমগৎলকলিবা অমুদা মওং চাত্রবদি মসু অরেম্বনী দোষ লৈরে; মরম অসিদগী মাট্যপ্রদিপ লাইরিক্তা হায় (শ্লোকতা মরিশুবা শরুক অমুবু পদ কৌই,)॥

কনাগুম্বনা স্তবন্ত তিঙজুবু পদ কৌই, কনা অমনা শ্লোকতা য়াউরিবা রহৈ খুদিংমক পদনী হায়নৈ।

নট্য শাস্ত্র টিকাকার অভিনবগুপ্তনা অস্তুম্না হায়। অর্নয রাঙব নাটকতা ( নিযপ্ত ত্র্যংম্ ) অসিনা চিংবা অসি অষ্ট-পদনী খুদমনি। ১২ শুবনী খুদম্না পুষ্প মালাদা পিরি মতুদি = ( শিরশি ) অসিনা চিংব হায়বদি গঙ্গাবু কোথকতা থোংহনা লোম্নবীগী মুংশিদবগী রাথলদা পৰ্ব্বিতিগী ঙাং-ঙানবা মাইথোং থাজ থম্বাল অহু ঙাংলহনা মুংশিথোইবগী চরণ শোকপদা অমুক হন্না পুক্লিং মকা লামথি॥ অস্তুম্ন অভৈদস্তু খংনগনী।

(ঘ) নান্দি শ্লোক্কা হায়খিবা দশরূপক লেংবা ধনঞ্জয়গী মত মতু ইন্না লায়রি অওইবমক্কি মহু নান্দিগী লক্ষন নত্তে মরমদি অচৌ অচৌবা কবিশিংগী মতকা মান্নদে। মরম অহুনা মসিবু পূৰ্ব্বরঙ্গগী থোংনী হায়না লৌনৈ।

পূৰ্ব্বরঙ্গবু করিগীদমক্তা রঙ্গদ্বার কৌবগে হায়বদি মসিদা অঙ্গিক, বাচিক, য়াউনা উংলি অহুনা মসিগা রঙ্গদ্বার কৌই, মসি লিল্লাগী লৌবগী লংজিন্নী, নাট্যসাস্ত্র ইবা মহর্ষি ভরতকী মমাংদদি মসি উংনরমদে, নাটক ইবা কবিশিংনা নাটক ইবদা মসি হাপফম থোকপনী হায়না লৌনৈ। মরম অদুদগী ভরত মুনিনা নাটক ইবদা থোইনা পল্লুদে মরংদি পিফম থোকপনীনা।

(ঙ) মহাকবি কালিদাসনাচিংবগী লাইরিক্তা ( বেদান্তেষু যমাহুরেক পুরুষম ) ( বেদান্তদা অতোপ্পা মুপা ১বু অনিরক পম্না ঙাংই ।

অসিনাচিংবা শৈরেংদা মথক্ত হায়গ্রিবা নিয়মগী মুতুইন্না নান্দিগী লক্ষন ওইবা য়াই। মগদি ঃ সর্গ মর্ত্ত থুংনা, য়েংনবা লৈত্রবা মীশক্তী। রাশিং অহু বেদান্তদা হায়রি ঈশ্বর হায়বা শব্দ অসিমক্তনা খংনরি মহুদি "( তাইবং পানগী অরান খুবম পম্বনা ইবুঙো মহাকপু অহিং মুংখিলদা থিজরি। ( ভক্তবু মুংশিবিবা ভগবান শঙ্করনা নংবু মঙ্গল ওইহনসনু )" ॥

মকম অসিদা শৈরেং অসিদা পদা মরিতা লৈ অহুদা পদ ৮ পদ ১২ গী রা য়াউদরে পদ শব্দদা তিঙ্গন্ত পদ অসি লৈরবস্নু দোশ অসি লৈ। থাইনগী লাইরিক ইবাশিংনা হায় মহুদি রঙ্গদ্ধারদগী নাটক ইবা হৌগনী। মরম অহুদগী থাইনগী লাইরিক্তা ( অরিবদা ) ( নান্দ্যনন্তে সূত্র ধারঃ ) অসিগী মতুংদ ( বেদান্তেস্নু ' বেদান্তসিংদস অসিংস্ন শ্লোক অসি উবা ফংই। মসিগী ক্রিবমদি নান্দিদা লৈরিব মওং অহু নটশিং অহুনা উংন্নবগী মতুংদা সূত্র ধারশিং অহুনা নাটক্তা হৌগদৌরিবা অহু শক্তনী পুথোকনী অহুনা তরং তরংনা উরে কবিনা লাইরিক ইবা হৌবদা মঙ্গলাচরন ইবা অহু নান্দি নন্তে; কবি অহুনা নাটক্তী মরমদা হাইদোকলিবা ( মসিনা রাম সাগনী মানা কৃষ্ণগী শ্যাগনীঃ ) অহুস্নু মঙ্গলাচরনদা চিংই। সুত্র ধার অহুদি অহানবা অহুনা পুর্ব্বরাগ অহু লোইরগা রঙ্গমন্নুদগী থোক-থিগদবনী নট অমনা মঞ্চদ (Stage) চংলকলগ নটক অহুগী মরমদা হাইগনী, নাটক অহুনা লাইগী মরমদা ওইরগা লাইগী থিজেৎ লৈংেং হৌগনী গীরমচেংগী ওইরগা মীওইবগী থিজেৎ, অনিনা তিনবা ওইরগা তিন্নরনা শেংকনী। অম্নুয়। মশক ফোংদোকনী।

মসিদা মরুওইবা নট পাত্র অমুবু পনগনী।

স্থাপব—হায়বদি সূত্রধারগুম্বনী মরু ওইবা ললিাগী নট অমানি মানা কাব্য শান্নগদৌরিবা হিরম অমুগী অর্থ মপুম অমু ভাকই হায়দুনা মহাকপু স্থাপক কৌই।

মমাংগৈদদি সূত্র ধারগা স্থাপক অনি অসি নট অমুগুম্না থোঃরমই অমুবু হৌজিক্তদি পূর্ব্বরঙ্গ অমু তৌনত্রবনীনা সূত্রধার অমু অমুতনা ফোংদোকনরে। স্থাপক চংলগা কাব্য লীলাগী অর্থ ফোংদোকপগী অমুদি "উদাওরাসব" কৌবা নাটকতদা উবা ফংলে।

উদহরন্ :—

থুদম—রামচন্দ্রনা মপাবুং দশরথগী য়াথং ইন্দুনা হিক্তোক্তনা বন্দা লেংখি, ইবুঙো মহাক মপাবুংবু নুংশিবদগী ভক্তিদগী লৈপাক অমাম্বুং মমা কৈকোইবু থাদোকখি। রামনা চংজরকপ শিংবু শুগ্রিব অমাশং বিভিষণবু এশ্বর্য পিখি ( ইনাককৈরাক থুনবা নাপল চাউরবা রাবন্নচিংবা য়েক্লবা শিংবু মাংহনখি

মতাং অসিদা রামচন্দ্রগী অরাংবা (উদাত্ত) ভাব মতৌ মওং ফোংদোকই, মসি নাটককী শন্দোক্লা তাকপা অগনি। মরু (বিজ) ওইবা মরমদি "রত্ন" বলিদা থুদম পিরি— সমুদ্রদা ঈপম্তা মাইকৈ অরোইব (হেরাইজন) নোংখোং (দিগন্তর) লাপলবম্বু বিধীনবু (অশীব) তমলবদি অপাম্বা পোং অমু থিন্দনা ফংই।

"রত্নবলিদা" জহাজ লুপত্রবম্ন অমুক হম ফংলুনা লাইগী থৌজান্দদগী ব্যসরাজনা ময়ুমদা হনখি যৌগন্ধনরায়ন্না

ললোনবদগী হৌগ্রনা রত্ন পুমনমাক কংখিদো মচ্ছ বিয়র অসিগী বিজ (মক্ক) নী হায়না খংনগনী।

শ্লেষ – মরূপ মপাংতিন্নবা Union। মুথ (থৌশাদবা) নচিংবা হায়গদবা পুম্নমক তাকক্লুনা রাহৈ রাতা লেমগংপা অচুম্বু মুথ কৌই।

খুদম—সরত মতমদা অমংবা নোংনা কুপলবা নোংজুথা লোই-প্রবদা বক্কুলি লৈরাং শাংকাইরন্দুনা লুরবা থাজগী মঙানগা লোইননা থোকই লুরবা লমচৎ চেন্নবা য়াম্না—সরতকী থাজনি; রাবননা অমংবা নোংনা কুপলবা বর্ষানী, রাবনবু হাংপা কংখিবা থাংশাং অহুনা মোমোন নোকপা থাজগুম্বনী, মরূপ মপাং মিংবু কনবনী বাঙ্কুলি লৈরাং-গুম্বনী। রামচন্দ্রগী চরিত্রদা হায়গদবদি মচুদা শ্লেষ হায়বসি য়াউরে। মরম অহুনা মুথগী মওং মতৌহগা চানরে।

পাত্রগী (Artist) তাকপা মরমদা "সকুন্তল"দা য়েংগ-দবনী মচুদি মহারাজ দুষ্মন্তনা শজিগী অয়াংবা থোংজেমগী ভুংইন্দুনা য়াম্না লাপ্পদা থুংখি, ঐবুস্থ অস্থম তৌহনা নংগী সঙ্গিতকী রাগ অরুনা ঐগী পুক্লিংবু চিংশিনখি, অসিগুম্না অস্তপক শ্লেষ অসিনা ঃযমস্তবু তাকলি। সারঙ্গ (শজি) শজি অমাস্থুং গঙ্গিংকী রাগ অনিমক খংনৈ। সারঙ্গরাগদি শুমিৎ য়ুংবদদা শকমৈ অচুনা রাহৈ অসি মক্রা মতমবুস্থ তাকলি,। ভতরকী মতুং ইন্নবদি কাব্যগী অর্থ তাকপদা অস্থাপকী মুংশিরবা শুর অহুনা তারিবা য়েংলিবা মিশকশিং অহুবু পেলহম্নবগীদমক নাটক্কী অমাস্থুং কবিগী মমিং অচু হায়গনা কবিগী মমিং গোত্র

পারোন পুরোম অমদি, ঋতুগী মরমদস্থ হায়নৈ। ঋতুগী বর্ণনাক অসি থোইদোক্লদি তৌনদে। ভারতিগী মতম-তা রাবৈ রাতাদ' সংস্কৃত য়াম্না য়ানবা অমাম্মুং ভাবক্তা চংজবা অসি ভারতিগী মতনী।

নর—সংস্কৃত য়ানবা হায়বদি নর হায়বদি খুপানা হায়বনী খংনগনী, ভারতিগী বৃত্তি মতৌ অনিদা অঙ্গ — শরুক মরি খাইদোকলি মতুদি ১।

মতুদি — প্ররোচনা — (থৌজিনবা = ইনশিনবা) বীথী, (পরেং, লপি পরেং) প্রহসন (ফাগি = লংনবা) অমম্মুং আমুখ (মাইথোংফাউব) মখল মরি অসিগীদা। কাব্যগী লাইরিক্তা অমাম্মুং লৈপাকমচা তাবা (সভ্য) হৌনখংবগী, মওং অসি তাক্লনা ভাবুক্তা পুক্লিং চিংশিনববু প্ররোচনা কৌই।

(ছ) প্ররোচনাগী খুদমদি "রত্নাবলি" দা উই, শ্রীহর্ষ, নাট্য লেংবদা হৈশিংব কবিনী, সভা অদুম্ম (ভাবক) য়াম্না শুনলৈবা রাখল লৈবা ওইগদবনী। মহৃগী রূপকতা বৎস-রাজগী লমচৎ অদু য়াম্না পুক্লিংহুবনী, অভিনয়দা হৈশিংবা মীশিংনা পামলিবা মওং অদু ফংগদবনী;।

১ বীথী অমাম্মুং ২ প্রয়োশনগী মরমদা হায়গে নাট্য অদুদা নটী, বিদূষক অমাদি পারিপর্শিক (থৌগন লোই-নবা) গী মরমদা তাকলি চংলক্লদোরিবা নটশিং অসিগী মরমদা সুত্রধারনা হায় মদুবু আমুখ অমাম্মুং প্রস্তাবনা কৌই।

সুত্রধার অদুনা পূর্ব্বরঙ্গ অদু হায়গনী স্থাপক অদুনা সুত্রধারগা মান্নরবস্থ মরু ওইবা নট অমনি হায়ন স্থাপকপুস্থ লৌই।

পারিবাশিং ঃ- খৌগন্ লোইনবা হায়বসি নাট্যদা অহুক য়াম্না মরু ওইদে হায়হুনা নট হায়না খংনরে—প্রস্তাবনা অসি মখল মঙা খাইরি ১। উদ্ঘাত্যক ২ কথোদ্ঘাত ৩। প্রয়োগতিশ্রয় ৪ প্রবর্তক ৫ অবলগিত অসিনী॥

উদঘাত্যক—( খোংহাংবা সঙ্গাগাব ) অর্থদি চংলককুদৌরিবা আহ্নিষ্টকুনা কোংদোকলিবা মরম অহুদা য়াইটর অহুগী ভাব কোংদোকই হায়হুনা উজ্জাত্যক কৌই। য়াহৈ অমানা অর্থ য়াম্না খোকপা শিঞ্জিংবনস্থ নটকার অহুনা অর্থ খোক্লবা য়াহৈ খরচংলবস্থ উদ্ঘাত্যক কৌই।

(ঙ) "মুদ্রারাক্ষ" তা সূত্রধারনা হায় কহবা য়াহুসি কেতু হায়না খংনগনী, মপুং ফাবা থাবু পুণিমা হায়না খংনৈ, নেপথ্যদ ী ( ষ্টেরাংমদগী ) চানক্যনা লাউরকই ঐ লৈরিংদা চন্দ্রগুপ্তবু মাংথিবা পিবা কনান ঙমগনী।

সূত্রধারগী য়াহৈদা শাস্ত্রগী য়া চংলবদি অহুঙম প্রস্তাবনাবু কঠোদদ্ঘাত কৌই। মতুদি রত্নাবলিগী প্রস্তাবনা অহুনী।

(ঝ) প্রয়োগাতিক্রম—সূত্রধারনী হায়বা য়াহৈ অহুগী অর্থ অদ অনি মনুং মপান লাইনা হায়বা ওইরবদি মতুবু প্রয়োগতিক্রম কৌই মতুদি বেণীসংহারগী হতাংদা ভীমনা দুর্যধনচিংবা মাংশ্রসু হায়না ভীমনা লাউদুনা চংলকই

মরমদ সূত্রধারন য়েক্লাব মৈন চাকশ্রসু হায়বা অসিদা ভিমনা লাউরকই, মনুংগী অর্থনা পাণ্ডবকী য়েক্লবা দুর্যধনগী কাংবুবু ভুমশ্রসনু অসিনী মসিদা অর্থ অনি খোকলি মসিবু প্রয়োগতিক্রম কৌই শ্লোক—স্বস্তিবামবৈরদহনাঃ সূত্রধারগী শ্লোক॥

প্রর্বত্তবপ্রস্তবনা=ৱাহৌদোক (লিনা' হৌব' মতাং শংর কালগী মতাং ৱাকৈ শন্দোকনা হায়বগা ৱামচন্দ্রনচিংবা নায়ক চংলকই মসিবু প্রবর্ত্তকপ্রস্তবনা কৌই।

(এ) অবলগিত ৱাহৈ খরনা হিরম অমাদা থৌরম অনিগী মননবা উপমা খুদম পিরকপা অহবু অবলগিত কৌই।

খুদম অভিজ্ঞ্যা সকুন্তলাদা নটীনিনা ঈশৈ শকপা ভারগ সুত্রধার পুং চিংখরে, অহুশুমহুনা ৱাজ হুষয়ন্তবু শজিনা চিংহুনা পুখরে। অসিনী। ৱাজাবু চিংখিবা অহুশুমনা নটিনী নংগী ঈশৈনা ঐবু চিংখরে॥

প্রস্তবনা অসি কনাগুম্বা নেপথ্যদগী হায়কই কনাগুম্বনা অকাশ বাংন ওইনা লাউই।

(ট) নাটকী মরু ওইবা কংহুগী মরু ওইববু অধিকার কৌই। অধিকার অহবু নোইহন্নবা জক্‌হনবা মপুংফাহনবা চরিত্র কয়া কাপচল্লি অহবু প্রাসঙ্গিকই'তত্রিত্ত কৌই।

মহুদি ৱাময়নদা শুগ্রিবগী চরিত্র অসিনী। মশাগী থৌরম পাংথো পা লোইরবা কাউবা মীগী ভেংবাংব অসিনী।

পতাকাস্থান- নাটক অমা ইবদা পতাকাস্থান শিজিননবা মসি কবিশিংনা ৱাখল মুম্ন ভৌগদবনী।

খুদম—কবি অগী ৱাখল খল্লিডেদা যারবা ৱাখল অমা লাকলে অহুদা লাকলিবা ৱাখল অহুনা অতোপ্পা অর্থ অমা ভাকলবদি মহুবু প্রেথম—পতাকাস্থান কৌই॥

পতাকাস্থান অসি মখল য়ামই।

খুদম—লাকলিবা ৱাখল মচাক অহুনা পেন্নবাগী মশক ওইরবা অমাদি শুনচেনবা অর্থ লৈরবদি মসি অহানবা (প্রথম) অভাকাস্থান কৌই।

পতাকাস্থান—করিগুম্বা Plot অমাগী অর্থ অমা খল্লিরৈদা মথুগা মান্নবা অর্থ অমা লাক্লবদি (চিংনবস্থ লৈতাব) মথুবু পতাকাস্থান কৌই। (অচম্বা অর্থদ পতাকা হায়বদি খুদম, নত্রগা ফিরান (Flag) হায়বানী।

খুদম—"রত্নাবলি" দা নাটকতা মহারাজনা মহাক্কী রানি সাগরিকাগী মফমদা লোন্না কোইজবী বাসবদত্তানী খল্লুনা কোনজক্লই বাসবদত্তা ওইরমদনুনা মহাক্কী রানী সাগরিকনী ওইরমলে নিংথৌদা করিনো রাজা! হায়রকই মতুদা খুদক অতুমক্তদা রাজা-া তৌশিন্ন-না ঐগী লাংতক্ষনরবা থম্মোই অসি ইংনবা নংগী থম্বৌ হেরাগুম্বী পামবোমনা অমুক্কং কোনবিয়ু। নুংশিবা সাগরিকা নত্রনে"॥ রাজানা মথুং খংথা খাদোক্লুনা প্রিয়ে! অদুক ফিংকম থোকতেদা, মসিবু প্রথব পাত্তাকাস্তা কৌই। হায়রিবা রাহৈ অদুদা বিষেষন রাহৈশিংগী মগুন কোংদোকপা রাহৈ য়ান্ন য়াউ-রবদি মথুবু দ্বিতিয় পতাকাস্থান কৌই।

খুদম "বেনিসংহারদা" হায়রি মথুদি—"কৌরবনা পৃথীবী অসিবু খুদম চল্লুনা লৈরিবা কৌরবপু পৃথীবী অসিদগী মনাই মসনগা লোইননা মথোইবু সর্গ ফংসম্নু" হায়বদি কৌরবকী ঈতনা পৃথীদা তৈরবা অদুগুম্বা মথোই অদু শিরসম্নু সর্গ ফংসম্নু যুধিষ্টিরন জয় ওইদুনা ইংনা পান-কৌরসম্নু অসিবু দ্বিতিয় পতাকাস্থান্ কৌই। মতাং অসিদা রাহৈ পরেং অসিবু অর্থ অনি থোকহল্লী অর্থ তোঙানবা এজেকতিব য়ায়া য়াউরি মরম অদুনা মসিবু দ্বিতীয় পতাকাস্থান কৌই॥

তৃতীয়পতাস্থান—রাহৈ পরেং অদুদা থোকলিবা থৌদোক

অহু মকালামনা ভাকথোকতবা থোকপদি থাজৈশেংনা থোক্লবা করমনা, ফাগি কন্নাং ওইনা (নাকোইনন হায়বা) অহুবু তৃতীয়পতাকাস্তান কৌই।

থুদম:—বেণিসংহারগী অনিশুবা অঙ্কদা :—

কুঞ্চুকি (নিংথৌশোন্নবনা) রাজন্! ভেকলে ভেকলে।

নিংথৌ—কনানা?

কঞ্চুকী=ভিমনা।

নিংথৌ—কনাগী?

কঞ্চুকী—মহারাজগী।

নিংথৌ—করিনোনে নংনা চোইরোন লোলিবাসিবু।

কঞ্চুকী—চোইরোন নত্তে মহারাজ! ভিমনা ভেকহনবনী॥ মসিগী মক ওইবদি দুর্যধনগী থুকউ থুদেকপগী মরমদা ঙাংবানী।

প্রথম পতাকাস্তান—য়াউদবা য়াত্রবা পোৎচংগী মথক্তা অমুকা হেন্না কান্নবা পোৎচং অমা হাপলবদা চিংনবস্নু লৈত্রবা কান্নবস্ন হেন্নবদি হাপলিবা অহুবু প্রথম পাকাস্তন কৌই

দ্বিতিয়পাতাকাস্তন-রাহৈ পরেং অহুদা অর্থ চেন্নবা "রাহৈ-লৈত্তেং" এজেকটিব য়ান্না য়াউবা (রাহৈগী গুনয়াউবা) রাহৈ পরেং অহুবু কৌই॥

চর্তুথপতাকাস্তন—কজরবা, নাকোইনবা রাহৈ য়াউবা রাহৈ অহুমক্তি মরি লৈনবা অর্থ অনি চৎলবা (মচেক্তা য়ৈবা রাহৈ) অহুগুম্বা রাঙাং অহুনা মরু ওইনা ইভোপ ভোম্না: অর্থ অমা ভাকলদি মহুবু চতুর্থ পাতাকস্তা কৌই॥

খুদম = রত্নাবলি নাটকতা রাজা মাগী লোম্ন চান্নবী বাসবদত্তাবু পুংফম ভত্তুদা মফম অত্তুদা ঐখোই অনি উনশি হায়তুনা শিংনখি, থেৰম অসি নিংথৌগী রানি সাগরিকাগী মনাইনা অত্তুনা রানিদা তমলুরে রানিনা মত্ত ফাগদবগী মতম চানা মফম অত্তুদা লুমহুনা লৈরুই মতাং অসিদা নিংথৌনা হায়নখিবা মতম ওইরে খল্লংনা মফম অত্তু তান্না লাকই মত্তুদা লুমহুনা লৈরম্বী সাগরিকাবু বাসবদত্তানি খন্দুনা রাজানা কোনলুই মত্তুদা রাণীনা করিনো রাজা হায়রকপদা নিংথৌনা মীশক ওন্নরম্বা অত্তুদা তৌশিন্নবা রাহৈনা নংবু ঐগী মুংশিবী সাগরিকা • ত্রনে হাইরকই অমাশুং নংনা ঐগী প্রেমগী প্রনোয়না মপুং ফারবা ঐবু নংনা পেলকল্লু হায়তুন নিংথৌগী রাহৈ ফজবা তারকপদা রানীনা মবুত্তোগী পুক্লিং পেনহনখি। কাম-বিলাস ওইখি পামেলদা উরিনা য়েংখি। মতাং অসিদা নিংথৌনা মথননতা খনজখি হায়জখি, ঐগী লোম্না চান্নবী বাসবদত্তনা মতৌ অসি উরবদি মহাক্কী মাইথোং অত্তু ঙাংগনী। হ কারক্কী॥ মতং অসিদা নিংথৌনা হায়রিবা রাহৈ মহাক্কী মাইথোংদা ঙাংলক্কনী হ কাগনি, রাহৈ পরেং অসি চতুর্থ পতাকাস্তান কৌগনী।

চতুর্থ—পাতাকাস্তান ভপি করিগুম্বদা মঙ্গলদা অফবদা করিগুম্বদা ফত্রবদম্বু শিজিন্নৈ। তুংদা থোরক্কদবা রাহৈগী মথক্তা হায়রিবা পতাকাস্তানশিং অসি রস ভত্তুনা মতিক চাবদি পংহাপ হাপপেই মতাং চান্না। চান্না খন্দুনা হাপক্কী।

ভরত মুনিগী মত-তা চহি অমাগী মমাংদা থোকখিবা ভত্তুদি থোইনা উংলুত্রবম্বু রাহৈনা কোংদোকপা য়াই।

অর্থোপক্ষেপক নোংমগী মমুংদা উংকদবা থবক অদু অহিংগীনা অহিং নুংথিলগীনা ওইনা নুংথিল ওইনা অঙ্ক ওইন তাকনী॥

অর্থোপক্ষেপক—মুমিং তারগা তৌগদবা মুমিং চুপদি তৌরোইদবা অদুবু অংক খাইদোক্তুনা তৌগদবাদুবু অর্থোপক্ষেপক কৌই। মসি মখল মঙা লৈ মদুদি ১। বিস্কম্ভক ২। প্রবেশক ৩। চুলিকা ৪। অংকাবতার ৫ অংকমুখ অসিনী॥

১। বিস্কম্ভক—অংক অদুদা হৌখ্রবা থৌদোকনে লাক্কদৌরিবা থাদোকনে অনি অদুগী শরুক থর তাকপা অর্থস্থ য়াম্না শন্বা অদুবু বিস্কম্ভক (অংক) কৌই।

মসি অনি থোকনা শিজিন্নে মদুদি শুদ্ধ—সংকীর্ণ লিল্লা অদুগী ময়াই ওইবা নট (Saporting Actar) ১/২ না উংকদবা অদুবু শুদ্ধবিস্কম্ভক কৌই।

লিলা অদুদা য়াম্নদি মরু ওইদবা সন্ত্রী মীনাইগুম্বা অদুগা মধ্যম পাত্র অদুগা থোকপা অদুবু সংকীর্ণবিস্কম্ভক কৌই। মালাতী মধব নাটকক্তা কপালকুন্তল মধ্যম পাত্র অসিনা মতোমস্ত থোকতুনা উংপা সুদ্ধবিস্কম্ভকনী। অদুগা সংকীর্ণ "রত্নাভিনন্দদা" ক্ষপনকা কপালিকা থোরকপা মতাং অদু সংকীর্ণ বিস্কম্ভকনী কপালিক—মধ্যমপাত্র। ক্ষপণক নিচপাত্র (বুদ্ধজম)।

প্রবেশক=হস্থনা রাহে রাতা শাব পুকচেল পিকপা রাঙাংঙাংবা মীশক থোকপা ১ নত্রগা অনি থোকপা অদুবু (নিচপাত্র) প্রবেশক কৌই। মসি অহানবা অংকদা থমনদে দ্বিতিয় অংকদা হাপনৈ॥

মখোইগী রাওাংদি হৌগ্রবা অমাম্বুং থোরককদবা রারম হায়কেং পল্লি॥

খুদম :—বেণীসংহার নাটকতা অশ্বত্থামাগী অকদা হিংচাবা অনি থোরকপা অদুনি॥

৩। চুলিকা—ন্যপথ—( off scene ) দগী কাম্নগদবা চংগদবা হিরমগী মরমদা খর ওাংলকনী মদুবু কৌই।

বিরচরিত্র নাটকী মরিশুবা অংকদা নেপথদগী হে: দোলাই তোংবাশ্যা ! নখোইনা মঙ্গলগী থবকশিং অসি হৌরে:। মসি রামনা প্রশুরামবু জয় তৌরে হায়বদু তাকপনী।

খুদম :—শ্রীরামচন্দ্রনা সীতা সয়ম্বর লোইরহুনা সীতা পুহনা হল্লকপদা লম্বীদা ক্ষেত্রিয়বু ২১ রক সংহার তৌগ্রব প্রশুরামনা হে রাম ! ঐনা লৌগদবা কন্যাবু নংনা হরধনু থুদেক্কুনা পুরকলে, অদুনা ঐগী লিক্কং অসি থুদেকউ শুমত্রবদি সীতাবু নংনা পুখিবা য়ারোই হায়হুনা লিক্কং পিরকই, খুদক অদুমক্তদা শ্রীরামচন্দ্রনা লিক্কং অদু লৌরগুনা লিরি চল্লে প্রশুরামদা তেনজ্ঞ পিয়ু হায়খি প্রশুরামনা পংথরহুনা তেন পিখি রামচন্দ্র মনাউ লক্ষনদা তেন অসি কনাদ কাপকনী হংলকই লক্ষননা পিরিবা ভগবান প্রশুরামদা কাপু হল্লংলকই; মথুদা প্রশুরামনা শ্রীরামবু ঈশ্বর মরুপী অবতার মমী থংলহুনা মাইথিরে হায়না য়াখি। মসিদা মতাংদা লাউরকপা অদুবু চুলিকা কৌই।

৪। অংকাবতার—অংক অমাগী লোইরমদাইদা মথুদা থোকলকপা পাত্রশিং অদুনা মথংগী অংকপী রা অদু থর পল্লকপা অদুবু অংকাবতার 'কৌই'॥

খুদম :—অভিজ্ঞ্যান সকুন্তলাগী মওংশুবা অংকদা ভরকশুবা অংকগী বা খর পনবা অমনী।

৫। অংকমুখ=নাটক অমগী অংক পুম্নমক্কী বারমবু অংক অমত্তদা মচিওইবা বারম অমা কোংদোকলবদি মদুবু অংকমুখ কৌই অংকলংজিন॥

খুদম—মালতি মাধব নাটক্কী অহানবা অংকগী হৌরকপদা নাটক অমগী অমা শমলপ্পা পরিচয় পুম্নমকপু লোকনা পল্লি মদুবু অংক মুখগী মশাক্কী॥

উদেশ্য=(am তৌগদোবিরা) থৌওং অসি মওং থোক্কা থাইরি মদুদি ১। বীজ, ২। বিন্দু, ৩। পতাকা ৪। প্রকরী ৫। কার্য্য মওং অসিনী।

১। বীজ—খজিক্কং উৎলবদু মদুনা তুংদা থৌরম অমবু য়াম্না শন্দোক্লা তাকপা য়াবা অমাসুং থৌরম অমগী কামবা মরম ওইরবদি মদুবু বীজ কৌই॥

খুদমদি=বেণীসংহারদা ভমিনা শাউরকপদগী যুধিষ্ঠিরগী উৎসাহ হেনখি মতুনা দ্রৌবদিগী শম পুনখি।

২ বিন্দু=হায়রোইদবা বা ওংনা হায়দুনা বাকোই-শুদুনা মরু ওইবা অমবু কাইহত্রবদি মদুবু বিন্দু কৌই।

খুদম—কাদোপশিংনা উদায়ন মহারাজগী চয়ন্ অমা থবল-শুম্না উজনিংই হায়না লাউখি বা অমা তাবদা মহারানী সাগরিকানা হায়খি—কবি ইনিংথো উদয়নবুরা?

পতাকানায়ক—পতাকা নায়ক (শুপ্রি-নাচিংবা)গী করিওম্বা নায়ক প্রধান নায়ক অমগী হোৎনবা, মশাগী থোইনা কারবা ওইনা হোনবা মতবা প্রধান নায়ক অমগী থৌরম

অদুতবু পাংথোক্লনবা হোৎনবা। মসিবু পতাক' নায়ক কৌই।

থুদম—শুগ্রিবনা বালিগী লৈপাক অদু ফংই, অদুমনদি ইওরবদা রামগী লিল্ল' অদু লোইবা ফাউবদা মহাক য়াউই।

শম্মা হায়রবদা শুগ্রিবনা মহাক্কী রাজ্য ফংলে অদুনা রাম লিল্লা লোইবা ফাউবা মহাক য়াউই মহাক্কী থবক লোইরে হায়দুনা তোকথোক্কে শুগ্রিবগী চরিত্র অসিবু পতাকানায়ক কৌই॥ বির্মশ্র সান্ধদা লোই হায়বদি শুগ্রিবগী কান্নবা নংবনী।

ভরত মুনিগী মত্তা পাতাকানয়ক অসি গর্ভসন্ধিদা লোইগনী নত্রগ বিমর্শ সন্ধিদা লোইগনী।

অভিনবগুপ্তগী মত্তনা পতাকা হায়বা অসি নায়ককী ফল অদু থংই॥

মত্তাং

(ন) প্রকরী—হায়বদি—পরিগুম্মা শরুক মচা অমা পুশিল্লক'।। অদুবু থোরম অদগা মরি লৈনরবদি মদুবু প্রকরী (' )ই।

থুদম কুলপতংক্কদা রাবনগা ভতায়ুগা রাগায়ম', মদুংদা থোকখিবা থৌদোক অদুনী॥

( কুলপতি অংক ; প্রকরি নায়কশিং অসিদা ..থোই মশাগী ওইবা করিগুম্মা তাকনবা ফল থমলোই

মদুং অসিদা র্কাষ হায়বা অমা লৈ—ম দি হান্না মরিদি লৈনবা থোরম অমানা মরুদি ওইদব য়াউরবদু য়াই য়াউদ্রবদ্র য়াবা মরম থর অদুবু র্কাষ।

থুদম রামচরিত্র রামনা রাবন হাৎপা অদুনি ফল অদু পাম্মা মীগীদি কৌপ্রবা র্কাষ অদুগী মরম ফিবম য়ঙ্গা লৈ।

চুমদিঃ (১) আরম্ভ- হৌবা (২) যত্ন চেকশিনবা (৩) প্রাপ্ত্যাশা— ফংগনি হায়না নিংবা (৪) নিয়তাপ্তি অরেপ্প লৈবা (৫) ফলাগম—মহৈ ফংবা।

১। আরম্ভ—মরু ওইবা ফল ফংগনী হায়না লাংতক্নবা অসুবু আরম্ভ কৌই।

খুদম: রত্নাবলি নাটকতা যৌগন্ধনারায়ন-না রত্নাবলিবু কোনুংদা থমনিংঙুনা লাংতকনবা অসুনি।

২। যত্ন—নিংবা অদু শুংনবগীদমক ম্যাম্না থুনা তৌবা পাংথোকপা অদুবু যত্ন কৌই॥

(প) প্রত্যাকশা—ফগে হায়না নিংবা অসুবু কৌই।

খুদম:—খুদম রামচরিত্রদ– সমুদ্র থিংবগী মতাংদা কান্নগারা কান্নরোইদরা হায়না চিংবদি চিংনবা থবক্তি পাংথোকপা অদু তৌরগা লাল অদু জয় ওইগদবা অমাম্মং সমুদ্র অদু থিংবা শুমগদ্রা হায়না খনবা অসুবুনী

নিয়তাপ্তি—তৌগদৌরিবা থবক অদু শোইদনমক পাংথোক্কনী খললবা অসুবু কৌই। (মহৈ অদু ফংলগনী খনবা) অরেপদি লৈতবা।

খুদম:—জগৎ মাতা কলিবু পেনহম্ব নত্তনা অতোপ্পা উপায় লৈত্রে মরমদি পান্থে লৈরমদবা অদু তৌকম খংলক্রুবদা লাইবু খুরমকলপা লাকপা নত্তনা উপায় লৈত্রে খল্লকপা অসুবু কৌই।

ফলাগম—নিংজরকপা মহৈ পুম্নমক অসুবু ফংলকলবদি মসুবু ফলাগম কৌই (মহৈ লাকপা)।

খুদম—রাজচক্রবর্তি (রত্নাবলিদা) নিংথৌরেন ফংবগা লোইননা রত্নাবলিসু ফংখি

(ক)—মথকত্তা হায়রিবা মরম মঙা অসি য়াউনা রারি লৈরিবা অচ মভাং মঙা থোক্না থাইদোকই মত্তবু পঞ্চসন্ধি কৌই॥ মদুদি :—

১। মুখ, ২। প্রতিমুখ, ৩। গর্ভ ৪। বিমর্ষ অমাসুং ৫। উপসংহৃতি অসিনী।

১। মুখ—কাযগী অহানবা হৌবা ফিবম অদুবু মুখ কৌই।

২। প্রতিমুখ—অহৌবা অদুগী শিন লাংলকপা অদুবু প্রতিমুখ কৌই।

৩। গর্ভ—কংগনী হায়না অশা ভোরকপা অদুবু গর্ভ কৌই। (প্রাপত্যাশা)।

৪। বির্মষ কংগত্রা কংলোইদবা হায়না চিংনখিবা থৌরম অদুবু বিসর্ষ কৌই (নিয়ত্তাপতি)।

৫। উপসংহৃতি—মরম থৌরম পাংথোকলবা ফল মহৈ য়াল্লবা অদুবু কৌই (ফলাগম) নির্বহনসু কৌই।

সন্ধিগী মওং ফিবম হায়রি।

মরু ওইবা মহৈ য়াল্লবগী মরি লৈনবা রাশিং অদুগী (অবান্তর) কাম্নগদবা চংগদবা খুদিংমক অদুবু সন্ধি কৌই

মথক্তা হায়রিবা সন্ধি মঙা অসি খেন্নব অমসুং লক্ষনগী মরমদা অমুক্তা হায়রি॥

১। মুখসন্ধি—রারি অচৌবদা রস য়াত্না লৈবা আরম্ভদা লৈরিবা ফিবম অদু য়াউবা অদুবু কৌই।

খুদম=রত্নাবলিগী প্রথম অংকদা য়াউরি॥

২। প্রতিমুখ— মুখসন্ধিদা য়াউরিবা মরু ওইবা (রারিগী অহানবদা) পোকশক (মহৈ য়াল্লবা) অদু য়াউবা থরসু য়াউদবা অদুবু প্রতিমুখ সন্ধি কৌই।

খুদম ঃ— রত্নাবলি নাটককী অহানবা অঙ্কদা অপাম্বাগী মরু ওইবিবা অহু ( তাকখিবা ) অনিশুবা অংক অসিদা তগৈংনা তাকলে মসিবু প্রতিমুখসন্ধি কৌই।

মহৈদি রত্নাবলি নাটকতা বৎসরাজগা বাসবদত্তাগা উননব-গীদমক মখোই অনিগী মুংশিনবা ইহুন অমা পোকখি মতুবু—প্রতিমুখসন্ধি অসিদা। বিদূষক—না ( নিংথৌগী কাগি পুবমিনা ) খন্ন খংখিবদগী খুদোং চাবা নিংথৌ মচাক্তা বাসবদত্তাগা উনব ফংলগনী হায়না পুক্নিংদা কাউরকপা বাসবদত্তানা য়েকলকপা চিত্র অদু উরুরগা নিংবা থুংলরোইদরা হায়না খরস্ত চিংনখি॥

৩। গর্ভসন্ধি—মথককী সন্ধি অসিদা ফংননবগী খরদং উংপ্রবা ওইত্ররবা অমুকন্নুং হন্না ওইত্রবরা হায়না য়েংশিনবা অদুবু গর্ভসন্ধি কৌই॥ ওইগদৌবস্তু মানবা॥

তৌরকলিবা থবক অদুদগী ফংজদোরে হায়না খনবা ফল অদু মতাং অসিদা য়াউরে হায়না নিংলবা অদুবু গর্ভসন্ধি কৌই। মন্নুংদা মহৈ অদু য়োকখত্তুনা থমই হায়হনা গর্ভ কৌই॥

খুদম— রত্নাবলিগী অনিশুবা অংকদা সুসংগতানা হায় সখি নং-হাক অসি ওসি ওরাং অসি নপুক্নিং পিকখরকই॥ মরমদি নংনা নংগী চায়বনা মথুংনা শোক্লবস্তু নংগী অশাউবা অদু থাদোকপা ওমদরে

মসি অনুরাগনা মপুং ফারকপনী বাসবদত্তা চংলকপদা অমুক হনখরে॥

( বিদূষক ) কনত্তনা চৎপ্রগা থুনা হল্লকতবা অদু করিগীনো হায়না খল্লকই। চিংনরকই মসিদু ( অনেসন ) খিব কৌই॥

বির্মষসন্ধি—থৌরম অসুগী মরু ওইবা অয় গর্ভসন্ধিদা লৈরিবা অয়দগী হেন্না লৈগনী তৌইগুম্বগুং শাপনচিংবা অপনবা খরনা মরম ওইদুনা থবক অয় ৽ংপাং পাংথোকপ। য়াদে অসিগুম্বা মতাং অসিবু বির্মষসন্ধি কৌই (উনব)॥

খুদম-"সকুন্তলা" নাটক্তা তুষমন্তগা সকুন্তলাগা কর্ণ মুনিগী অশ্রমদা গন্ধর্ববিবাহ ওইরে মতুংদা তুর্ব্বাশাগী শাপতগী তুষমন্তনা সকুন্তলাবু কাউখিবা মতাং অয়নি, মসিদা লুহোংবদি হোংলগা করিগুম্বা মুপা মুপী ওইনবগী চানচিন্ননা উনবা ফংদবা অয়নী। হায়বদি সকুন্তলাবু তুষমন্তনা সকুন্তলানা কাউখিবদগী ইকাইবা ফংখিবা রাখিবা মতাং অয়নী।

উপসংহৃতিসন্ধি—থৌরম অসিদা মরু ওইবা থৌরম অয় মথক্তা (নির্বহন) মুখসন্ধিদা য়াউগ্রবা অয়বু মতাং অসি অমুক থাংগৈগশেংনা পাংথোক্নবা মতুবু উপসংহৃতি (নির্বহন) কৌই।

খুদম—মহাভারতকী লানফমদা ভিমনা তুষাষনগী মথবাক শেগাই-তুনা ঈ থকলগা ঈ খুজোক পুরক্নুনা দ্রৌপদিগী মশমদা শাট ওইনা তৈবিখি, মতাং অসিদা ভিমগী রাশক অয়নি পাংথোকলে অয়বু মহাভারত লান্দি লোইদরি দ্রৌপদিগী মশম পুনহনখি।

খংনা খুদম মশক ওইরবা খুদোপ ফংলহুনা তুষমন্তনা সকুন্তলাবু নিংশিংখিবা অয়নী॥

(ভ) সন্ধিগী অঙ্গগী মরমদা হায়গে। মুখসন্ধিগী অঙ্গ ১২ লৈ ১। উপক্ষেপক, ২। পরিকর ৩। পরিন্যাস ৪। বিলোভন, ৫। যুক্তি ৬। প্রাপ্তি ৭। সমাধান ৮ বিধান, ৯। পরিভাবনা ১০ উদ্ভেদ ১১। করণ ১২ ভেদ

১। উপক্ষেপক—ইশম শয়া অহানবা পুথোকলিবা অন্থবু কৌই। কাব্যগী অর্থ পোত্রককমগী অন্থবুস্থ কৌই। (তাকপা

খুদম—শমলপা উংপা অন্থবুনী হায়বদি বেনিসংহারদা ভিমশেননা হায়খি ধৃতরাষ্ট্রগী মচাশিংনা পাণ্ডব ঐখোইবু চাশং মৈ থান্থনা হাৎকে তৌখিবা, ঐবু হু হাপ্পা লাক পিন্দবা, সভা মমাংদ দ্রৌবদিগী মকি মুল্লগা মশম পাইন্থনা চিংবা ঐনা হিংনা হিংনা নৈরিবৈদা ধৃতরাষ্ট্রগী মচাশিংনা হিংন্থনা লৈরি।

২। পরিকর—কাব্যগী অর্থ অরু মকালামবা হায়রকপা অন্থবু পরিকর কৌই।

খুদম—বেনিসংহারদা ভিমনা হায়খি সহদেব নকুলদা অঙাং ওইরিবৈদগী কৌরব অসি ঐগা অশুম য়েংথিনকই দাদা মহাবাহু যুধিষ্টির অমম্পং অজু্র্নদি খংবনী নখোই অনিদি অঙাং ওইন্থনা খংলিরোই।

কৌন্তিক্তি সন্ধি তৌগনি হায়রিবা অসি জরাসন্ধবু নাকপাকতানা শেগাইন্থনা লংথোকপগুম্মা সন্ধি অসি কাইরগদবনী মহুগীদমক লানগী থৌরাং তৌরো॥

পরিন্যাস—কাব্যগী অর্থ অন্থ পাংথোকপবু পরিন্যাস কৌই।

খুদম—ভিমনা—দ্রৌপদিদা হে! দেবী কুংনা হায়রবা ঐগী গদানা থান্থনা দুর্যধনগী মখুউ থুদেকলগা ঈখেংনা ঈফুং কাইবগুম থোরক্কনী অহুগুম্বা ঈ অন্থ ঐগী ইখুৎ অসিনা লৌথংলগা নংগী নশমদা থাউ ওইনা তৈবিগনী॥

বিলোভন—পাত্র নট অমাগী মগুন তাকলকপবু বিলোভন কৌই।

বেনিসংহার নাটকতা দ্রৌপদিনা ভিমদা হায়রকই নাথ ইবুঙো নংনা শাউরবদা গুমলোইদবা করি লৈবগে॥

চন্দ্রকলা নাটকতা মাহাককী অভৌ অভৌবা শকনাইবা শ্যাংও শাদা উবদা পেল্লবগী মশকনী।

সকুন্তলা নাটকতা শজিগী নিংথিরবা থানা লৈরপ ভৌরকপা শজিক পিয়ু হায়না থারৈননা হল্লাউবা উ'পা অদুদি কৌজ হায়দুনসু মদুদি নত্তে মরমদি নায়িকা নায়ক নত্রবনীনা শঙ্কি নত্তে।

৬। যুক্তি—ভৌকম থোকপা কোংদোকপবু যুক্তি কৌই।

খুদম :- বেনীসংহার নাটকতা—সহদেবনা ভিমদা দাদা য়াইমা মহারাজগী পাউ থংত্রিডুদা ভৌবিরিবহ করিনো?

ভিম—( শাউরদুনা ) য়েক্কবা মাংহনববু নখোইনা মি মাংদা ইকাইবিরবরা সভা মমাংদা দ্রৌপদিবু ইমুংগী সুপীবু মশম পাইদুনা চিংবাবুদি নখোই ইকাই কৌত্রবরা? মতাং অসিদা ভিমনা হায়রিবা অসি যুক্তি কৌই॥

৭। প্রাপ্তি—পাত্র অমানা সুংডাইবঃ পোকলকপা অহুবু প্রাপ্তি ( কংবা ) কৌই।

খুদমদি—বেণীসংহারদা এনা ( ভিমনা ) শাউবসিনঃ কৌরব চামধু হাংলোইত্রা?

দ্রৌপদি—হে ইবুঙো নল্লাহে অসি কদৌডুদসু ভাখিত্রি অহুপা হায়বিয়ু হয় হয় ভাজগে। মতাং অসিদা দ্রৌপদিনা হল্লাউনা ল্লাহে অসিমু প্রাপ্তি হায়না থংগনী।

৮। সমাধান—প্রধান নায়ক অমনা মরু ইওবা, থৌরম অহুগী মরম অহু মচোন্দগী থোরকলবদি মদুবু সমাধান কৌই।

খুদম—নেপথ্যদগী মীয়াম্বা নিলখোংবা মরম্বা লাউরকই—হে করু পাণ্ডবগী সেনাপতিশা ত্রিমিন অহোক, চাখিমু।

রাশক কাইগনী কিরবা অইংবা পান্না যুধিষ্ঠিরনা সভা প্রবদা হৌখিবা মৈ অহনা—দ্রৌপদিগী মথম চিংবদগী হৌখিবা মৈ অহনা শুসি পাকলবা করু ক্ষেত্রগী লানকম অসিদা মৈরি থোক্লা চাকলয়ে। সমাধান (লোইশিনবা) মথক্তা ভিমনা কৌরবপু হাৎলরোইদরা হায়বা রাহৈদগী মথং মথং মতাং অসিদা মপুং ফারকলে লোইয়কলে অসিনা।

৯। বিধান—অবা সুংঙাই অনিগী অর্থ থোকহনবা অহুবু বিধান কৌই।

বালচরিৎ রাময়নন্দা — শ্রীরামচন্দ্রনা লবকুশদা হায়রকই নহা ওইরীবা অঙাং ওইরিবা নহাক্কী নপাংগল নথৌমা অসি উবদা সুংঙাইবা অমাসুং অরাবানা খুদম চল্লি॥
প্রভবতী রূপকতা (Drama দা) নংগী মিৎসনা অনিদা তরং লাইজ ইচেননরকলে॥ মিৎ অনি অসিবু পেম্নবগী মকশ ওইরে॥

পরিভাবনা—হরাউবনা ভিল্লবা নিন্ খোংবানা ভিলববু পরিভ'ষনা কৌই॥

খুদম: বেনীসংহারদা—দ্রৌপদিনা কৌরব পাণ্ডব অনিগী লান তৌরবরা তৌব্রবরা খল্লিদ্রৈদা লানগী পুংখোন তারকপাদা নাথ! ৫লয়গী মতমদ অমংবা নোংনা অকিবা কংনা লানগী দুনদুবিভী মখোলনা নিলকলে।

উদ্ভেদ—থৌরম অদুগী মরু ওইবা অর্থ অদু অমুক হমা ময়োন ফোংদোক্লকপা অদুবু উদ্ভেদ কৌই॥ (অমুক হজিলকপা।) দ্রৌপদিনা ভিমদা হে নাথ! নংনা লান্দগী হল্লকলগা শোইদ্রে হায়বা পাউ অদু তশীরো।

ভিম - পঞ্চালিনী নংঙোন্দা শোইদ্রে হায়বগী অমুক করি কায়গনী। মাইথীবা ফংলবা ইকাইবনা চোকথরবা ভিমনা কৌরবশিংবু পুমাং মাংহনত্রবা ত্রীকোদোর অহুবুদি নংনা অমুক হন্না উবা ফংলোই।

করণ— থৌরাং অহুবু মপুং ফানা শেমলবদি মহুবু করণ কৌই।

থুদম—ভিমনা হায়খি—দেবী! হৌজিক্তি কুরু শাগে মাংহনবা ঐ চংলে।

ভেদ— তিন্নবা উন্নবা কাইনববু ভেদ কৌই, মস্ত অমানা থৌনা পিবনী॥

থুদম ভিম ঐনা নখোই ময়ামগী মরক্ত'ী ঐহাক কুরু· ক্ষেত্র লানকমদা চংলবনী।

প্রতিমুখসন্ধিদা - অশ কয়ামরুমথাইরি। ১৩ থোকনা থাইরি ঃ -

১। বিলাস ২। পরিসর্প ৩। বিধুত (বিধৃত)
৪। তাপন (তপন) ৫। নর্ম ৬। নর্মদ্যুতি
৭। প্রগমনী ৮। পর্যুপাসন ৯। বিরোধ ১০। পুষ্প
১১। বজ্র ১২। উপন্যাস অমাসুং ৩ বর্ণসংহার মখল ১৩ অসিনী

(১) বিলাস - মুপী মুপাগী নুংশি নুংওনগী অপাম্বা থুংনবা অহুবু নিংবা থুংনাবা অহুবু বিলাস হোৎনরকপ অমাসুং পামমকপা অহুবু কৌই।

থুদম: সকুন্তলাদা=দুষমন্তনা হায় ঐগী নুংশিরবি সকুন্তলা অসি লাইনা ফংবদি নত্তে মাগী মতৌ অসি উবদ য়াম্না থাজবা অমাদি পোকই।

(২) পরিসর্প—অপাম্বা পোৎ অহু ফংদ্রবা মাংশ্রবা অহুবু পরিসর্প কৌই।

খুদম : দুষমন্তনা কুপ্তদ। শকুন্তলা লৈরমক্রে অদুবু কুপ্তগী লম্বী লৈঙোই মথক অসিদা খোংগুল তারিবা অসি খোংদোনা ভোংই খুনিংনা তাবা মফমনা কু'লি মরম অসিনদি সহাক অসি ভুংয়ান লুমলমগনী॥ মসিদা শকুন্তলাবু নিংজবা অদু ফংদবা অদুবু পরিসর্পনী॥

৩) বিধুত (বিধৃত)- নোনজবদা হায়জবদা য়াদববু বিধুত কৌই॥

খুদম—শকুন্তলানা মাগী সখি ইতা পৃয়ম্বদা অনুশায়ানা কোমুংগী লৈমশিংগা কাইনবদা নিংথৌগী পুক্লিং অসি য়ারে লা'তকনরে অদুনা অমুক হায়জরুরগনু॥ কনাগুম্বগী মত-তা নিংবা থুংদবা অদুবুস্ু কৌই॥

(৪) তাপন—পুক্লিংগী মৈচাকপু কোরুবা উপায় উদবাবু তাপন কৌই

খুদম—রত্নাবলি নাটকতা সাগরিকানা হায় সখি ইতা ঐনা মাবু মুং'শজবা অসি মানা খংবিদরে, ইশাগীসু ইকাইজবা অমাদি লৈজেদনা অদুনা চাকলবা মুং'শি মৈচাক অসিদা ইথনংত শিজবা নত্তনা ঐগী অতে উপায় অমুক লৈতরে॥

৫। •ম- লংনবা হাহৈ য়াতাবু •র্ম কৌই (হাস)

রত্নবলি নাটকতা সুসংগতানা হায়খি বাসবদত্তাদা খোইনৌ নহাক্লা রাজা মহাক্তাদমক লাকপে মহাকক্তি নংঙোন্দগী হান্নানা লৈরে॥ নত্তে অতোপ্পা থবক অমাগী নত্তে নংগী- দমক নত্তে মহাক্তি অয়েকপা লাই অদুগীদমকনী

৬। নর্মদ্যুতি (চিত্রপদ) - লংনবা অদুদগী থোরকলিবা মহৈ অদুবু নর্মদ্যুতি কৌই।

খুদম- সখি ঙসি ঙরাংদি মতানা লংনরকপা অচুদা সাগরিকানা মপুক্লিংদা ইকাইবা অপাম মুংশি য়াম্নচুনা মোমোন নোক্তুনা হায়রকই মুসংগতা! নংগী লংনবা অসি হৌজিক কাউবা ভোকখিরোইক্রা? মোমোন নোক-ইবচুগী মমুংদা অপাম্ মুংশি ইকাইবা পুম্নমক লোক্তুনা হায়রকপা অচুবুনী নর্মদ্যুতি (অর্বাঘ) কৌই॥

৭ প্রগমনি-(প্রগমন) পাউখুমগী পাউখুম অচুনা মথং-মথং অচুনা হায়বদি অফবা পাউখুম পিরকপা অচুবু প্রগমন কৌই॥

খুদম-বিক্রম উর্বশীনাটক তা-উর্বশীনা হায়খি মহারাজ জয় ওইবিরো। পুরুরব' মহারাজনা হায়—ইবেম্ম ! নংনা জয় ওইয়ু হায়বা অসিমক্তনা ঐহাক সোইদনা জয় ওইরে। পুরুরবা নিংজবা অচুবু খুংলে হায়না নিংখি মরম অচুনা মসি প্রগমন হায়বচুনী।

৮ বিরোধ খুদোংথিবা কংলবদি মচুবু বিরোধ ভেদ কৌই।

খুদম—চণ্ড কৌশিক কৌবা নাটকতা=হরিশ্চন্দ্র নিংথৌনা হায়খি, বাখল ভৌবদগী চাক্লবা মৈতাল মথক্তা মিৎতাংবনা নেৎপঙুম নেংলে।

মসি বিষামিত্রগী শাপতগী হরিশ্চন্দ্রনা অরাবা তাখিবা অচু বিরোধ ভেদনি॥

৯। পর্যুপাসন—শাউরবদ, মরান ঙাকপিনবা হায়জবাচুবু কৌই॥

খুদম:=রত্নাবলি নাটকতা বিদুষকনা হায়খি gester নিংথৌদা শাউবীগনু খুদক অসিমক্তদা লক্নুগী বনগী মমুংদা চংখরে॥ নিংথৌশিনা শাউরবদা বিদুষকনা হায়বনী মতাং অসিদা শাউরবা নিংথৌদা বিদুষকনা মরান ঙাকপিনবা হায়জবা অসিবুনী।

(খ) ১০। পুষ্প—মুংশি মুংঙোলগী ৱাহৈবু পুষ্প কৌই॥ পুক্লিং থৌগৎপগু কৌই (উংর্কসক) লৈনা মীগী পুক্লিং থৌগৎলি।

খুদম—"রত্নবলিদ." নিংথৌনা বাসবদত্তাগী মথুং শোক্লবদা পাইরুবহৃদা শোকলুবগী মুংঙাইবা অহ্ণ পুক্লিংদা পালহুনা অভিনয় তৌরকই, মহ্ উহনা বিত্থবক্লা হায়খি - মুংশিবা! ওসিদি মহৌশাদগী হেন্না নিংথিজরে ফজরে, নিংথৌ—। মরূপ! নংনা হায়রিবহ্ণ অচুম্বনী মুজা অসি ফজবগী শকনাইবীনী মহাক্কী মথুং অনি অসি শাৎকাইরবা পারিজাৎ লৈরা ওমই নত্রবদবু অমৃত হুমাং করম্না থোরকদগে।

১১। বজ্র—তশেংবা তমথিবা ৱাহৈবু বজ্র কৌই॥

খুদম—রত্নবলি নাটকতা নিংথৌনা সুসঙ্গতাদা (সাগোরিকাগী লোইনবীদা) হায়খি অয়াকপা ৱাহৈনা ঐসিদা লৈ হায়বসি নং করম্না খংই।

সাগোরিকা=নহাক লৈরি হায়বতা নত্তে চিত্রবত অসিগা লোইননা লৈরি হায়বা অসি ফাউবা খংই। অহুনা হৌজিক্তি চত্তুনা মহারাণী ইবেন্মাদা তমলুরনি।

১২। উপন্যাস—মাইথোংমকা লামননবা পুকনিং পেম্নবা হোং-নববু উপন্যাস কৌই।

খুদম— মকম অসিদা সুসঙ্গতনা অমুক হায়রি ইদুঙো চিং-নবিগক দেবীগী থৌজান্দগী ঐনা অশুমংতোনা থৌরাংজবনী, ঐগী নাইন অসিগী কান্নবা লৈতে (নাইন অসি নিংথৌনী) ঐবু নহাক্লা চিত্র অসি য়েকহনবা অহুদা ঐগী ইবেন্মা মহারাণী সাগরিকানা ঐবু য়াম্না শাউরে মরম অসিনা চান্নরখি সাগোরিকাবু নংনা চানবিরবদি ঐগী অপেনবা অমদি মনা হায়বহ্ণ ওইজরে॥

কানাংগুম্বগী মত-তা যুক্তি (য়াত্তাম্নবা) য়ুম্মু উপন্যাস কৌই।

খুদম - মীনাইগী মচা চিনথীবীদো॥ পুকচেল শিকপদগী থোয়কপা য়াহেংশি'বুনী

১৩। বর্ণসংকার - ব্রহ্মন, ক্ষেত্রী বৈষ, শূদ্র, জাতি মরি অসি ভিন্নবদু বর্ণসংহার কৌই ব্রহ্মান ক্ষেত্রী বৈষ শূদ্র মুপী অণ্ডাং পুম্মনমক ভিনপ্লে হায়বা অসিনী

খুদম - মহাবীরচরিত নাটকী ৩শুব অঙ্কদ অম্মুম্মা হায়রি - ব্রহ্মান। শায় পশিংগী সভা অ'সিদা খৌনা করবা লানগুম্বশিং লৈপাক্কী অ ম অথৌ লোইননা অহল ওইরবা লোমপাদ নিংথৌ (পুরান হৈরবা ব্রশাবাদি হৈরবা নিরাকার বেদ হৈবা জনক শাগৈগী মবুঙোনি) পুম্নমক অসি ভিন্নগা ঐঙোন্দা হায়জররি।

র্গভ—সন্ধিগী মতাংদা হায়রগে॥

র্গভ-ন্ধি অসি মখল ১৩ নী,

১। অভুতাহরন, মাঁগ, রূপ, উদাহরন ক্রম, স গ্রহ অনুমান্ প্রার্থনা ক্ষিপ্তি, ত্রোটক, অধিবল, উদ্বেগ বিদ্রব॥ অসিসিং অসিনী॥

১, অভুতাহরণ-লোনম্বা য়াহৈ হায়দোকলকপবু অভুতারহরন কৌই। খুদম - বেনীসংহার নটাক-তা, অচুম্বদা ঙাংবা পৃথাগীমচা যুধিষ্টিরনা অশ্বথামা শিরে হায়বদুনী, মসিদা মহুদি শামুনী হায়বা য়াহৈ অসি য়াম্না নেমনা পিকৃথনা হায়খি, মকম অসিদ' যুধিষ্টিরগী য়া অসি অভুতাহরণ - নী॥

২। র্মাগ -( লম্বী ) অরেপ্পা হায়বা ব্রাহৈবু র্মাগ কৌই।
খুদম ঃ- চন্দ্র কৌশিক নাটকতা ( হরিশ্চন্দ্র ) নিংথৌনা হায়খি ভগবন্ ঐগী মুপীগা ইচাগ। য়োম্মুনা কংলকপা মমল পৈশা। অসি লৌশিনবিরো কংকদবা ব্রাংলিবা শেল অহ্ন ঐগী ইশাবু চন্দালদা কাউব য়োন্দুনা কংচগনী
৩ রূপ (ক । মরৈ ) য়াম্না য়াউবা ব্রাহৈবু রূপ কৌঈ।
খুদম রত্নাবলি নাটকতা নিংথৌনা হায়খি পুক্রিং অসি মহৌশানমক তথকু-তথকই উওমদে অহ্নমকপু কামদেবনা ঐগী পুক্রিংদা মাগী পঞ্চবাননা থাহনা পাল্লিবা।
৪। উদারহণ- থৌনা হেংগৎলকপা পুক্রিংদা চাউখৎপা ব্রা য়াউবাহ্ন উদহরণ কৌই।
খুদম—বেনীসংহার নাটকতা অশ্বত্থামানা হায়খি পাঞ্চালগী মঙাঙল কল্লবা অমাম্মুং পাণ্ডবকী অকনবা বীরশিংদগীনা পণ্ডবগী মিচংতবু ওইরবদি র্গভদা লৈরিব অঙাং কাউবা হাংকনী ঐগী ইপা হাংখিবগীদমক্কী মসিদা অশ্বত্থামাগী পুক্রিংগী থৌনা হেনংৎলকপবুনী।
৫। ক্রেম-করিণ্ডম্না ব্রাথল, ভাব অমা চোইথোক্লনা হেক পোকচক্লবদি মতুর মক্রে কৌই॥
খুদম সকুন্তলা নাটক-তা দুষমন্তনা, হায়খি সকুন্তলাদা ঐগী চান্নবী সকুন্তলানা ঐঙোন্দা পিরক্লবা চিখি ইবা মতমদা মরাইথক্তা তু চুংলকপগী শমজোইনা কাপলকপা পিণ্ডম খৎখৈবা ( ব্রাংখৎলকপা ) অমাম্মুং তু চুংলকপা অসি অহানবা প্রনয় হৌরকপ ভাব ঐবু মুংশিব ভাবপু কাউরকলি মসিদা সকুন্তলাগী প্রনয় ভাব মপুং কানা কাউরকপাহ্ননী ক্রেম হায়সি নিংথৌসিনা মপুক্রিংদ সকুন্তলাবু উত্তুক্ষ কাউরকলিবা অসিনী॥

৬। সংগ্রহ—খুদোন পোৎ পিবা এর্বাড মানা পিবনচিংববু সংগ্রহ কৌই॥ পুংশিবা রাহৈনা পেনহনবু কৌনৈ।
খুদম :—রত্নাবলি নাটক-তা নিংথৌনা হায়খি বিদূষক্তা ( ভার ) মরুপ ! ঐগী সনা খুজি অসি নংঙোন্দা পিরবনী। মসিদা মনাপিবগী মরম ওইরে সংগ্রহনি।
৭। অনুমান—করিগুম্না পোৎ, ভার অমাবু রাখলনা শাগৎপা অদুবু অনুমান কৌই।
খুদম—জানকী রাঘব নাটক-তা রামনা হায়খি লক্ষননা য়েংলকপদা পৃথীবী থক্ থক নিকই, (হায় হুমলকপদা ) য়েংলকপদা মীয়ামন ময়াই লুকথরি কুচুনা সনা ফুদোংবা মানবনী অহনা সুর্য্য বংশদা পোকপগী খুদমনী। মহাকপু কনানসু ভমলরোই॥ মতাং অসিদা রামনা হায়রিবা অসি অনুমাননি॥ খনজবা অহনী॥
প্রার্থনা—রতি , সুংশি সুংওন [ উনব ) অমাসুং হরাউ কুম্মৈগী হাযবা অসিবু প্রর্থনা কৌই।
রত্নাবলী নাটক-তা—নিংথৌনা সাগরিকাদা হায়জৈ চান্নবী সাগরিক পানখৎলকপা থানা নিনুখৎলকপগুম মাইথোং মকা লামলকলবী নংগী থম্বাল মান্নবা মিৎয়েং অমাসুং লৈকং থম্বাল লৈরাং মভোগুম্না থোৎলবা নংগী নখুৎনা, লকুলেমত্রা মাল্লবা কৈবোম অনি থম্বৌ হেরা মানবা পাম্বোম অনি, অমাদি নংগী হকচাংগী ফজরবা শরুকশিংনা ঐগী চারুলবা মৈবু ইংহন্নবগী মশাক্তী, মরম অহনা ঐবু চিংনবা লৈতনা কোল্লহনা শকওং নাইদবা "মদন" গী মৈনা চাকলবা ঐবু ইংহনবিয়ু। মসি রতিগী প্রর্থনা হায়জবনী।
৮। ক্ষিপ্তি—অথুপ্পা ( সেক্রেশি ) বারম কোংদোকপবু ক্ষিপ্তি কৌই।

বেনিসংহারদা—১। দ্রৌপদিগী মশম কুরু সভাদা চিংখিবা অহুনা মী কয়া শিখি॥

২। দ্রোন গুরুগী মকমদা, মীনম্বা থরদং চাংখিবা অহুনা কুরু ক্ষেত্র লান কনদা তুমনবা শিখিবা অহু বিধতাগী রহস। ( নোংদমগী নোংদম ) অথুপ্পা বাঙু কোংদোকপনী। অম্মমমা মাংনবা ওইরিবা অসিনী অথুপ্পা কোংদোকলকপগী মরমনী॥

৯। ত্রোটক—অশাউবা মীশকনা পুক্লিং তপথদনা হায়কপা অহুবু ত্রোটক কৌই।

থুদম :—বিশ্বমিত্রনা হায়রকই অ :— কৌশিক কাউবা সন গী দক্ষিনা পিত্রি? বিশ্বামিত্রনা ত' থবা গুমদনা হায়কপা অসিবুনী॥

অধিবস—লৌনম তৌহুনা লৌতুনবা অহু থংননবা হোংনবা অ বু অধিবল কৌই।

রত্নবলিদা—কঞ্চন্ মালানা হায় ( বাসবদত্তাগী মনাইনগী ) বিদুষক ( বসন্ত ) ইবেম্মা! চিত্রশালিদা বসন্ত! মসিগী মখুংগী ভাবাত চিত্রশালাদা নিংথৌগী বিদুষক বসন্তগা র ত্নাবলিবসি যেংউ হায়বা অর্থনী॥

উদ্বেগ—নিংথৌ, অগুম অথৌনা শাউবদগী থোকলকপা অকিবা মশক অহুবু উদ্বেগ কৌই।

খুদম :—বেনিসংহারদা—কর্ণগী তমথিরবা য়েক্সবা অর্জুন অমাদি মু'শি হৈত্রবা ভিমনা মহারাজগী পাউ লৌননবা ইভং ভন্তনা লাকলি॥ মসিদা তিম অর্জুনগী অশাউবত্তবু উরকপদা দুর্যধনগী পাউপিবা চুংনা কিরকপা অহুবুনী॥

বিদ্রব—চিংনবা অকিবা মিপাইবদগী তৌকম থংদবা রাথল

অমা পোক্লকপ অহুবু থিজন কৌই। মহুংদা কভবা খোক্লকপা থিংবা ওমলোই হায়না খনবা অকিবা থি-পাইবাহুবুনী।

খুদম :—খোকলিবা কভবা থিপাইষহুবু ( ত্রাস ) কৌই। কভবা খোকলকনী হায়ছুনা চিংনবা অহুবু ( সংকা ) কৌই ভূ'দা খোকলকদবা থিংবা ওমলোই হায়না খনবা অহুবু ( ভয় ) কেই; পূম্নমক অসিদগী পূকানংদা পোক্লকপা অসিবু থিত্রবকী লক্ষণদা।

খুদম :—অশাউবনা মৈ হৌবাওমলবা মমগী মতৌওমবা দশানন রাবনবু উবদা য়োংগী তেজোলনা ক র খোকলগদগে হায়না পোক্লকপা অহুবুনী। মসিদা করি তৌগদগে হায়বা যোং তেজোলনা খংখিদে মসিনী„

## বির্মব সন্ধিগী মরম হাপ্পরি

মখল ১৩ নী :—

১। অপবাদ, ২। সংকেট ৩। ব্যবসায় ৪। দ্রব
৫। দ্যুতি ৬। শক্তি ৭। প্রসংগ ৮। খেদ
৯। প্রতিষেধ ১০। বিরোধন ১১। প্ররোচনা
১২। আদান অহুগা ১৩। শাদন।

১। অরানবগী মরমদা ওাংনববু অপবাদ কৌই।

খুদম :—বেনিসহারদা যুধিষ্ঠিরনা মমাই পঞ্চালক-তা হায় পঞ্চালক! পূকচেল কত্রবা কুরুগী দুর্য্যধন অহু কদায়দা চংখরে।

পঞ্চালক—মহারাজ জেৰী দ্রৌপদীগী মশম পাইদুনা দুঃশাসনা চিংহন্নুবদুগী লোশদুনা হৌজিক্তি মহাকনা কংলে লোংপা রাদলে।

২। সংকেট—অশাগুবনা থজবা বাহৈবু সংকেট কৌই।

খুদম :—দুর্য্যোধন-না হায়খি বাকুমন্দন্! অহন্ ওইরো নিংথৌ ধৃতরাষ্ট্রগী মখাংবা মীনা থিনা (নিন্দা) তৌনা ওাংনগদবা বাহৈবু করিগী হায়রি॥ তাদৌ পৃথীবীগী মথুঙো ওইরবা ঐগী য়াথং অসিনা শাণ্ডবলবা নচিন ননাউ অনি (ভিম অর্জ্জুন) অমাস্নুং যুধিষ্ঠির নোকুল, সহদেব নথোই ৫গী মুপী দ্রৌপদিবু মশম পাইহুনা চিংনবা য়াথং ঐন পিরি। সংকেট অসি অনিশুই মহুদি গর্ভসন্ধিদা রুটকগী অঙনা বিমর্ষসন্ধিগী সংকেট তা শাউবা অনি অনি থেনৈ।

গর্ভসন্ধিনা—পুক্রিং লাংতক্লবগী মশাউনী।

সংকেট—সংহার ওইনা শাউর্বনী অয়োইবা মশাউনী।

৩। ব্যবসায়—করিগুম্বা মরম অমাগীদমক্তা করিগুম্বা বাশক অমাদগী থোয়কপা অতুবু ব্যবসায় কৌই।

খুদম :—বেণীসংহারদা ভিমনা হায়রি করু শাগৈবু মাংহনলে দুঃশাসনগী ঈনা ওাউরে তুংদম্ব দুর্য্যোধনগী মখুউ অনি থুদেকলগদবনা কোকনোম্না খুরুমজরি॥

৪ দ্রব পুক্রিং বাবা ইথিন্দগী পোকলকপা বাথলনা গুরুজনবু থৌশাত্রবদ মময়ু দ্রব কৌই। (দ্রব শোদোকপা)।

খুদম :—যুধিষ্ঠিরনা বলরামদা হায়খি মহাক্তি শ্রীকৃষ্ণগীমু ময়াম্বনী শুভদ্রাগীসু মমুংমী অর্জ্জুনগা শ্রীকৃষ্ণগা অগুকী মতিক চানৈ হায়বমু নংন্না থংবিরিষনী, ক্ষেত্রিয়না অয়োনগী মতেং পাংগনী হায়বসি নল্লো থন্নবিথিল্লে দুর্য্যোধনগা ভিমগী অনিমক অসি নংগী লেবক ওাকনী মথোই অনিদা দুংশ্লিনা

চপ মান্নবা থম্মীয় অহুনা ঐঙোন্দা অশুক য়াম্না সুংশি-বিত্রিবা করিগীনো? যুধিষ্ঠিরগী বাহৈ অসিনা তাকলি বলর'মনা ভিম-বু হাংলগে হায়বহুদা সুংঙাইতহুনা স্বগত তৌবনী। অদয় তৌবনী মসিধু থংনৈ॥

৫। দ্যুতি—চৈবা অমাম্নুং (ঙংহুনা চৈবদগী' কিহনবা অসিবু দ্যুতি কৌই।

থুদম—বেণীসংহারদা ভিমনা দুর্য্যোধনদা হায়খি ঙংলহুনা হে মীশা! দুর্য্যোধন নং হৌজিকস্তু চন্দ্রবংসদা পোকপী হায়হুনা গদা পাইরহুনা নাপল তৌবা শারি লিংচাবা মধুকৈটভনা নরায়নদা নাপল তৌবশুম্না হোংনজ'র দুঃশাসনগী ঈথকপদা ময়াই কারবা ঐনী, ঐবু কিরহুনা লৈথোক্মলক্ত লোংলি মসিদা। ভিমগী অকনবা থিকার তৌব। অসিদগী থোরকলিবা অসিধু দ্যুতিগী মওং কিবমনী।

৬। শক্তি—লাম্বাবু (মাইয়োক্নবা য়েকনবাশুম্বা, 'বরোখি, মাই-য়োক্নবদা মানা ঙম্বা অহুবু শক্তি কৌই। সুংঙাইরমবদগী ই থরকপবু) শক্তি কৌই।

থুদম:—বেণীসংহর নাটকত—লান্দা জয় ওইরবা কাংবুনা মখোই মশেন্দা হায়রকই লাল্লশুমলবা ইবুঙোখোই লালদা শিগ্রবা মরুপ মপাংগী অশিবা হকচাং অসিবু পোংন্দোইবগী থবক অসি ঐখোইনা পাংথোক্ক'স। নখোইগী নমিত্তগী তারকপা পিনা ত'পন তৌরো, য়েকনবাশি'বু হুমিং কৌবা লাইন পুথিগদৌরে॥ লানমীশিংবু থামো মসিদা য়েক্নবগী ভাব অহু কোকলকলবা মত্তাংনী অহুনা মসিবু শক্তি হায়ব অংলঙ্কন অহুনী॥

প্রসঙ্গ—লাই গুরুগী মণ্ডনবু শক শোনবা অসিবু প্রসঙ্গ কৌই ( মসি বির্মন মরিগী মফুং চল্লি )।

খুদম—মৃশকৃকটিদা চনণ্ডালনা হায়খি নিপা অসি সাগরদত্তগী মচানী বিশ্বদত্তগী মশুনী মমিংনা চারুদত্ত কৌই অমুক চাউখা শাগেদা পোকপা মহাকমক-শস্ত্র গনিক ( সানাশাবা ) বসন্তসেনাবু হাংলে।

করিগীদমক ? চারুদত্তনা সনাবু মিহৌবা অমাদি পাম্বদগীনী

খুদম—মমাংঙৈদদি ব্রহ্মনশিংত্না যজ্ঞদা ঐগী শাগেগী গোত্র অসি পররম্বনী ঙসিদি ঐগী পাপনা চনদাল অসিগী মচিন্দগী থোরকলে। ( ঐগী শিরমদাম অসিদা )।

মসিদা মপা মপুনা যাগ-যজ্ঞ ভৌরমই হায়না শিংথানবা অসিবু থংই মসি গুরুগী মণ্ডন শকপনী॥

ক্ষেদ—পুক্লিংগী অমাস্থঃ হকচাংগী অরাবা পোক্লকপা অহুবু ক্ষেদ কৌই॥

খুদম—মালতি মাধব নাটক-তা পুক্লীংগী লাংতকনবা অসিনা হকচাং অসি অনি থোক্লা চিংখাইরে কাইদোরে পুক্লিং অসি।

রাবনা হকচাং অশি পংথরে অহুবু মিহুনদি অহুমক রৈলরি॥ খম্নোইদা চাকপনা হকচাং অসি চাকথেকলে অহুবু উংঙইনদি ভুমত্রি॥ বিধাতানা তিংশ্নোক্লা অরাবা পিরি অহুবু থরাইদি লৌবিত্রি শিহনত্রি॥

প্রতিষেদ—নিংলিবা থবক থৌরম অহু কাইরবদি মহুবু নিংবা অহু কাইরবদি প্রতিষেদ কৌই, এ ভাপতি ক্লপকতা।

খুদম :—প্রদ্যুম্ন নিংথৌ ( কামদেবগী মচানুপা ) না বিহুবকতা হায়খি—মরূপ নং নতোমনতা লাকলিবা ?

মতাশিংগা লোইনফুনতা চৎপি প্রতাবতিহ্ন ঐগীদি মুংশিবীনী মহাক কদায়দা চৎখরে ?

বিদূষক - অসুরপতি ( ৎিংচাবগী নিংথৌ ) না পুখরে ॥

প্রদ্যুম্ন – শকহেনবি নোংইন কৌবা চেক্লাগী মমিং থকনবা মশক ওইরবি ঐগী মুংশিজরবা মহাক কয়ায়দা চৎগ্রবগে ? হে থরাই ওসিমক ঐথু খাদোক্লুনা চৎপ্রো অরাবা পিরিবা লাইগি নিংবা থুংলসনু

১০। বিরোধন– করিগুম্বা থবক অমা মাংহনবা অপনবা লৈগনী চিংনবদুম্ন ভাকলবদি মদুবু বিরোধন কৌই ॥

তুদম—মহা সমুদ্রগুম্বা ভিষ্মদগী লাম্বোকলে মৈগী মশক ওইরবা দ্রোনাচার্য্যবু মুৎহল্লে হু-পুরবা র্কণবু তুমহনপ্রে, শৈল্যবুসু স্বর্গ কাহাল্লে, অত্তমনদি ওইরবদ, অকবদা থৌনা ফবা থোক্লবা ভিমগী মরা অসিদগী ঐখোইদা চিংনবা অমদি লৈরি ॥ ( মসি যুধিষ্ঠিনা হায়বনী বেনীসংহার নাটকতা ) মসিদা যুধিষ্ঠিরগী মপুক্লিংদা পোক্লকলিবা চিংনবা থোকলকলিবা অসিবুনী।

প্ররোচনা – কান্নগদবা অত্ত লৈত্রে হায়না ভাকপা অহুবু প্ররোচনা কৌই।

পঞ্চকল ( দুত ) না যুধিষ্ঠিরদা হায়খি রাশি যজ্ঞগী মতাংদা থৌরবা শিংজং থুত্তা পাইদুনা প্রশুরামনা লৈবিরে অত্তগা লোইননা শাউবদা মমলবা ভিমসু লানকম অসিদা লৈরে মসিদা করি চিংনক্ষম লৈবগে, লান অসি মহারাজনা শোই-নদমক জয় ওইগনী ॥

১২। আদান—করিগুম্বা থৌরম অমাগী মরম পুমনমক লোই-শিলকপাবু ( লোইবা, আদান কৌই।

খুদম :—বেনীসংহার নাটক-তা ভিমনা লানদা লেমহৌরবা লানগি দোলাই খুৎলাই অত্তেকপা শামু অশিবা অত্তেকপা মথাদা মথৱাই হিংনবা লোৎলিবা কাংবুদা হায়রকই হে কল্লবা শা ! ঐ অগে য়েক্লবগী ঈনা হকচাং অসি চোৎলে হায়রবস্তু ঐ হিংচাবস্থু নত্তে ভুতস্থু নত্তে, তমথিরবা দুর্য্যধনগী মখুউ ঐনা ৱাশকখিবা মতুং ইন্না থুদেকলে লানগী মৈচাক মুৎখয়ে থোরকলো কিবিরগনু।

মসিদা ভিমনা ময়াম পুন্নমক খোমজিনলকপা অহুবুনী। আদান্।

১৩। শাদন—মীন' পিরকপা অপমান ( ইকাইবা ) ইকাইবন চিংবা থাংবাহুবনী।

খুদম :—বেনীসংহারদ' — অর্জ্জুননা হায়রকই। আর্য্য ! ( মথক থোংবা বেবহার উৎপা মিশক্তা হায়গনী ) মখোইনা ঐখোইবু নুংশিদন ৱাদি ঙাংলি অহুপা পেন্দনবা নুংঙাই-তনবা থবক্তি তৌবা ঙমলরোই মনাউচামা লান্দা হাৎ-খয়ে অহুনা মচিন্দা নুংঙাইতহুনা পঙাং ঙাংজবনী। মপুক্তি লাংতক্লনী। মসি বির্মষসন্ধিগী মনুংগী মশকশিং ১৩ অহুনী॥

নির্ব্বহন সন্ধি— ( পোলোই অরোইবা ) ( মসি মথল-মঙং ১৪ নী ) :—

১। সন্ধি, ২। বিবোধ, ৩। গ্রথন, ৪। নির্ণয়, ৫। পরিভাষন্, ৬। কৃতি, ৭। প্রসাদ, ৮। আনন্দ, ৯। সময়, ১০। উপগূহন, ১১। ভাষন, ১২। পূর্ব্বাক্য ১৩। কাব্য সংহার, ১৪। প্রশস্তি মথল ১৪ অসিনী॥

১। সন্ধি—মরু অঙইবা হুনগ্রবা মরু অমুক হন্না উৎলকপা অদুমু সন্ধি কৌই ( অমুক থোরকপা হল্লকপা )।

খুদম :—দ্রৌপদি নং ঐনা হায়খিবগু নিংশিংলিবরা ?

মসিদা—হায়ান হায়নপ্রবা মথক্তা লৈপ্রবা হৌপ্রবা য়াবু অমুক হন্না নিংশিংহনববুনি

সন্ধি মুখবীজোপগমনং সন্ধিরিত্যভিধীয়তে ॥ ২১। ৯৭
নাট্য শাস্ত্র।

মুংঙাইবগী মরূ অমুক হন্না থোরকপা অসুবু সন্ধি কৌই।

২। বিবোধ—থৌরম অদুগী থবক্তা মরমদা থিজিনববু বিবোধ কৌই (থবকথিবা)।

খুদম :—বেণীসংহারদ।—ভিমনা যুধীষ্টিরদা হায়রকই য়াম্নুং মহারাজ ওহাকতংতগী মতম পিবিয়ু দুঃশাসনগী ঈথৈরবা ঐন: মশম পুন্দ্রিবী দ্রেপীদিগী মশম অম্বু পুনবিরুগে।

যুধিস্তির—চংলো থম্মোই চাকলবী অদুগী মশম অম্বু পুন-বিরুরে'।

মতাং অসিদা শম পুনবগী থৌরম অসি অমুকথিরকপা নিংশিংলকপা পুশিল্লকপা অসিবু বিবোধ কৌই॥

৩। গ্রথন—ভোগদবা থবককীদমক পুক্রিং মকা লামলকপা অসুবু গ্রথন (উপন্যাস) কৌই॥

খুদম :—বেনিসংহারদা ভিমনা হায়রি পঞ্চালি! ঐনা হিংলিথৈদা দুঃশাসন-না চিংখিবা মশম অম্বু নংনা পুনকম খোজ্ঞে ওাইখো ঐ ইশামল্লা পুনবিগে, মসিদা দ্রৌপদিনা থম্মোইদগী পেম্না মুংঙাইবা হৌরকই মাইথোং মকা লাম-লকই মসিবু গ্রথন কৌই।

৪। নির্ণয়—থম্মোইদা ইথিন কাউরকপা অদুবু অমাদি তুংদা অমুকা থম্মোইদা ইথিল অমা কাউরকপা অদুবুমু কৌই।

খুদম—বেণীসংহার নাটক-তা ভিমন। হায় য়েরবা লৈত্রবা মহারাজ। হৌজিক দুর্য্যাধনবু লৈমাই থক্না হায়হৎতুনা হাংলগা মাগী ঈনা হকচাং অসিদা তৈরে, চিংনবিরগনু সমুদ্রু মরিনা কোইরবা লমদমগী রাজলক্ষি নঙোন্দা কংচরবনী; নহাক্না মমিং পল্লিবা পুকচেল কত্রবা দুর্য্যধন মাগী শাগে লান্না পুম্নমক তুমগ্রবা মানা কারি তৌজরবা ঙমলগনী॥ পুমলোই লোইঙ্গে মমিংতা ঙাইজরবনী॥

৫। পরিভাষন—নিন্দা (থিনা ঙাংনবা) তৌবা রাহৈ শিজিন্নববু পরিভাষন কৌই॥

শকুন্তলা নাটক-তা, দুষমন্ত নিংথৌনা হায়খি হে ইবেম্মা! অসিগুম্বা গুন লৈবী মুপী অসি কানাগুম্বা মগুন লৈবা নিংথৌগী মুপী ওইরম্বা য়াই।

তাপসি—ইথুঙো অহুগুম্বা কত্রবা নিংথৌ অতুগী মমিং-পনবিরকলগনু মহাক্কী মুপীবু থাদোকপা ঙম্বা। মতাং আসদা তাপসিনা নিংথৌ দুষমন্তদা হায়রকইবা অসিনী পরিভাষন্নী, সগ কাশ্যপ মুনিগী আশ্রমদা।।

৬। কৃতি—নিংঙমদবা অরাব, কোকলকপা মতম অদুবু কৃতি কৌই।

খুদম :—মহাভারত লোইরবা মতমদা যুধিষ্টিরনা নিংথৌগী কম্বাল তোংবা মতমদা শ্রীকৃষ্ণনা হায়খি, মহর্ষি বালমিক অমাদি ভগবান ব্যাসনা অভিশেককা থৌরাং তৌরবসি অরাবা কোকলবনী মাসদা যুধিষ্টিরনা নিংথৌ ওইজরোই হায়রকপদা শ্রীকৃষ্ণনা মদলগা মশক ওইবা থবক অসি তৌগদবনী হায়রকই অসিদা যুধিষ্টিরগী থম্মোইগী অরাবা

লানদা হাৎখিবা অরাবা তারবা পরিবারশিংগী নিংশিংবগ কোকখি মসিবু কৃতিগী লক্ষণনী।

৭। প্রসাদ—থৌগল তৌবদা পেন্নবা তৌবাবু প্রসাদ কৌই।

খুদম :—বেণীসংহারদা ভিমনা দুঃশাসনগী ঈতৈরবা মখুৎনা দ্রৌপদিগী মশম পুনবিখি॥

৮। আনন্দ—অপাম্বা পোৎ অদু ফংবদা ফাউরিবা ভাব অদুবু আনন্দ কৌই।

খুদম :—বেণীসংহারদা — ইবুঙোনা ঐগী শম পুনবিবা অসিদা শম পুনবা কাউরুরবী ঐবু অমুক শম পুনবা নিংশিংহল্লি পুলগনী॥

৯। সময়—অরাবা কোকলবা মতম অদুবু সময় কৌই

খুদম :—রত্নাবলী নাটক-তা বাসবদত্তানা রত্নবলিবু কোলহনা হায়রকই, ইনাউ নুপী=হৌজিক্তি ইংথরো ইংথরো। মসিদা থেমজিনবা রাহৈ অসিনা কোংদোকই অরাবা কোকলবনী হায়বা। মসি সময়গী লক্ষণনী।

১০। উপগূহন—অঙকপা ভাব ফংলকপা অদুবু উপগূহন কৌই।

খুদম :—প্রভাবতি রূপক-তা নারদবু উরদুনা প্রদ্যুম্ননা মথক লোমদা য়েংখংলগা হায়রকই, মাইকৈ মরিমক্তা লৈনম পাম্বা থোইমুনা ঙংলিবা নোংথাংগুম্না লুরবা লংলবা লৈপরেং শিজিন্দুনা উনগী মতৌগুম্বানা ঙৌরোক ঙৌরবা মাইকৈ ঙমখৈবু লংহনদুনা, ইবুঙো মহাক্না নোংদোলদগী কৈলাসনা কুমলকপগুম্মী। মসিদা প্রদ্যুম্ন-না নারদপু উজবদা ফজবা ফিবম অদুবু ঙকনা উবদু থাদুনা হায়বা অসিবুনী মসিদা মাগী উপমা চাংদম অসি শোইরে নারদদি

র্সগদগী কুমলকই কৈলাসতদি কুমলক্কে। অসিনী॥ ওই থোকতবাবু অওংবা গুম্না চাংবা অঙ্গবুনী।

১১। ভাষন - থেমাজবা, ই'থবা, পিরকপবু ভাষন কৌই।

খুদম: চন্দ কৌশিক নাটক-তা যম (ধর্ম্মা) না হায়খি ঐগী যমলোক (যম লৈপাক) অসিদা চানথোইবিররো মসিদা ষমনা পিরিবা অাস দান তৌবনী।

বেনিসংহার নাটক-ত, ভিমনা হায়রকই লাল লোইরহুনা দ্রৌপদিনা রাজ অভিশেকতা মহারানি ওইরবদা ভানুমতিনা (দুর্য্যধনগী মুপী)।

দ্রৌপদিবু মমাংদৈদা সভাগ্রর্ববদা মফি মুনখিবা ওংনৈবা মতাং অঙ্গদা ভানুমতিনা নোকাখ অমাম্বং নোকনাখ মচু নিংশিংহুনা হায়রকই হৌজিক্তু ভানুমতিদি কদায় চংগ্রে।

মসিদা দ্রৌপদিবুরাজসভা উরকপাহ্নদা মপুং নিংদা নুংঙাই-খিদবা কোকননবা থেমাজনবনা ইংথনবা হায়রকপনী মসি ভাষনগী লক্ষণনী॥

১২। পুব্বাক্য—অসি ভাষনগী মমুংদা লৈবনা মমুং চল্লি॥

১৩ কাব্য সংহার — অনিংবা পামজবা, পোং অহু পিনিংবা কোংদোকুবদি মতুবু কৌই

খুদম:—নাটক পুম্নমক্তা য়াউবা য়াই নংনা অপাম্বহু ঐনা তৌনগী হায়বা অসি কাব্য-সংহারগী লক্ষণনী॥

১৪। প্রশস্তি—লাইদা নিংথৌদা, লৈপাক্তা ইংথনবা হায়বা অহুবু প্রশস্তি কৌই।

খুদম:—প্রভাবতি নাটক-তা নিংথৌশিংনা প্রজাবু মচাগুম্না

য়েংবিগনু অক-কত্ত পুন্নমক লেপ্পা ওমলবা সাধুশিংনা জয় ওইরসনু মালেম অসি মহৈ মরোং চুমলসনু সনা থোকলসনু ॥ নরায়নদা মরোল অছুমকসিনা লেংদবা ভক্তি লৈসনু ॥ উপসংহারগা, প্রশস্তি, আনি অসি রূপক খুদিংদা অরোইবা শরুক্তা হাপকদবনী ॥

অঙ্গশিং অসিগী মনুংদা মুখসন্ধিগী মনুংদা লৈবা অঙ্গ-শনী। ১। উপক্ষেপ, ২। পরিকর, ৩। পরিন্যাশ, ৪ যুক্তি, ৫। উদ্ভেদ ৬। সমাধা ॥

প্রতিমুখ সন্ধিদা— অঙ্গ ৫নী, ১ পরির্সপণ, ২ প্রগমন ৩। বজ্র ৪। উপন্যাষ, ৫ পুস্প ॥

গর্ভসন্ধিদা—অঙ্গ ৫ নী ১ অভুতাহরণ, ২ র্মাগ, ৩। ত্রোটক ৪। অধিবোল, ৫ ক্ষেপ ॥

বির্মষ সান্ধধা—অঙ্গ ৫নী ১। অপবাদ, ২। শক্তি, ৩। ব্যবসায়, ৪। প্ররোচনা, ৫। আদান ॥

সন্ধি মথল মরি অসি মক মরু ওইবা মশক্নী ॥ অঙ্গসিং অসি মরু ওইবা থিরক্লরবা মরমদি অসিনী অঙ্গশিং অসি মা মাগী সন্ধিদা হাপচিনগদবনী ॥

পণ্ডিতশিংনা—সন্ধিগী অঙ্গ (হকচাং) ৬৪ গী মরমদা হায়মই, অঙ্গশিং অদু রসগী মতুং ইন্ন খল্লগা হাপনিংবা সন্ধিদা হাপ্পা য়াই, রসনবু য়ারবদি চান্নরবদি অঙ্গশিংদু অতোপ্পা সন্ধিদা হাপ্পদা অদুমক য়াই। মরমদি সন্ধিগী শরুক অদু রসগী মপুং ফাননবনী

খুদম :—বেণীসংহার নাটক-কী ৩শুবা অঙ্কদা দুর্য্যধননা র্কণবু মকোক ওইনা লৌদুনা তৌগদবা হিরমদা রাতানৈ র্মাস র্কণবু লৌশিল্লুবসী গর্ভসন্ধিদা মুখসন্ধিগী মচেৎ অমা চংলকপনী

রুদ্রট্ট পণ্ডিতনা হায়বা মতনা সন্ধি অদুগী অঙ্গ-তা হাপকনী হায়। অদুবু মহা কবিশিংনদি মাগী য়া অদু লৌরদে,

(৬) অঙ্গশিং অসিগী মহৈ অমাস্তুং থোকলকপাগী মরমদা হায়রি (অর্থ অশম্বা শিজিন্নকম)।

অপাম্বা হিরমগী লেংবা রচনা, চকহনবা, থৌদোক সদোক্লা তাকপা নাটক য়েংবশিংগী অপাম্বা শোকহনবা, অরোনবা হিরমগী—মরমদা থুপচিনবা অমাস্তুং যোংদোকপা অসি অঙ্গদগী পোককপনী

অঙ্গ ককচাং য়াউদবনা করিগুম্বা থবক অমাত্তা তৌবা ঙমদে মতৌ অদুম্বা কাব্যদসু অঙ্গ য়াউদ্রবদি অভিনয় তৌবা য়াদে॥

সন্ধিগী অঙ্গশিং অসি নায়ক, প্রতিনায়কশিংনা মখোইগী রাহৈশিং অদুদা সিজিন্নগনী (দায়লোক) সন্ধিগী অঙ্গ অদু অমুক পাংথোকপা য়াদ্রবদি পতাকা অমাস্তুং কাযানচিংবগী অর্থ শেমলকপদা হাপকনী, মদুদা অমুকসু হাপ্পা য়াদ্রবদি অতোপ্পা নাট্যগী লক্কন অমদা হাপকনী।

পতাকা—[ পতাকাগী অর্থ—করিগুম্বা রাহৈ অমা পুক্লিংদা পোকলকপদা রাহৈ অসিমক্লা অর্থ মান্নবা অমা থোকলকলবদি মদুবু পাতাকা কৌই। থোকলকলিবা অদু করিগুম্বা য়েংনবা য়াথা রাকম লৈরোইদবনী মদুবু পাতাকা কৌই ]

সন্ধিগী অঙ্গশিং অসি নাটক অদুগী প্রধান নায়ক অদুতবুনা শিজিন্নহলি অদুবু উপখেপ, পরিকর, উপন্যাস, অদুম অসিদদি মরু ওইবা অর্থদু য়াম্না রাংনা লৈব মরম্না অতৈ পাত্রশিংদসু শিজিনহনবা য়াই। হাপ্প য়াই॥

সন্ধিগী অঙ্গ অদু হাপলগা রস অদু মপুং ফাগদবা

লৈরবদি অহুগুম্বা অঙ্ক অহু হাপকনী তৌইগুম্মুং সাম্ত্রনা হায়রি হায়দুনম্মু রস অহুনা মপুং ফারবদি অঙ্ক অহু হাপ-ত্রববু য়াই ॥

মরম অদুনা বীর রসনা মপুং ওইবা বেণীসংহার নাটক-তা প্রতিমুখ সন্ধি অহু উৎলি দুর্য্যধনগা ভানুমতিগা বিপ্রলম্ভ শৃঙ্গার উৎলি মসি লানগী অত্রক কলবা মতমদা অসিগুম্বা শৃঙ্গার উৎপসি বীর রসদা অকাইবানী ॥ অভিনয পুম্নমক্কী মশানি পোকফমনি ॥

(চ) বৃত্তিগী মরম নায়ক—নয়িকাকা, থোরণ অহুদ। মরু ওইবা রস অমা পোকলক্লবদি থোইদোকপা থবক অদুবু বৃত্তি কৌই ॥ বৃত্তি মখল মরি লৈ মদুদি ১। কৈশিকা

১। কৌশিকী (কৌশিকী)—শৃঙ্গার সরদা লৈ।

২ সাত্ত্বতী—বীররসদা লৈ।

৩ আরভটী—রৌদ্রগা বিভদ্‌যরসদা লৈ

৪। ভারতী—অতৈরস পুম্নমক্তা ভারতীরসনা লৈ।

বৃত্তি মরিমক অসি নাটকাশংদা নায়ক নায়িকা শেমননবা থোইদোকপা মরুনী অভিনয়শিং অহুংী মমানি মাতৃস্তাম্নী ॥

১। কৈশিকিবৃত্তি— নায়কী মরমদদি থোইনা ইনদহুনা নায়িকা-বুনা হেন্ন ইনৈ মরমদি রসদা শৃঙ্গারনা প্রধাননী অদুনা কৈশিকী বৃত্তি অসি নায়িকানা প্রধাননী মসিদগী; অপাম্বা পোকননবা ঈশৈ জগোই আস অয়াম্বা তুপীতনা তৌই ফিজেৎ লৈতেং নিংথাজনা নাটক অদুগী মরু ওইবদা শৃঙ্গারনা মরু ওইবা মরম্মা নায়কাগী লিচংনা থর নমনা ইগনী মরম অসিনা মসিবু কৈশিকী বৃত্তি কৌই ॥

কৈশিকি বৃত্তি অসি মখল মরি থোক্ল খাই।
১ নর্ম ২। নর্মস্ফুঞ্জ ৩। নর্মস্ফোট ৪। নর্মগর্ভ
মখল মরি অসিনী।

১ নর্ম চান্নবাশিংগী পেন্নবগীদমক হৈশিংনা থবক তৌবা অদুবু নর্ম কৌই। নর্ম অসি মখল অহুম থোক্লা ফোংদোকই (১) ইচম চম্বা নোকপা মীনোক, (২ অপামম্নংশিগী মিনোক শৃঙ্গরস বাউনা নোকপা। (৩ কিথি কিরুম তৌনা নোকপা. মখলশিং অসিনা নর্মবু ফোংদোকই।

(১) ইচম চমনা নোকপা; রত্নাবলি নাটক-তা বাসবদত্তান চিত্রপট উরগা নিংথৌদা হায়খি, অতোপ্পা নুপী অমাগী মুর্তি য়েকলির্বাস নংগী বিদূষক বসন্তগী হৈশিংবরা? (রাখল অমোংপা রাউদনা নোকপা)।

(২) অপাম মুংশিগী মিনোক — সকুন্তলা নাটক-তা সকুন্তলানা নিংথৌদা ইথুঙো করিদা পেন্দবা লৈবরগে শাযবদা দুষমন্তনা অসিনী হায়দুনা সকুন্তলবু চুপকে তৌই, সকুন্তলানা মোমোন নোক্লুনা লৈথোকই অনিমক নোকমিন্নে। মতাং—অসিদা নোকমিন্নবা অসিবু শৃঙ্গার মিনোক কৌই

(৩) কিথিকিরুম মিনোক = (ভয় যুক্তহাসি) মিনোক অসিদি রত্নাবলি নাটক-তা সুসঙ্গতানা (বসমদত্তা হাই) চিত্র অদু য়েংলগা হায় চিত্রবট অসি য়েংলগা হায়রকই থৌদোক অসি থংলে হৌজিক্তি দেবীগী মক্কমদা ঐনা হায়রুরনি সুসঙ্গতানা, থবক অদু ফোংদোকলুনবা বিষয়গী কিবম অদু নোক্লুনা হায়খি মসিবু (ভয়যুক্তহাসি) কৌই।
নর্মবু ফোংদোকপদা রাহৈনা ফিজেংনা কোকদোকই য়াম্না চেষ্টা তৌনা; মসি নর্মনী॥

(ছ) নর্মস্ফুজ – হৌবদদি নুংঙাইবা লোইবদা অকিবা অসিগুম্বা অরা নুংঙাই তিন্নবা অসি উৎপবু নর্মস্ফুজ কৌই।

খুদম :—মালবিকাগ্নি মিত্রনাটক তা মালবিকানা অভিসার ওইনা অগ্নিমিত্র উনগে হায়না লাকপদা উনরবদা অগ্নিমিত্রনা হায়রকই নিংথিরবি নহাকপু উন্নজবা নুংঙাইরে কিগনু ঐন মতমকুইনা নংবু ঙাইরিবনি ঐনা হৈনৌ পাম্বীগুম ওইরগা নংনা মাধবীলতা ওইনা য়েংলু। মালবিকানা হায়রকই মহারাজ দেবী ধারিনীবু (মহারানি) কিবদগী ঐনা অপাম্বা থবক অদু নিংথিনা চথবা ঙমদে।
অসিদা নিংথৌগা উনবদা নুংঙাইজবা পোকই, অদুবু দেবী ধারিনী উখিগদরা খনখিবা কিবা পোকলকপা অসি নর্মস্ফুজনী খজিক্তং ফোংদোকপা ভাবনা শৃঙ্গার খরদং ফোংদোকপ অসিবুনী।

নর্মস্ফোট – ভাব খজিক খজিক্তং ফোংদোকলম্বদগী খরদং খনবদগী লাকপা অদুদগী য়াম্না মুন্না খম্নরুরগা নোকলকপা খজিক্তং শৃঙ্গার পোক্লকপা অদুবু নর্মস্ফোট কৌই।

খুদম :—মালতি মাধব নাটক-তা – তপ্না (অপামবদগী অভিসারীকা) মুনথদুনা চৎলকপা মিংয়েং স্নুন্যদৃষ্টি মিৎ-য়েংকম থমদবা অসিনী মশা অদুদা লেমজবা নৈত্রবা পাংখিবদগী স্বর তপ্না সাংথনা হোল্লকপা—মসি করি মরমগীনো? করি অতোপ্পা অমা ওইবা য়ারি।
তপ্না চৎপা মিৎয়েংফম থমদবা অপাম্বগী শাজৎতা চৎপা অসিনা মাধবনা মালতিবু খজিক্তং নুংশি হায়বা তাকই।

নর্মগর্ভ—নায়কনা থুপ্না লোন্না লৈরিবা লমচৎ অদুবু নর্মগর্ভ কৌই। মখুদি মালতি মাধব নাটক-তা—সখিগী মশক শারগা লাক্লুনা মালতিগী শিগে হায়না থৌরাংলম্বা অদু থংখি। লোন্না থুপ্না লাকখিবা অসিবু কৌই

(ভ) সাত্বতীবৃত্তি - বৃত্তি অসুদা নায়ক নায়িকাগী উইন্কনব (অধ্যবসায়) তৌবাঙম্বা (ত্যাগ) ওইজবা থাদোকপা দয়া; (চানবীহৈবা রিজু - পুকচেল তিংবা হন্নাউবা খজিক্কং পাম্বাদি য়াউবা, অন্নাবগী কিবা লৈতবা, অঙকপা (অদ্ভুত) রসনা তিনব অদু সাত্বতীবৃত্তি কৌই।

সত্বতীবৃত্তি অসি মখল মরনি (ক) উথাপক হৌগৎপা সাংঘাট্য সোকহনবা সংলাপ (ৱারিশাবা ৱাঙাংনবা) অমাসুং) পরিবর্ত্তক (হৌদোকপা)।

উথাপক ৱাহৈ পরেং অমদা য়েক্নবাশিংগী মপুক্কিংদা শাউগৎপা পোকহনবা ৱাঙাং অদুবু উথাপক কৌই।

খুদম =মহাবির চরিত নাটক-তা নংবু উবদা ঐগী পুক্কিংদা হন্নাউবা অঙকপা নুংঙাইবা অন্নাবা পোকই। হৌজিক নংবু উবগা ঐগী য়েংনিংবগী ইখৌ লাংবহ করম্না কোকদগে। মহাক্কা উনবগা নুংঙাইবা ফংগনী হায়বা অমগুম্বা মিতাম্সু নংদি নত্তে অরেম্বদা ৱা ঙাংদুনা করি কান্নগনী? যামদগ্নিবু ম ইাথবা পিরদুনা নংগী নমিং কাউগ্রবনী অদুনা হৌজিক্কি লিকং পাইখৎলো।

সংঘাট্য—মন্ত্রনা, শেল-না লাইগী শক্তিনা, করিগুম্বা কাংবু অমাবু গুগা-বা ওম্ব অদু সংঘাট্য কৌই।

খুদম: মন্ত্রসক্তি—মুদ্রারাক্ষস-তা চানক্যনা মাগী বুদ্ধিনা রাক্ষসশিংগী মতেংপাংবা কাংবুবু পুকচেল থেন্নবা

তিন্নহন্দনব' শেমখিব' অহবুনী। মসিগী মনুংদা শেল পিজবাগী মরমস্তু মনুংদা লৈরে।" লাইন, তম্বা সক্তিদি রাবনদগী বিভিষন তোঙান্না তাহনবা অহু লাইগী শক্তিনী, হায়বদি বিভিষনবু রাবনদগী থোরকলমগ্রবাদ রামচন্দ্রনা রাবন বোধ তৌব' ৱান। থোকলমগনী।

সংলাপ—রাখল ভাব মখল ময়াম তাকচুনা মাম্না কন্না লেমনা ভাংবহুবু সংলাপ কৌই

খুদম : বীরচরিত নাটক-ত — রামনা হায় অহুগুম্বা শিংজং অহ আসনা খোংলাই কয়ামুক্তা পোইনানা কার্তিকপু মাগী খোংলোইশিংগ চোইংনা জয় তৌনবগীদমক পেল্লকুনা সঙ্করনা থোজাল পীখব। অহুনা। পরশুরামনা ভগবান সঙ্করবু চাহান্নাশিং অমা তপঃ (লাংজবা) তৌরকপদগী ফংখবা ফল অহুখুনা।

পরশুরামনা — দশারতকা মপারি রাম! অহুম ওইবা গুরুদেবনা পুংশনা পিরকলবা শিংজং অহান। কনানম ভাংনবা ভাব মাম্নাস্তু ফোংদোকপহুনা।

পরিবর্তক— হৌগ্রবা থবক অহুদগী অমুক অতোপ্পা থবক অমা তৌবা অহুবু পরিবর্তক কৌই

খুদম :— বেনীসংহারদা ভিমনা হায়খি সহোদেব! নং চংলু গুরুগী মতুং ইল্লু, ঐস্তু নংনা হের্থিরৈ দা খুংল'ই শ'দগী খুংলাই লৌরুগে নত্রগা পঞ্চালিবু কৌরুগে।

আরভতৌ মায়া মংলাল) ইন্দ্রজাল মিত্রঃ সংগ্রাম, লাল শাউবদগী; মমবনা চিংবদগী থোরকপা হাং পুনবনাচংবা তমথিবা থবক অহুবু আরভতী বৃত্তি কৌই

(বৃত্তি হায়বদি নেচর লমচং) আরভতী বৃত্তি অসি মখল

য়াম্না তমথিরম্বদগী রামনা ইকাইবা পিখিবদগী মপুকচেল হোংহনা শাস্তি ভাব ওইরকপা অহূনী॥

অবপাতন—চংশিলকপা, মিপাইবা হরাউবা থোরকপা, চেনবদগী থেংনবদগী ( শোকুবা ) অদুবু অবপাতন তৌই।

খুদম :—কুম্ভরাবণ নাটক-তা মখুৎতো থাং পাইহূনা মুপা অমানা চংলকলগা থোকখিবা অহূনী॥

## নাটক্কী ভক্তিগী মওলশিংগী

### শেন্নবা ষড় হয়রগে।

( ঞ ) স্বগত—লিল্ল'দা থোকমিন্নরিবা মশেন মশাং পুম্নমক্কা মোব শাদবা মথক্তগী ওইবা ৱাঙাংশিং অদুবু স্বগত কৌই। মযাম পুম্নমক তাবা য়াবা ৱাহৈ অদুবুনা প্রকাশ কৌই। লিল্লা থোকমিন্নরিবা পাত্র খরা মনুংদা অমাবু নত্রগা খরবু তাহনিংদনুনা খরদা লোনতক্কা ঙাংনবা ৱাহৈবু অপবারিত কৌই।

অহুমস্থুবা পতাকাগুম্না অতোপ্পা পাত্র অমাবু খুৎনা খঞ্জিল্লগা ময়ামগী মনুংদগী মখোই অনিদা ঙাংনব ৱাহৈ অদুবু জনান্তিক কৌই অতোপ্পা পাত্র লৈত্রবস্থ মানা হায়-দোকখ্রিবা ৱাহৈ অদু মীনা তাগ্রমানে খন্দুনা মতোমন্তা ঙাংলকপা ৱা অদুবু আকাশ ভাশিত কৌই।

ত্রিপাতাকাউগুনা অতোপ্পা অমাগা ৱা তান্নবা অদুবুস্থু জানান্তিক কৌই॥

ওক্তবী ( বেশা ) শাবগী মমিংদা দত্ত সিদ্ধা, যেনা, হাপ্তুনা পুথোক্কনী মসি হাপলবদি ওক্তবীনী খংনগনী॥

ললোলবা পাত্রনী খংগদবদি মাগী মিংদা দত্ত হাপকনী।
বসন্তগী মতম মওং তাকপদা চেটী হাপ্‌কনী, ওক্তবী
তাকপা খুদমদি বসন্ত সেনা।
লল্লোনবা " " বিষ্ণু দত্ত।
বসন্তগী " " কলহংসংপ্রভতি ( কাঞ্চন খোংবা )
মণ্ডারিকা ( কুরাউ মপান শাংলকপা মতমবু খংই বসন্তদা
কুরাউ মপান শাংলি )।
[ চেট - চেটি অসি করিগুম্বদা মিনাই মুপা মুপীবুসু
খংনৈ। ] মালতি মাধবতা মিনাই মুপা মুপীদা হায়রিবত্তুনি।

---

লিলাগী ( নাটক ) মমিং থোনবগী মরম :—
রামাভ্যুদয়াদি রামলা মরু ওইনা ইবা নাটক ওইবনা
মমিং অসি থোনবনী।
মালতী মাধব-তা নায়ক নায়িকা অনি অসিনা মপুং ওইবা
নাটক নী অদুনা মালতী মাধব হায়না থোনবনী॥ হায়
রিবা নিয়ম অসি করিগুম্বদা শিজিন্নদবসু য়াউই।
খুদম :— মৃচ্ছকটিক নাটক-তা বসন্তসেনা থোনবা য়াবনী
অদুবু লাইরিক অসিদা থোন্দে। নাটিকা অমাসুং সটটক
নাচিংবগী মমিংদা নায়িকাগী মমিংদসু থোলি।
মদুদি মাইমুপেমচা সতিখোংনা, শিজলাইওইবী।
(ট) পর্যন্ত অমদি ণিজন্ত সাধ ধাতু অসি চংপগী মরমদা
শিজিন্নৈ। মুনি অনি অদুনা সকুন্তলা থিনবা মতমদা
সাধয়াম হায়না হায়খি ( সাধয়ান ) চংলো অসিবুনী।
কনানা কনাবু করম কৌগদগে মসিগী মরমদা হায়রি

অমাত্য কপ্নে কস্বা অগুম্বাশিংনা নিংথৌবু স্বামি, অমাদি দেব (লৈমাবা লাইনিংথৌ) কৌগনী
Mozart

অতুগা থর হম্বুবা Actor দা ভক্ত (ইংগা। কমনাইবশিং রার্জষিশিং (অথোইবা লাইরিক লেংবা) বিদুষক (কাগিপুবা) " রাকমা

মিশিং অতুবু বয়শ্য হায়না কৌগনি (বয়শ্য — মরুপ) ঋষিশিংনা নিংথৌবু রাজন্ হায়না কৌগনী, শাগৈদা কৌগনী,

খুদম:— পাণ্ডব দাশরথ—য়েনখোইবা (অপত্যপ্রত্যয় শ গৈগী অপোকপা খংনবা। দাশরথ দশরথকী মপারি হে পাণ্ডব — পাণ্ডুগী মপারি ব্রহ্মানশিংন ব্রাহ্মনবু কৌবদা মমিং অতু শিজিন্নবা য়াই।

খুদম:—বিশ্বামিত্র=কৌশক অম্নুম্না কৌনৈ. ক্ষেত্রিদদি আর্য্য হায়না কৌগনী (আরয় হায়নসু কৌনৈ)

সূত্রধারবু — পারিপার্শ্বিক (মতেং পাংবা। ভাব কম্নুম হায়না খংনৈ॥ মারিষসু কৌই। অতোনবা মীশিংন মহৈ মহৈ ডাংনবদা হঞ্জে (হরে) হায়না শিজন্নৈ। অতুগা অথোইবা Actor শিংনা-মমান্নবা ওইরবদি বয়শ্য হায়না শিজন্নগনী। মধ্যমময়াই ওইবশিংনা হংহো হায়না শিজিন্নগনী। মনাউনা ময়াম্বু আর্য্য হায়না শিজন্নগনী। লাই দেবতা ঋষি তপস্বগী খুদম লৈবা মীশকপু ভগবন্! হায়না কৌগনী।

বিদুষকনা রানি অমাসুং মপিবু ভবতি! হায়না কৌই। সূত—গাড়ি থৌবগুনা রথীবু আয়ুষন্ হাইনা কৌই।

নহানা পাখংনা অহলদা কৌবদা তাত কৌগনী মচা সেবক মনাউবু কৌনবদা বৎস পুত্রক তাত (বাবা) অহুগা গোত্র খংনবা ব্রাহ্মস্মু পনবা য়াই।

বামনশিংনা অণ্ডম অথৌশিংবু অমাত্য (অণ্ডম) 'সচিব (মন্ত্রি) অস্সুমনা কৌনৈ।

ঋষি (লাইনিংবা) অমাস্তুং ব্রহ্ম খংবা মশিং অহুবু সাধো হায়না কৌগনী।

থৌগল তৌরবা শিষ্যশিংনা লাইগুরুশিংবু মহাভাগ কৌগনী অর্চায্যবু= (ওঝা) উপধ্যায় কৌগনী।

লৈপাক মপুবু মহারাজ অমাদি স্বামিন্ কৌগনী। যুবরাজবু কুমার (মথং খনবা ব্রাঙ্গোল নিংথৌ) ভর্তৃদারক কৌগনী। হন্থবা মিশিংনা-ভদ্র অমস্তুং সৌম্যমুখ কৌগনী প্রজা-শিংনা নিংথৌমচা নুপীবু ভর্তৃদারিকা কৌগনী অথোইবা (উত্তম) মধ্যম (মীরক) অতোনবা (অধম) শিংনা মবুঙোবু (পাত) কৌবদা দেব হায়না কৌগনী অচৌবগী নুপীবু দেবী হায়না কৌগনী।

নিংথেমনুবী মহাক্কা লেংমান্নবী থৌগল তৌরিবি মতা-য়োইবু হলা কৌগনী।

বেশাবু হজ্জে কৌগনী, তৌগস্ত্রীবু (কুটনী) অজ্জুক মখা তাবা কুটনীবুস্সু অম্বো কৌই। অহল ওইরবীবুস্নু অম্বো কৌগনী।

(কপালিক) পাষণ্ড মীহাৎপশিংবু কপালিক হায়না কৌগনী (মীবু ইরাৎপগী পোৎশক ওইনা লৌবা মীহাৎপাবু কৌই) (চুরান থাব)।

শক জাৎপু ভদ্রদত্ত কৌই। (মখুৎ মশা হৈবা কাংবুবুস্নু কৌই। শাগৈদ্লগী থৎক্কী মতুং ইন্না কৌগনী থাঃজবা (থাংশাববু) রজকা (ধোবি) চিত্রকার (লাই-য়েকপা) তাম্বুলি (পানতপ্পা কাংবু ক্কায়োনবা)।

## ভাষাবিভাগ

(ঠ) হৌজিক্কি লোনগী মরমদা হায়রগে:—

করম্বা পাত্র Artist না ক'ম্বা রাহৈ হায়গদগে হায়রি ময়াই ওইবা অতোনবা নত্তবা মীশক্তা স'স্কৃত শিজিন্নগনী বিভুষকনা মধ্যম পাত্র ওইরবদি চং' বি লোন শিজিন্নৈ সংস্কৃত লোন শিজিন্নৈ। শারি'না চিংবা তসিদি মধ্যম প'ত্রনী অ:না সংস্কৃত শিজিন্নৈ অধম পা'ত্রদি সংস্কৃত শিজিন্নদে সকুন্তলাদা রাজপুরুষ লানমী অহু লিলা অতোনব'ী হায়ত্থনা লা'রিক হৈরবস্নু সংস্কৃত ভাষা শিজিন্নদে ময়াই ওইবী লাইরিক হৈরবস্নু সৌরসেনী কৌবা প্রাকিতভাষা চংনবী লোন শিজিন্নৈ, অসিগুম্বা নুপিশিংনা মহারাস্ত্রগী প্রাকিত ভাষা শিজিন্নৈ।

(বামন) থিকনেম্বা ?কদা শাবহুদি মাগদি ভাষা শিজিন্নৈ। নিংথৌ মনাইনে নিংথৌমচানা মহাজনে অসিদি মাগদি ভাষা (পণ্ডা'তা শিজিন্নবা সংস্কৃত) শিজিন্নৈ, বিদুষোকনে, ঋত্রি মায়োন্নবী মপি প্রাচ্য (গৌরিয়ভাষা) ধ্রুত জুরারি অবন্তিকা শ'নবগী লানমি নাগরিক (City...n) লৈপাক মচা তাবানচিংবদা দাক্ষিনাট্য (বৈদরবি ভাষা) শিজিন্নৈ, শক সাবরি জাত্তা অর্য্যদি নত্তবা (কুশান) সাবরি (হাউ) শিজিন্নৈ। অরাং ভারতকী মীশিংনা বাহ্লীক ভাষা শিজিন্নৈ

দ্রাবিড়শিংনা দ্রাবিড় ওইগনী গোপশিংনা আভিরী ওইনী চণ্ডালগী লোন্না চণ্ডাহি ( হারি ) ওইনি, উয়ান্দুনা হিংবা কাংবুনা আভিরি শিজিন্নগনী। লা থাংবা পত্রউপযোবিনা আভিরি শিজিন্নগনী। মৈতাল খাংবা থাংজম ( অঙ্গারকা কামার ) চকুশাবা আভিরি শিজিন্নগনী. খরদং তোনথবা কাংবুনা চেটি নিংথৌমচাই নিপা মচানে. কৈদানে, অতোনবা গ্রহ-অর্চাষ্য ( গনক ) অণ্ডাউবা অৱাবা তাবনা সৌরসেনী শিজিন্নৈ, করিগুমবদস্লু সংস্কৃত শিজিন্নৈ।

## রস প্রয়োজোন

( ড ) রসশিজিন্নবগী মরম হায়গে।

লক্ষন মথল ৩৬ অলঙ্কার ৩৩ বীথ্যঙ্গ ১৩ লাস্যঙ্গ ১০ মখোইশিং অসি শিজিন্নকমচানা শিজিন্নগনী :–

নাটক্কী লক্ষন ৩৬ ক মরম হায়রি

( ১ ) ভুষন ( ২ ) অক্ষরসংজ্ঞাত ( ৩ ) শোভা ( ৪ ) উদাহরন ( ৫ ) হেতু ( ৬ ) সংশয় ( ৭ ) দৃষ্টান্ত ( ৮ ) তুল্যতর্ক ( ৯ ) পদোচচয় ( ১০ ) নিদর্শান ( ১১ ) অভিপ্রায় ( ১২ ) প্রাপ্তি ( জ্ঞাপ্তি ) ( ১৩ ) বিচার ( ১৪ ) দিষ্ট ( ১৫ ) উপদিষ্ট ( ১৬ ) গুণাতিপাত ( ১৭ ) অতিশয় ( ১৮ ) বিশেষণ ( ১৯ ) নিরুক্তি ( ২০ ) ভ্রংশ ( ২১ ) সিদ্ধি (২২) বিপর্য্যয় (২৩) দাক্ষিণ্য ( ২৪ ) অনুনয় (২৫) মালা (২৬) মালা (২৭) অর্থাপত্তি ( ২৮ )গর্হণ ( ২৯ ) পৃচ্ছা ' প্রসিদ্ধি ( ৩০ ) সারূপ্য ( ৩১ ) সংক্ষেপ ( ৩২ ) গুণকীর্ত্তন্ ( ৩৩ ) লেশ ( ৩৪ ) মনোরথ (৩৫) অনুক্তসিদ্ধি অমাস্তুং (৩৬) প্রয়বচ।

(১) ভুষন ( উপমা ) চাংদমনবা মুংশিবা ( মাধর্য্য ) লৈতেংনা তিনববু ভুষন কৌই।

থুদম :—হে মুগ্ধে শুমহৎনবী নংগী মাইথোং থম্বাল উরুবদগী মাইথিগনী কিবনা থরো থম্বালনা নংগী মাইথোংগী ফজবাহুবু নিন্দা ( থিনা ঙাংনরী ) তৌরি।

( কোষ ) মনুং হোবা থম্বোদগী শাৎলকপা থম্বালনা করিগী থীনা ঙাংলোইদগে। মসিদা মুগ্ধা অসিগীদি লেংতদবা অমা লৈ অহুগা থরো থম্বালগীদি মরিন হোবা মরিন তাউবগী মরম লৈ।

মরিন তাউবা থরো থম্বালনা করিগীথিনা ঙাংলোইদগে। ( থংজেংগী থোরকপা থম্বালমথোক ) মাইথোংগী ফজবনা তৌবা গুম্বনী ( তেজ-নী ), কোশ ( মরু ) হৌরকফম থমজেং চৈশু ( দণ্ড মৃনাল ) শ্লেষভাষাদা শিজিন্নবনী করেম্নবা লোম্দানী।

অর্থ অনিপুবা য়াবাবু শ্লেষ অলঙ্কার কৌই।

(২) অক্ষরসংঘাত = ময়েক মশিং ককতুনা লেংহুনা ফজবা অর্থ থোকহনবা শৈরেং অহুবু অক্ষর সংঘাত কৌই।

থুদম :—সকুন্তলা নাটক-তা রাজা দুষ্মন্তনা কাম্নথি হকচাং চোকথবহুনদি নবেম্মা সকুন্তলাহু নাম্নিরোইদনা ( সন্তাপ ) প্রিয়ম্বদা—হৌজিক্কি হিদাক কংলবনিনা করগনী। মসিদা প্রিয়ম্বদগী রাহৈ থজিক অসিনা করগনী হায়না কোংদোকই।

(৩) শোভা—অণ্ডকপা অর্থগা লোইননা গুক্তবগী অর্থ অহু কোংদোকপা করেম্নবাগী অর্থগুম্বন্থ য়াউরবদি মহুবু শোভা কৌই।

খুদম :—শাগৈ জাং ফবা মুপা অদুনা সনা লুপা কোটি কোটি দান তৌহনম্নু মপুকচেলনবু চুম্জবা শেংদনা দান তৌরবদি মহুবু কামধমুগুম্না থাদোকনী (হায়রবদি সাধুশিংনা· কামভাব থাদোকপগুম্না, থাদোকনী)।

মশিদা অফ করু অনি য়াম্নবা অসিনী।

(ঢ) উদাহরন লক্ষন—অর্থ চপ মান্নবা রাহৈ পরেংনা থংহল-নিংবা ভাব অদু পুথোকলবদি মহুবু উদাহরন লক্ষন কৌই।

খুদম :—ইচম চমদবা মতুং ইন্দুনা তৌরিবা অসি ওম্থোক্না করে মরমদি কোরৌরেন নত্তনা ফজবা মুংথিল কদাইদা লৈখরে, থাজবু য়াউদ্রবদা অহিংগী লেমজবা কদায়দা লৈ। মুপী অদুবু থাগৎলকপগী রাহৈনী।

হেতু—নিংবা অদু থুংনবা অমদি ফংনবগী মরমদা রা খজিক্তং শিজিন্নদুনা পাংথোকলবদি মদু হেতু কৌই

খুদম :—বেণীসংহারদা নিংথেমনুবী (চেটি) না ভিমদা হায় ঐনা অগুম্না হায়গ্রে ভানুমতি নংগী নশম অদু থাদোক্রবদি দ্রৌপাদিনা করম্না মশম অদু পুনগদগে (মাদি মরা শিরবা মতমদা ভানুমতিদি মশম থাদোকদৌরিবনী মসিগী অরাশিং অসি রাহৈ খরতনা ফোংদোকলি।

সংশয়—ঙাংলকইবা মীশক অদুনা মানা ঙাংগদৌরিবা রা অদুবু অরেপ্পা নত্তে হায়বা খংলবদি মদুবু সংশয় কৌই।

খুদম :—যজাতিবিজয়দা··মসি সর্গগী মবুঙোগী লক্ষ্মিরা? লৈপাক অসিবু শেম্বা লাইরেম্বীর যক্ষ কন্যারা অমাদি পার্ব্বতিরা?

মসিদা নুপী ফজবা অমা উবদা লেপ্পা ঙমদবা অদুবুনী।

দৃষ্টান্ত—ঙাংগদৌরিবা অদুগী মরম থংননবগীদমক ঙাংবা অদুবু দৃষ্টান্ত কৌই।

অপাম্বা অদু থুংনবগীদমক উৎপা মরম অদুবুম্ম কৌই।

খুদম :—বেণীসংহারদা সহদেবনা হায় ভর্য্য ( য়াম্নুং মুপী অসিগী মরমদা হায়রিবদু মতিক চারে মরমদি মহাক অসি দুর্য্যাধনগী মুপীনী।

মসিদা ভানু-মতি অসি নোন্‌বা হৈত্রবীনী নোনবা হৈত্রবা দুর্য্যাধনগী নুপীনী॥

তুল্যর্তক=হাননা লৈরবা অর্থগা লোইননা মাম্নবা তুংদা থোরকদবা মরম্মু থিজিনবা অদুবু তুল্যর্তক কৌই।

খুদম :— বেণীসংহারদা=অক — কত্তবা মং পুম্নমক অসে নিংলম্বদগী হেন্না উরে। দুর্য্যাধনগী মনাউ ১০০ চুনা ঐবু য়েংজুনা লৈরে, মাগী মমংদা লিন চামরোম শিবা উরে অদুবু দুর্য্যধননা খল্লি মাগী মনাউ চাম শিপ্রগনী হায়বা তশেংনা খল্লকই। মসিবুনী।

পদোচ্চয়=অকনবা থবক্কীদমক অকনবা খোনকম অথোৎপগী-দমক অথোৎপা খোনকম শিজিন্নবা অসিবু পদোচ্চয় কৌই।

খুদম :— রবীথাকুরগী অর্থ চিনবান অদু লৈরাংগুম ঙাংঙ্‌ৎননা খোৎলি, পাম্বোম অদুনা নৌরবা উশাগুম্বানি লৈগী চিনবানগা উশাগা পামবোমগা তুলনা চাংদমনবা তৌবা থম্মোইনা মিহৌজরবা লৈরাং অসে ভনৌবা হকচাংদা শাংকাইরকলে।

নিদর্শন—অতোপ্পা মীগী মত ককুনবা অকাবা খুদম অমা উত্তনা তাকপা অদুবু নিদর্শন কৌই।

খুদম : নিংথৌশিংনা নিয়ম হৌনবী মতুং ইন্না য়েক্লববু হাংলি অদু ওইরবদি বালি নিংথৌবু রামচন্দ্রনা করিগী ছুয়ান লাননাদা হাংলি।

অভিপ্রায়—মান্নবগী মরমদা:( মান্নন উবা ) ওইথোকতবা মরম অমা ভাবনা শাগৎলবদি মদুবু অভিপ্রায় কৌই।

খুদম :—সকুন্তলা নাটক তা থরো অশংবগী লৈনানা যজ্ঞগী শিং , শমীধ , বু ককপা য়াদবগুম্না, তনৌবী সকুন্তলানা তপস্যা তৌবসি ওইথোকতবনী।

প্রাপ্তি মন্ত্রগা জ্ঞাপ্তী : করিগুম্বা বাহৈ পরেং অমাদা অতোপ্পা শরুক্কী পান্দমনরুবা অদুবু প্রাপ্তি জ্ঞাপ্তি কৌই।

খুদম :- প্রভাবতী নাটক-তা — খোইমু অসিনা মফম পুম্নমক্তা পাইবা অদুনা ঐগী মুংশিবী প্রভাবতিগী মফম খংগনী॥ খোইমু অসিনা মফম কয়াদা পাইবনীনা প্রভাবাতগা উদ্ধুনা মানা খংগনী হায়না অনুমান তৌজবনি॥ ( ওইনদি নগুবা খনজবা )।

বিচার—যুক্তি য়াউবা বাহৈনা ভশেংনা উদবা হিরম অমা হায়ববু পাংথোকপবু বিচার কৌই।

খুদম :--চন্দ্রকলাদা নিংথৌনা হায়খি শোইদে মুপী অসে অপাম্বনা খুঙ্গম চল্লে, মরমদি নোকপদা কংনোকই (স্বষ্টহাহ) মিৎয়েংনা অতিয়াদা য়েংই পাউখুমনা মরি লৈনদবা ভাক্ত খুমই।

কংনা নোকপনা উদি উদনা ( কামভাব ) উৎপা অদুনী।

দিষ্ট :—মফম—মতম চানা বা ভাংববু দিষ্টলক্ষন কৌই।

খুদম :—বেণীসংহারদা সহদেবনা হায়খি ওসিদি য়াম্নুং ভিমসেন অসি শাউবদগী লোংথাংগী মঙাল থোকলে।

অদুগা নোংজুথাগী মতৌগুমনা লেপ্পুনা লৈরিবা দ্রৌপদিনস্মু মদুবু হেনগৎ হনলগনি ॥ দ্রৌপদিনা ( মপি লেপ্পা লৈতনা শিন্দুবা তত্তনা মপি শিন্দুবন্নুনী ) ।

(ত) উপদিষ্ট লক্ষণ—শাস্ত্রগী রাগুম্বা পুক্লিং হুবা রাহৈ অদুবু উপদিষ্ট কৌই ।

খুদম : - সকুন্তলাদা কণ্ব মুনিনা হায়খি ইবেম্মা লাইগুরুগী সেবা তৌগদবনী লোম্নবীশিংবু খোইনৌ নতাগুম লোইনৌ । নপুরোইবনা শাউরগা মাগী ওন্নতৈনবদা চংকন্নু ।

গুণাতিপাত—অকবগী ওন্নতৈন্নবদা ঙাংবা ( বিরোদ্ধি ) অদুবু গুণাতিপাত কৌই ।

খুদম :—চন্দ্রকা রূপক-তা—থাদ অন্দুমনা হায়খি নংনা অম্মম্ল কোকহলি নংগী খুয়াদো ( কিরন মণ্ডাল ) মীনা মকোক্তা পুনরি মহাদেবগী কোকথক্তম্মু নংগী লৈফমনী । অদুবু মুংশি কাইনরবা মুপীগী থরাইদি নংনা করিগী মাংহনগদৌরিবা ? গুণহু থাগৎলমলগা থংথবা অদুবুনী ।

অতিশয় }
গুণাটিশয় } চাংদমনরিবা পোৎনে চাংদমলিবা অদুগা অনিসিদা চাংদমলিবা পোৎ অদুনা মগুণ হেল্লবদি মদুবু গুণাতিশয়-অতিশয় কৌই ।

খুদম—চন্দ্রকলা রূপক-তা নিংথৌনা হায়খি তনৌবী মাহাক্কী থবাক্তা থম্বাল অনিনা লৈতেংলি, মহাক্কী । মুংগী হকচাংনা মোইবুংগী মথাগুমই ( কম্বুগ্রীবা ) কোকথকতা খোইমুগী মনমনা লৈতেংলি ( মশমবুনী ) অগুম্বা মাইথোং থাজনা অহিং খোয়ক্তবসে নঙোন্দা করম থোকইবা । মসিদা চাংদমলিবনা থানি মাইথোং থাং অদুনা মাইহিং

লৈতবয়বুনী হায়বদি থাগীদি মাইহিংকাই চাংদমলিবাহুনা চাংদমনরিবা পোংশক্তগী হেল্লে।

বিশেষণ অফাউবা মগুন পুম্নমক হায়রুরগা অমুক (খেনবা) অতোপ্পা হেন্দোকপা গুণ অমা হায়রকপা অহুবু বিশেষন কৌই।

খুদম :—হে রাজন্! সরুবর (পাং)শিংনা জিবগী খোঁরাংবা কোকহলি উচেকশিংগী লৈকম পিনৈ। মতৌ অহুম তৌনা ইবুংঙো নহাকস্তু দান তৌহুনা মীনা লনগী খোঁরাংবা অহু কোকহল্লু লমচৎ শেংলবা মুনিশিংগী (দ্বিজ) চংজকম পিনৌ। পাংশিং অহুবু মীনা পামস্তু পামই থম্বালনস্তু থল্লি। মতৌ অহুম্না নংহাকস্তু প্রজানা চালি অমস্তুং লক্ষি চেল্লি অহুবু মহারাজদি লৌশিংশিংবনী পাংতুদি অসিবনী মথরাই পানদবা লেংদবনী। মসিদা অফাউ কাউবা গুণ ময়াম হায়রগা মমৈদা বুদ্ধিগা মথরাই পান্দবগা খেন্নবা অমা পিরিবা অসি বিশেষণ লক্ষণনি।

নিরুক্তি—মাংদ করিগুম্না হিরম অমা পাংথোকপ্রগা অমুক হন্না মহুবু হায়রকলবদি মহুবু নিরুক্তি কৌই।

খুদম :—বেণীসংহারদা ভিমনা অমুক হন্না কৌরব শাগৈ পুন্নমক মাংহল্লে অসিনী। মসিদা ভিমগী রাশক অহু অমুক হল্লকপা অহুবুনী।

সিদ্ধি—নিংলিবা অপাম্বা (অভিপ্রেত) ফংনবগীদমক বা ঙাংবা অহুবু সিদ্ধি কৌই।

খুদম :—হে রাজন্! পৃথীবী পুবদা কূর্ম দেবগী পাকল তৌবা ঙম্বা অনন্তগী পাঙ্গল অহু নঙোন্দা লৈ। মসিদা— নিংথৌগী অথাং কনবা পাঙ্গল কনবা অহু কূর্মদেবনা

অথাংবা কনখিবা অসিনা চিংবন্থ উত্তুনা হায়রিবা মুপান্থগী নিংব থুংনবা হোৎনরকপন্থবুনী।

ভ্রংশ=নপাল তৌবা শাউগনবা মীশিংগী মশানা পামলিবা অন্থ হায়রকপদা ওন্নতৈনবা রা ভাংলকপা অন্থবু কৌই

খুদম :- বেণীসংহারদা—দুর্য্যোধননা হায়খি যুধিষ্ঠিরগী মচিন মনাউ মাগী মিচংশিং অমান্থ দুর্য্যোধনগা লোইননা হাংকনী। মসিদা দুর্য্যোধন হাংকনী হায়বা অসি মসিদা ওন্নবা রা ভাংলিবা অসিবুনী।

বিপর্য্যয় : চিংনবা মরম অমাদগী হান্না পুরকপা রাখল অন্থ ওন্নবা অদুবু বিপর্য্যয় কৌই।

খুদম :- হে রাজন্ নহাকপু পীগন্দবা মীনী হায়না মখোইনা নিংখিরমই অদুবু নহাক্না নিংথৌ ওইবগা পিগনবা অসিদা মখোইদা অচুকপা পোকলে

মসিদা হান্না পিগন্দবা ওইরম্বদগী পিগনবা ওইরকপ অসি ওন্নতৈনবা অসিদা বিপর্যয় লক্ষণনি।

দাক্ষিণ :—হকচাংনা নত্রগা রাহৈনা ওইরবসু মীগী পেন্ননবা হোৎনবা অদুবু দাক্ষিন্য কৌই

খুদম : বিভিষনদা রামচন্দ্রনা হায়খি বিভিষননা লঙ্কাদা লৈদ্রুনা লঙ্কাবু নিংথিহলি। শ্রীরামচন্দ্রগী থৌজান্দগী থবক অদু পাংথোকপদা য়ৈথাইবা লৈরোই মসিদা রান হোৎনববুসু পাংথোকলে থাগৎপসু য়াউরে।

অনুণয় :—চানবীবা রাহৈনা থবক পাংথোকপবু অনুণয় কৌই

খুদম : বেণীসংহারদা কৃপার্চার্য্যনা অশ্বত্থামাদা হায়খি নহাক্তি দিব্যঅস্ত্রদা য়াম্না থংলবনি দ্রোনার্চার্য্যগী মতৌগুম্বনী নত্তোন্দা করি ওইরোইদগে।

মসিদা অচানবা বাহৈনা থুক্লিং থৌগৎপগুনী।

মালা :—অপাম্বা থিরম পাংথোকনবগীদমক অরি শৈলৈনবা মরমশিং হায়রকপকু মালা কৌই।

(দ) খুদম :—সকুন্তলা নাটকতা দুষন্তনা হায়খি—ঈশিংগী লৈরিকচেলবা থম্বাল লৈমানা নংগী অরাবা কোকনব হুমাই-গুম্না হুন্নাইতুনা ইংলবা মুংশিং লাংকনগে পাম্লোম তাবদা ফজবা নংনা নুংঙাইগনী থল্লবদি, থম্বাল লৈঙাং মালবী নখোং অনিগা তমপাক্তা কোনজগে।

মসিদা দুষন্তনা সকুন্তলাবু পামবগী, মরম কয়া কয়ানা যেংদোকপা অসিবু মালা হায়না খংগনী।

অর্থপতি—অর্থ অমা হায়বদা অতোপ্পা অর্থ অমা থোকলবদি মদুবু অর্থপতি কৌই।

খুদম :—বেণীসংহার নাটক-তা কর্ণনা হায়খি অশ্বত্থামাবু দ্রোনাচার্য্যনা কম্বাল তোংহল্লি, দুর্যোধননা খুমই করেনে! অঙ্গরাজ ওন্থে'কনা ফনা হায়রে অদু নত্রবদি সিন্ধুরাজ জয়দ্রথবু কনগনী য়াবিপ্রগা অর্জুননা হাৎখরে, অদুবু মানা নিঙাইদনা লৈথোকলিবা করিগীনো? অতিরথি মহাকনা কনগনী হায়রগা কনদবগী মরম অমা থোকলকলিবা অসিনী।

গর্হণ—মরাল লৈতনবা মতমদা চৈবা অদুবু গর্হণ কৌই।

খুদম :—বেণীসংহারদা—অশ্বত্থামানা কর্ণদা চৈখি নংগী মতৌগুম্না গুরুগী শাপনা ঐগী থুংলাই অসি নপাকল লৈত্রবরা? নংনা কিবদগী হৌজিক্তা লানফম থাদোকুনা লাকলি ঐসু অদুগুম্না লাকলবরনে নিংথৌগী মগুণ শকপা লৈরবা সুত শাগেদা ঐ অসি পোকপরা মরমদি করিসু লৈতবা য়েক্লবগী পেন্দনবা থবক তৌবসু থুংলাইনা লমনশিংগনী মিৎকী পিনা শিংলোই।

প্রিচ্ছা—ইকাই খুমনবগা লোইনানা করিগুম্বা থবক অমা থিববু প্রিচ্ছা কৌই। ৱাহং হংদুনা কোইথি থিবদুনী।

খুদম :— বেণীসংহারদা—সুন্দবকনা হায়থি অগুম্বশিংবু ! শারথিগা লোইননা দুর্য্যোধনবু উবিরম্বরা ? মসিদা ব্যবহার ত্তৌনা মরম থিবা অসিবুনী।

প্রসিদ্ধি—খ্বাইদগী ফরবা পোৎনা করিগুম্বা হিরম অমাগী, মীয়ামা তশেংনা খংনবা হায়বদুবু প্রসিদ্ধি কৌই।

( ধ ) খুদম :—বিক্রমউর্ব্বশি নাটক-তা নিংথৌনা হায়থি মুমিৎ থা অসিনা মমা পোকপা মপু অমস্তুং মপা পোকপা ওইরবদি, উর্ব্বসি অমাস্তুং পৃথীবীনা মশানা পামজদুনা মপুরোইবা ওইনা বরন ত্তৌরবা নিংথৌ অদু ঐনী। মসিদা মীখ্বাইনা খংনরবা মুমিৎ থাগী ধারানি তাকলিবা অসি প্রসিদ্ধি লক্ষণনী।

সারূপ্য—মশক মাম্নবদগী লাননা খংদুনা পুক্নিংদা নুংঙাইতবগী ইহৌ লাকপবু সারূপ্য লক্ষণ কৌই।

খুদম :—বেণীসঃ - গদা পর্ব্বদা দুর্য্যোধননা তুদুনা লৈরবদা যুধিষ্ঠিরনা ভিমনী নিংলুদুনা লেপলিবা ভিমদা হে পুকচেল করবা লমচৎ কত্রবা দুর্য্যোধন ! হায়না চৈথি। মসিদা তুরিবা দুর্য্যোধন অদু ভিমনী হায়না উথিদুনা লাননা চৈথিবা অসিবু সারূপ্য লক্ষণ কৌই।

সংক্ষেপ—অশম্বা ৱাহৈ থরনা মশাবু পন্দুনা অতোপ্পা পোংকী মকমদা মহত্তা হায়রবু সংক্ষেপ লক্ষণ কৌই।

খুদম :- চন্দ্রকলা নাটক-তা নিংথৌনা হায়থি মুংশিবি নাউইতোং লৈরাংগুমলবা ( শিরিশ কুশুম ) হকচাং অদু অরেম্বদা ৱাহল্লিবা করিগীনো ( নিংথৌ মাশামক্সা মখুং-

থিলছুনা মমাদা ) ননাইসিনা নংগী অপাম্বা লৈ অহ হেকচগনী। মসিদা "ননাই" মসি শমজিল্লবা বানী।

গুণকীর্ত্তণ=মগুণ ময়াম পন্দুনা তাংবা শকপবু গুণকীর্ত্তণ কৌই।

খুদম :—মিৎসনা থম্বালনা তথকু তথকু মিৎয়েংনি মসিদা থম্বালবু চাংদম্লবা খাত্রাংচাকপু চাংদমনবা থাগৎপা অসিবুনী।

লেশ—মান্নবা পান্দমনছুনা হায়বা বাহৈবু লেশ লক্ষণ কৌই।

খুদম :—মহুদি বেণীসংহারদা নিংথৌনা হায়খি শিখন্দিবু মমাংদা থমলগা অর্জুননা ভিস্মদেব হাৎপদা পাণ্ডবশিংবু থাগৎনরি, ঐখোইস্তু মহুগুম্বা মথাগৎ অহ ওইগদরা? ( মান্নবা উৎপা নোক্লবা অসিবুনী )।

মণরথ—অতোপ্পা অমা লমচৎ অহ মতৌতমছুনা হায়বহুবু মনরথ লক্ষণ কৌই।

( ন ) খুদম—পিশুম ফজরবী ! য়েংউ মুংশিনা খোংলবা কাণ্ডশিংনা অপাম্বগী শান্নবাসিদা থাজরবি ( অথুষ্টি Cmo-fidene ) মাগী মুপীবু মঙোন্দা মদন চংলকুনা পংথরবা মহাক্লা চুপনি॥

অনুক্তসিদ্ধি শকচুগী মরমদা য়াম্না শন্দোক্লা হায়বা ভাবদগী মকা লায়া হায়রবদি মহুবু অনুক্তসিদ্ধি লক্ষণ কৌই।

খুদম—কোন্নুংগী সঙ্গাইমনাক্কী উনা পরেং পরেং হৌবা লৈকোনগী লম্বীদা বিশ্বামিত্রনা রাম লক্ষণবু লুহোংনবগী-দমক নাক য়েস্তা পুহুনা লাকপা উবদা সখিনা সিভাদ হায়খি। হে তনৌবী ফজরবা থাজগ লোইননা পাথংনহা অনিথক লাকলিবসি উবরা, হে পায়গে লৌশিং লৈবি মখোই অসি য়াইকবগী মশক ওইরবা পুষ্যা নক্ষত্র পুর্নবসু নক্ষত্রনী।

মসিদা থাবু নক্ষত্রবু হায়গুনা য়াম্না কজবগী মওং হায়রকপা অসিনী॥

প্রয়োক্তি :—লাংচকম ওইরবা মীশিংবু য়াম্না ইকাই খুম্নবা উংনবা পুক্নিং মকা লামগদবা ৱাহৈ হায়বা অদুবু প্রয়োক্তি কৌই॥

খুদম:—সকুন্তলা নাটক-তা অহানবদা মপান অকোনবদা উহৈ অহানবদা নোংমংবা অকোনবদা নোংচুবা অহানবদগী মপান শাংলে অদুগা মহৈ য়াম্লে মাপ তাইবংপানগী হৌনবিনী অদুবু ঐগীদি মহৈ হায়া কংলে

(প) অর্থ নাট্যালংকার :—

নাট্য অলঙ্কার অসি মশিং কুন্থাহুমদোই (৩৩) নী।

মহুদি (১) আশীঃ (২) আক্রন্দ (৩) কপট (৪) ক্ষমা (৫) গর্ব্ব (৬) উদ্যম (৭) আশ্রয় (৮) উৎপ্রাসন (৯) স্পৃহা (১০) ক্ষোভ, (১১) পশ্চাত্তাপ (১২) উপপত্তি (১৩) আশংমা (১৪) অধ্যবসায় (১৫) বির্সপ (১৬) উল্লেখ (১৭) উত্তেজন্ (১৮) পরিবাদ (১৯) নীতি (২০) অর্থশিষন (২১) প্রোৎসাহন (২২) সাহায্য (২৩) অভিমান (২৪) অনুর্বর্ত্তন (২৫) উৎকীর্ত্তন (২৬) যাচ্ঞা (২৭) পরিহার (২৮) নিবেদন (২৯) প্রবর্ত্তন (৩০) আখ্যান (৩১) যুক্তি (৩২) প্রহর্ষ (৩৩) উপদেশন্।

মখোই অসিনা নাট্যগী ফজবা হেনগৎহল্লি হায়গুনা মসিবু নাট্যালঙ্কার কৌই।

(১) আশীঃ—নুংশিবগী অপাম্বা পোংচু কংনবা কোংদোকপা অদুবু আশীঃ কৌই।

খুদম ঃ - সকুন্তলাদা ঋষি কণ্ৱনা হায়খি শমিষ্টানা নিংথৌ যাজাতিদগী ইকাই খুম্নবা ফংখি অমাম্তুং নিংথৌরেন্ পুরুগু ফংখি অহঙুম্না নপুরোইবনা নংবু ইকাই খুমনসনু নিংথৌরেন ওইবা নচা ফংজৌ।

( ২ ) আক্রন্দ - পুকনিং বাহুনা ভেংথবা কপ্পবু আক্রন্দ কৌই।

খুদম ঃ—বেণীসংহারদা কঞ্চুকীনা ভেংথাখি ওহোকপনি দেব ! ওহোকপনি সনা কোম্মুংগী ফিরান্।

(৩) কপট - মায়া তৌদুনা লৌনম তৌদুনা অতোপ্পা মুর্ত্তি অমা লৌববু কপটনাট্যালঙ্কার কৌই।

খুদম :—কুলপত্যং নাটকতা হিংচাবা মারিচনা শজি ওনদুনা সিতাবু শুমহৎলগা রামনা তাম্নদুনা তেম থাবদা শিগদৌরবদা হিংচাবগী মুর্ত্তি ওইরকপা অদুবুনী।

মংদা লৌনম তৌদুনা হিংচাবা মারিচনা শজি ওনবা অসি কপটগী অলংকারনি।

(৪) অক্ষমা—খজিক্তা ওইনা থিনা ঙাংবা কাউবা থাংবা শুমদবা অদু অক্ষমালঙ্কারনী

খুদম : - সকুন্তলা নাটক তা দুষমন্তনা হায়খি—অচুম্বা ঙাংবা ! ঐ য়াজরে মীগোম্দা নমথাক তৌবনী হায়বসে।

অদুবু মহাক অসিদা ঐনা লৌনম তৌরগা ঐনা করি তোংজদৌরিবা.

সরজ = ( পাউখুমদা ) আঃ মাংলেদনা।

অচুম্বা ঙাংবা হায়দুনা সারজদা নিংথৌনা লংনখি, সারজনা মাংলে হায়দুনা ফমথদুনা বানা খনখি।

(৫) গর্ব—ঐ মঙাইরে হায়দুনা নাপল তৌববু য়াহৈ য়াউবা-হুবু গর্ব অলঙ্কার কৌই।

খুদম :—সকুন্তলা নাটক-তা নিংথৌন হায়খি ঐগী য়ুমদগী অতোপ্পা মীনা লান্দারকলে, ঐগী ইমুং-মনুংদস্থ হনচক ঙাচক শাররে। মসিদা ঐগী য়ুম ইমুং মনুং হায়বসি নাপল কোংদোকপনী।

(৬) উগ্রতম- করিগুম্বা থবক অমাবু হৌনবা শিনলাংববু উগ্রতম কৌই।

খুদম :—কুম্ভকর্ণ নাটক-তা - রাবননা হায়রি ঐনা রাবনা শুঙ্কাংলবদা মতম অতুদা যমরাজবু উংগনী।

মসিদা উনগনী হায়বসি থবক কৌবনী

(৭) আশ্রয়- করিগুম্বা থবক অমাবু পাংথোক্লবগীদমক চংজবা অদুবু আশ্রয় কৌই।

খুদম :—রাবননা বিভিষনদা চৈবদা বিভিষন্না হায়খি রামদা চংজরগনী। মসিদা চংজবা অসিবুনী

(৮) উৎপ্রাসন—কনাগুম্বা অমানা মাবু মশাবু অকবনী সাধুনী হায়না হায়জবদা সাধুদি নত্তবনিনা নোক্লরকপা অদু উৎপ্রাসন কৌই।

খুদম :— সকুন্তলা নাটক-তা ঋষি সারঙ্গনা হায়রে হে রাজন অতৈ থৌদোক্তা হান্না থোকখিবা কাউরবস্থু ধর্ম্ম। নঙববু কিরগা নংগী মুপীবু করম্না থাদোকলিবা

মসিদা তুষমন্তনা সকুন্তলাবু কাউরে খংদে হায়রকপদা সারঙ্গনা অরানবা হায়রকপা নিংথৌদা হায়বদুনী।

(৯) স্পৃহা :— য়াম্না থোং মেংবা পোৎশক অমাবু থৌরাংবা পোক্লকপা অদুবু স্পৃহা কৌই।

খুদম :—সকুন্তলা নাটক তা দুষমন্তনা হায়খি অতোপ্পানা কংগুমদ্রবা মুংশিবিগী চিনবান মকা লামহুনা ঐবু মাইথোং অমুত অহু থকনবা হায়বগুম তৌরি ( চুপহনিংবগুম তৌরি ) মসিদা দুষমন্তনা সকুন্তলাগী মাইথোংবু চুপনিংবগী খৌরাংবা অহুবুনী )।

ক্ষোভ : নিংদোন পোম্না ( চিন্তকপ ) চৈরকপা বাহৈ তাকলবদি মহুবু ক্ষোভ কৌই।

খুদম :—রামচন্দ্রদা বালিনা হায়খি. পুকচেন কত্রবা অতোনবা তাপ্যখি ! নহাক্না চরান লান্না তৌহুনা বালি ঐবু হাংলে। মহুদম্মু নত্তে লাইরৈবাক্তা নংগী অম্নাবুস্মু মাংহনজরবনি।

বালিনা মুংঙাইতহুনা শিরমদাইদা ঙাংখিবা অসি ক্ষোভনী ॥

( ১০ ) পশ্চাত্তাপ—রাথল থেনবদগী করিগুম্বা হিরম থবক অমাবু মাংহনপ্রগা পুক্লিংদা মুংনাংবা কাউরকপা অহুবু পশ্চাত্তাপ কৌই

খুদম :- মহুদি রামনা নিংগমক্তহুনা হায়খি। সিতাবু মিংচৎখিবা ( কলঙ্ক ) বা হায়জিন্দুনা মানা ঐবু হন্না য়েংখিদরে।

( ১১ ) উপপতি = থবক পাংথোক্লবগীদমক মহুগী মরম পনবা হায়বা অহুবু উপপতি কৌই

খুদম :—মিহাৎপুংদা ! ( মহাক অসি মিহাৎপুংদা পুপ্রো )। মসিদা মহাকপু হাৎলুরো হায়বা পল্লি কোংদোকলি।

( ক ) ঐসে = নংনা শিরগা শিবা, হিংলগা হিংবা, অহুবু ঐবু হাৎলগা নংবু হিংহন্নসন্নু। নায়িকাগী মথরাই হিংনবা মরম অহু পল্লিবাসিবুনী।

(১২) আশংসা—ঐনা নিংজবা পোৎ থৌরম কংনবা হায়জবাবু আশংসা কৌই।

খুদম :—আশি হায়বা অলঙ্কারদা মুংশিবা মীহুনা মানা পাম্বা পোৎ অদু কংনবা হায়জবহৃদুনী। আশংসা অসিদনা পামহুনা নিরিবা মশামক্কা হায়জবহৃবু খংগনী। মালতি-মাধব নাটক-তা মাধবনা হায়রি কামদেবগী য়াইকনবগী লৈকম ওইরিবা মাইথোং অহৃবু অমুক হন্না উথিগনী। মাগী মালতি মুংশিবীহৃবু হায়জবনী॥

অধ্যবসায়—তৌগদবা থবক লেপ্পা অহৃবু অধ্যবসায় কৌই।

খুদম :—প্রভাবতি নাটক-তা বজ্রনাথনা হায়খি হুসি ঐগী গদা অসিনা মাগী মথবাক থুগাইরগা নংগী নমাংসিদা মর্ত অমম্ভুং পতাল্ থাইদোকলগদবনী। ম'সদ য়াশকপা অসি অরেপনী; মসিবুনী।

বির্সপ—হান্না হৌরবা কন্নবা থবক অহুগী মরমদা থোকলকপা থৌরম অহৃবু কৌই।

খুদম :—বেণীসংহারদা দ্রোনগী মশম চিংলুবদগী থোক-লকপা কন্তবা থৌদোক অহৃবুনী।

(অথুপা য়ারম অমা থোকপবু ক্ষিপ্ত কৌই)।

দ্রোণাচার্য্যবু—ধৃষ্টদ্যুম্ননা মশম পাইদুনা, থাংনা কক্‌থিবা অহৃদগী পাণ্ডবকী লেমহৌবা লানমী রথি পুমনমক অশ্বত্থামান হাংখিবা অসি বির্সপ লকনী।

উল্লেখ—তৌগদবা থবক অহৃবু মসিনী হায়না য়াবহৃবু উল্লেখ নাট্যালংকার কৌই (পনবা)

খুদম : সকুন্তলা নটক তা ঋষি মচা অনিহুনা দুষমন্তদা হায়রকই ঐথোইদি যজ্ঞগী শিংথিবা থোকচরকপনী

মাল্লিনী তোর্ববানদা কাশ্যপ ঋষিগী সকুন্তলানা শেমগৎপা আশ্রম উরি। করিগুম্বা থবক কাইরোইদবা লৈরবদি মকমত্তুদা লেংশিনবিত্নুনা অতিথীগী সেবা অহ লৌবিয়ু। মসিদা দুষমন্তনা অতিথী ওইবগী পল্লি মসি উল্লেক অলঙ্কারনী।

উংত্তজন - মশাগী থবক পাংনবগীদমক কন্না পুক্লিং থৌগৎনবগী দমক ভাংবা অদুবু উত্তেজন কৌই।

খুদম:—লক্ষণনা হায় হে ইন্দ্রজিৎ নংগী নমিং তাবদা কিনৈ অমাম্নুং কল্লি, অদুবু ঐবু কিদুনা নোংগী মরক্তা লোৎলিবসি ওস্তোরা তোল্লিদা।

ইন্দ্রজি পু ফোংনা থোরকনবা পুক্লিং থৌবা বাহৈনী।

পরিবাদ—থিনা চৈববু পরিবাদ কৌই।

খুদম:—বেণীসংহারদা—দুর্যোধননা সুন্দরাংদা হায়খি—তোংদা তোল্লিদা (সুত) সাথৌবা করি তৌরি পাপ চেল্লবা ভিম্না ঐগী ইনাউ পুক্লিং লাংতকনরবা দুঃশাসনদা করম্না ফত্তবা শাজং চৎলবা।

মসিদা দুর্যোধননা চৈরিবা অসিবুনী পাপ চেল্লবনদি মহাকনী অদুবু ভিমদা হায়জিনবসিনী॥ সুতদা দলাই থৌজিন্দ্রিবা করিগীনো হায়না চৈবা তাকলি।

নীতি— শাস্ত্রগী হৌনবী মতুং ইন্না তৌবা থবক অদুবু নীতি অলংকার কৌই।

খুদম:- সকুন্তলা রূপকতা দুষমন্তনা হায়খি তপবনদা লাইনিংকোম্দা চংবাসিদি নোনজবা ফিজেৎ শেত্তুনা চংকম থোকই। মসি শাস্ত্রগী হৌনবী মতুং ইন্না হায়বনী।

অর্থ বিশেষন—কনাগুম্বা অমাগী মায়োক্তা ঙাংলকপদা মহুককুনবা ঙাংলকপা অহুবু অর্থ বিশেষন কৌই।

খুদম :—সারঙ্গনা দুষমন্তদা আঃ করিনো রাজন তাকলকরিবহুবু করিবু ঐখোইনা ননশিনলবগে মহারাজদি চৎনবীদা নিংথিনা খংবিরবনী। মপুরোইবা নৈবি মুপীনা মপামদা লৈরবদি সন্তি ওইরবস্নু মীনা চিংনগনী॥ মুপী অহু মপুরোইবনা মুংশিরবস্নু মুংশিরবস্নু মপামদা মপুরোইবগী মনাক্তা থমনিংনি। মসি নিংথোনা সকুন্তলাবু পুশ্রো হায়বদা হায়রকলিবা রাত্তু ককুনবা হায়রকপনী

প্রোৎসাহণ— পুক্লিং থোগৎপা রানা কনাগুম্বা অমাবু শিজ্জিনবরবু প্রোৎসাহণ কৌই

খুদম :—বালরামায়নদা বিশ্বামিত্রনা রামদা হায়খি হে বৎস মরোল অহুমগী অরাব কোক্লনবনিদমক কালরাত্রি অমা বা আহংগী মতৌগুম্নবা তমথীরবী তাডকা অসিবু চিংনবা লেভনা হাৎলু।

মসিদা মরোল অহুম্নু য়াইফনবা রামগী পুক্লিং থোগৎপনী, রামনা মুপী হাৎপগী চিংনবা অত্র কোকনবা রাহৈনী।

সাহায্য=অতোপ্পা অমাগী খুদোংথীবদা মহুবু কোক্লবা হোৎনবা ভৌবা অহুবু সাহায্য কৌই।

খুদম :— বেণীসংহারদা অশ্বত্থামানা কৃপাচার্য্যদা হায়খি গুরুস্নু ঙসিদি নিংথোপী নাক্তা লৈবীয়ু।

কৃপা :—মসি ঐ রাশক্কে হায়না নিংলি।

মসিদা লানগী য়াম্না খুদোংথিরবা মতমদা কৃপাচার্য্যনা দুর্য্যোধনগী মতেং পাংগে হায়রকপা অসিনী।

অভিমান—ঐ মঙাইরে হায়না নাপল তৌববু অভিমান কৌই।

খুদম :—ইমা ! নংনা অরাব রা হায়বসি নঙোন্দদি মতিক চাদে দুর্য্যোধননা হাই

অনুবৃত্তি—নোল্লুকপগা লোইননা চংজববু য়াববু অনুবৃত্তি কৌই।

(ত) সকুন্তলা নাটক-তা দুষমন্তনা হায়রি ইবেশ্মা লাইনিংবা হেনগৎলিদনা। অনুষায়ানা খুমই অতিথী অথোইবা লাক্লুনা লাইনিংবা হেনগৎলে। মসিদা রাহৈদনা নোল্লুকপা অহু কো'দোক্লি।

উৎকীর্ত্তন / নাট্য লংকার } হৌঅবা হিরমু সন্দোক্লা তাকপবু উৎকীর্ত্তণ কৌই।

খুদম ঃ বাল রামায়ন নাটক-তা রাম্মা সিতাবু লংকাদগী পুরক্লুনা অযোধাদা হল্লকপদা শজি মিত্তা মানবী হে ! সিতা ইন্দ্রজিৎনা ঐগা লক্ষনগবু নাগপাশনা পুনথি লক্ষনবু শক্তি শেননা থাল্লুনা রাম্বপ্রবদা হনুমান্না গন্ধমাজন পুরকপনী

যাজ্রা—মশানা দুতগী মচিন্দগী হায়জরবদি; মদুবু যাজ্রা (হায়জবা) কৌই।

খুদম ঃ—অঙ্গদনা হায়থি হে রাবন হৌজিমক সিতাদেবীবু হনুনা পিরো থৌজান হৈবা রামচন্দ্রনা নংবু চানবিগনী, নত্রবদি নকোক ময়ামদু লৌরগা য়োংশিংনা ফিবুল হাবি সান্নগনী। মকম অসিদা দুতকী মচিন্দগী রাবনদা হায়জবা অহু কোংদোকই।

মশানা হায়জবদি—রামনা হায়জরি হে লঙ্কেশ্বর নঙ্গো সিতাবু পিরো !

পরিহার হায় তৌখিবা মতিক চাদবা লমচৎপু ঙাকপিন্নু হায়ববু পরিহার কৌই।

খুদম :—বালিনা তুরবদা রামচন্দ্রদা হায়খি ইবুংঙো নংগী থেন্না ঐঙোন্দা পানবদা রারবহুনা মতিক চাদবা রা খর হায়জখি রারৌবিন্নু ইনাউ নিপা সুগ্রিববু লৌশিনবিয়্ন মসিদা বালিনা রামদা অয়াকপ রাহৈ খর হায়খিবদো হায়জরকপগুবুনী

নিবেদন :— তৌগদবা থবক অমাবু থৌশাদ্রগা মতৃদা অমুক তৌরকপা মতুগী হায়বত্তবু নিবেদন কৌই।

খুদম :—লক্ষননা বামদা হায়খি যাম্বুং ইবুংঙো সমদ্রুদা হায়জনবা থৌরাং তৌবিদ্রীবরা ? অসিবু করনো ! মসি থৌশাদৌদ্রগা হায়রকপবুনী

প্রবর্ত্তন—করিগুম্বা থবক অমাবু লিংথিজনা হৌববু প্রবর্ত্তণ কৌই।

খুদম : বেণীসংহারদা যুধিষ্টিরনা হায়খি কঞ্চুকি ( শিনলাং বানী রাইশিংপী ) ভগাবান শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা ইকাই খুম্নবা উৎপনা ইনাউ ভিমসেনগী যাইফনবগীদমক নিংথিনা শেমশারো শিন লাংলো !

অধ্যান—হৌরবা থৌদোক্কী মরমদা হায়রকপবু অধ্যান কৌই।

খুদম : বেণীসংহারদা লৈপাক অসিদা য়েক্লবগী ঈতনা লোখোং চেনখিবনী।

( মশাগী হায় থোকখিবগী মরমদা ঙাংববু উৎকীর্ত্তন, অতোপ্পাগী থৌদোকী ঙাংববু অধ্যান কৌই )।

যুক্তি :—ফিবম থোইদোকপা অমা থোরকপদা করি তৌগদগে হায়না লেপ্পা অহু যুক্তি অলংকারনী।

খুদম :- বেণীসংহারদা—লানফম অসি থাদোকলগা শিরগনী হায়বা অকিবা লৈত্রবদি মফম অমাদা চৎপশি ঘুক্তি ওই জিবানা শিবা শোইত্রবদি লান থাদোক্তুনা করিগী মিংচৎ থিহনগদগে পুন্সি মাংহনবা শোইত্রবনী ভাকতুনা লান তৌগদবগী লেপসি যুতিগী মওংনী।

প্রহর্ষ :- য়াম্না নুংঙাইমনবাহুবু প্রহর্ষ কৌই।

খুদম :—সকুন্তলাদ নিংথৌনা হায় হৌজিক্কি এগী নিংবা থুংলবনিনা ঐনা ইশাবু করিগী থাগৎচরোইদগে। (অভিনন্দ) মাগী কুইনা থাইনরবা মাচাগা নুপীগা ফংবদুদা হৃষমত্তুনা হায়খিবনী॥

(ম) শিক্ষা—পাউত্তাক পিববু শিক্ষা উপদেসন কৌই।

খুদম : সকুন্তলা নাটক তা মতানা সকুন্তলাদা হায় আশ্রমদা লৈবা মীশিংনদি অথোইবা অতিথিবু লুনা তৌদনা ইনিং ভৌনা চৎফম থোক্তে। মসিদা সকুন্তলাবু শিক্ষা পিবা অসিবুনী।

নাটক্কী লক্ষনগা অলঙ্কারগা অমাত্তা ওইবরস্থ মওং মতৌদা খেন্নবা অদু হায়রগে করম করম্বা পোৎনা গুণ, অলঙ্কার, ভাব, অমাম্বুং সন্ধিগী মনুং চন্নি মহৃদি।

কবিনা নাটক ইবদা চংগদবদি — পঞ্চসন্ধি (সন্ধি মঙা) চতুর্বৃত্তি (বৃত্তি মরি) চতুঃষষ্টি অঙ্গ (অঙ্গ ৬৪) লক্ষণ ৩৬ য়াউবা অলঙ্কার লৈগনী (ছত্রিশ অলঙ্কার) লৈগনী শৃঙ্গার অমাদি বীর রস, মহানভোগ (বিলাস হারাউ নুংঙাইবা) উদাত্ত রচনা (নেমলপ ময়াই ওইনা লেংবা) মহাপুরুষশিংগী অফবা লমচৎ অথোইবা শাজৎ মীনা

পামনবা, সন্ধি নিংথিজনা য়াউবা নাটকশিং অমুদা ভাবুকনা য়েংবদা নুংঙাইবা ইরাই লাইনা থংবা ওম্বা ওইগদবনী।

লাশ্যাঙ্গগী মরমদা হায়গে লাশ্যাঙ্গ মথল তরানি মমুদি :—

(১) গেয়পদ (২) স্থিতপাট্য (৩) আসীন (৪) পঙ্গগণ্ডিক (৫) প্রচ্ছেদক (৬) ত্রিগূড (৭) সৈন্ধব, (৮) দ্বিগূঢ় (৯) উত্তমোত্তমক (১০) উক্তপ্রত্যুক্ত মথল তরা অসিনী॥

(ষ) গেয়পদ—বীনান চিংবা তার যন্ত্র বাদ্য যন্ত্রশিংবু মাংদা থমলগা লাইগী মনাক্তা ফমহুনা অশেংবা সঙ্গিতকী আলাপ ভোবাহুদু গেয়পদ কৌই

খুদম :— মলয়বতি-না গৌরিগী লাইশংদ বীনা খোংলি হে গৌরি! নহাকী কুচুদি মকা ফন্না শাংলবা থম্বাল লৈরিক্কি লৈকোনগুম্বনী হে ভগবতি নংগী থৌজালদগী ঐগী নিংজবসি থুংহনবিয়ু।

## লাশ্য

স্থিতপাট্য :—নায়িকানা মচেৎ মচেৎ ওইনা ঙাংবা রাঙাংবু স্থিতপাট্য কৌই।

খুদম : - সকুন্তলা নাটকতা নিংথৌগী মকমদা সকুন্তলানা কামনা শুন্নাংথিহুনা হায়খি।

তুঝ ঝণ আণে হি অ অং= (নং ···· ···· না লুম - না লাক ···· ···· লে)॥

অভিনবগুপ্ত পাদনা হায় পুক্নিংগী লাংতকননা ঙাংলকপা সাউবদগীমু হায়রকপা মতং মতং ওইবা রাঙাংবু স্থিতপাট্য ওইগনী।

আসীন — নায়িকানা অরাবানা থুমহৎলবীনা ফিজেৎ লৈতেং য়াউদনা মফিমরোল নিংথিজরবীনা বীনা খোংহুনা ঈশৈ শকহুনা লৈববু - আসীন কৌই

পুষ্পগণ্ডিকা = নুপানা নুপী শাহুনা নুপীনা নুপা শাহুনা ওননা ভৈননা মাংদা বাদ্য যন্ত্র থমহুনা ঈশৈ শকপবু পুষ্পগণ্ডিকা (লাশ্যঙ্গ অভিনয়) তৌববু কৌই।

প্রচ্ছেদক — নায়িক অহুনা মপুরোইবহুনা অতোপ্পা নুপিদা কোইরে মাবু থাওইবিদরে খন্দুনা বীনা যন্ত্র পাইহুনা ঈশৈ শকপবু প্রচ্ছেদক লাশ্যঙ্গ কৌই।

ত্রিগূঢ়ক = নুপা (পাত্র) অহুনা নুপীগী ফিজেৎ শেত্নুনা শদ্মবেষী ওইহুনা অভিনয় তৌববু ত্রিগূঢ়লাশ্য কৌই।

খুদম : -মালতি মাধব নাটকতা মকরন্দনা হায়খি (ঐ· মালতি ওইরে। মসিদা মকরন্দ অসি নুপানী মালতি অসি নুপীনী। ফিজেৎ ওনবনী।

সৈন্ধব—হায়নখিবা মফমদা নায়িকা অহু লাক্রুবদা সঙ্কেত কাইর·বহুদা নায়ক অহুনা বীনানাচিংবা খোংহুনা সঙ্কেত তৌরবদি সৈন্ধব লাশ্য কৌই।

খুদম :—বিক্রম উর্ব্বশি নাটক তা নিংথৌনা হায়খি কদায় নংদি? ঈশৈদা থাহুনা শকপা লাক্রুবহুদা মতোন্না শোনবা গুস্থানী (প্রাকিতভাষানী)।

দিগূঢ়—সঙ্গিত অহুদা খোকম ভাংকক মরি খাইদোকপা অমাসুং মুখ—প্রতিমুখ সন্ধিদা লৈবা রস ভাবনা তিল্লবা সঙ্গিতপু দিগূঢ় লাশ্য কৌই।

পদ মরি য়াউবা অরাই অথুম য়াউবা রস অমাম্মুং তাখনা মপুং ফানা য়াউবাবু কৌই।

উত্তমোত্তমক—সাউবা অমাদি নুংশিবদগী অথোইবা রস য়াউরবা মীচৈ থোরকপথু উত্তমোত্তমক লাগ্র কৌই।

থূদম :—বিক্রম উর্ব্বসিদা নিংথৌনা হায়খি শাউনা - হিম আহি অপি অ অহ্নকুখ আ সরবরএ অম্নগ্না।

উক্তপ্রত্যুক্ত—মমাংদা হায়গ্রবা কৈরেং ছুরেং খনবা নিংথিবা শৈরেং শেম্বা অরাই অথুম তৌবা চৈববু মীনম্বনী হায়না নিংবা হরাউবনা তিল্লবা সঙ্গিতভুবু উক্তপ্রত্যুক্ত কৌই॥

# দশ রূপক

রূপক ১০গী মশক্তা চংগদবা মচাকশিং

| | রূপক | রস | বৃত্তি | সন্ধি | নায়ক/নায়িকা | অঙ্ক | খুদম |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| ১ | নাটক | বীর, শৃঙ্গার, সান্ত। | কৈশিকী, সাত্বতী | মুখ ১স্তুং নির্বহন | নিংথৌ, রাজর্ষি লাই, ব্রাহ্মণ, ললোম্বা | ৫ দগী ১০ দগী চেনশোইদবনী | অভিজ্ঞান শকুন্তলা |
| ২ | সমবকার | বীর | সাত্বতী | বিমর্ষ সন্ধি য়াউরোই। | লাই-হংচাবা | ৩ | অমৃত মন্থন সমুদ্র মন্থন |
| ৩ | ডিম | রৌদ্র | আরভটী | বিমর্ষ সন্ধি য়াউরোই | নায়ক :— লাই, গন্ধর্ব হিংচাবা, ভুত-প্রেত, হেলোই, | ৪ | ত্রিপুরদাহঃ |
| ৪ | ব্যায়োগ | বীর ১স্তুং রৌদ্র | সাত্বতী ১স্তুং আরভটী | বিমর্ষ সন্ধি য়াউরোই | অশাউবা ১স্তুং মীকোক থোংবা মীশকনা ওইগনা | ১ | সৌগন্ধিকা হরণম্ |
| ৫ | ইহামৃগ | বীর ১স্তুং রৌদ্র | সাত্বতী। আভরতা। | গর্ভ, বিমর্ষ সন্ধি য়াউরোই | ধীরোদ্ধত মা, লাই। | ৪ | কুসুমশিখর বিজয়াদি |
| ৬ | ভাণ | বীর | ভারতী | মুখ ১স্তুং নির্বহণ | লৌনস্বা মীশক | ১ | লীলা-মধুকর। |
| ৭ | প্রহসন | হাস্য | ভারতী | নির্বহণ | লাই, লাইনিংবা, ব্রাহ্মণ, মমিং লৈবা মীশক | ১ | হাস্য-চূড়ামনি |

# দশ রূপক

রূপক ১০ গী মশক্তা চংগদবা মচাকশিং

| | রূপক | রস | বৃত্তি | সন্ধি | নায়ক/নায়িকা | অঙ্ক | খুদম |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| ৮ | বীথী | শৃঙ্গার | কৈশিকী | মুখ ১স্নুং নির্বহন ॥ | অকাউবা মীশক, | ১ | মালবিকা |
| ৯ | অঙ্ক | করুণ | ভারতী | মুখ, নির্বহন | মী খুঁদিংমক | ১ | শর্মিষ্ঠ যযাতি |
| ১০ | প্রকরণ | শৃঙ্গার | কৈশিকী | মুখ নির্বহণ | ব্রাহ্মণ ললোনবা | ৫দগী ১০ কাউবা। | মৃচ্ছকটিকম (শুদ্রক) |

উপরূপক ১৮ "অষ্টাদশ উপরূপক" উপরূপক ১৮ দা চংগদবা মচাকশিং ঃ

| | | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| ১ | নাটিকা | শৃঙ্গার | কৈশিকী | ৫ | অকাউবা, মীশক | ৪ | রত্নাবলী (শ্রীহর্ষ) |
| ২ | প্রকরণিকা | শৃঙ্গার | কৈশিকী | ৫ | ব্রাহ্মণ, ললোম্বা | ৪ ৫।৭।৮।৯ | অথুপ্প ামওংদা ইবা |
| ৩ | ত্রোটক | শৃঙ্গার | কৈশিকী | ৫ | অকাউবা-মীশক। | | বিক্রমোর্বশীয়ম্ |
| ৪ | শিল্পক | সান্ত, হাস্য শৃঙ্গার | কৈশিকী ভারতী | ৫ | ব্রাহ্মণ, অথোইবা-মীশক | ৪ | কনকাবতী মাধব। |
| ৫ | দুর্মলিকা | শৃঙ্গার | কৈশিকী ভারতী | ৪ | অতোনবা মহৈয়াল্লবা, মীশক মীচম। | ৪ | বিন্দুমতী |

# অষ্টাদশ উপরূপক

উপরূপক ১৮গী মশক চংগদবা মচাকশিং

| | উপরূপক | রস | বৃত্তি | সন্ধি | নায়ক/নায়িকা | অঙ্ক | খুদম |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| ৬ | নাট্যরাসক | শৃঙ্গার অমাস্থং হাস্য | কৈশিকী | মুখ অমস্থং নির্বহণ ॥ | নায়ক ধীরোদাত্ত নায়িকা বাসকসজ্জিকা | ১ | বিলাসবতী |
| ৭ | উল্লাপ্য | হাস্য অম'স্থ' শৃঙ্গার, করুণ | কৈশিকী অম্স্থ' ভারতী | অরোনবা | নায়ক ধীরোদাত্ত | ১ | দেবী মহা-দেবম্, |
| ৮ | কাব্য | হাস্য অমাস্থং শৃঙ্গার | আরভটী | গর্ভ, বিমর্ষ হীন। | নায়ক নায়িকা অনিমক উদাত্ত অরাংবা থাক্কী-মীশক | ১ | যাদবোদয় |
| ৯ | শ্রীগদিত | অরোনবা অথুপ্পা, | | গর্ভ, বিমর্ষ হীন। | নায়ক অচৌ অশাং, নায়িকা-অকাউবা মমিং লৈবী। | ১ | ক্রীড়ারসা-তলম্ |
| ১০ | হল্লীশ | শৃঙ্গার | কৈশিকী | মুখ, অমাস্থং নির্বহণ | নায়ক মুপা ১ নায়িকা ৭।৮।১০ | ১ | কেলিরৈব-তকম্ |
| ১১ | ভাণিকা | শৃঙ্গার | কৈশিকী অমাস্থং ভারতী | মুখ, নির্বহণ | নায়ক-অতোনবা নায়িকা মমিং লৈবী মুপী। | ১ | কামদত্তা |
| ১২ | সারক | শৃঙ্গার | কৈশিকী, ভারতী | মুখ, নির্বহণ | নায়িকা অকাউবী নায়ক অপংবা | ১ | মেনকাহিত্তম্ |
| ১৩ | প্রেংক্ষণ | কোংদোক্তবা অথুপ্পা | বৃত্তি মরিমক লৈপনী | মুখ নির্বহণ | নায়ক অতোনবা মীশক। | ১ | বালিবধ |

## উপরূপক

| | উপরূপক | রস | বৃত্তি | সন্ধি | নায়ক/নায়িকা | অঙ্ক | খুদম |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| ১৪ | প্রস্থান | শৃঙ্গার | কৈশিকী অমাসুং ভারতী। | অয়োনবা | নাঁয়ক-মীনাই নায়িকা মীনাই সুবী। | ২ | শৃঙ্গারতিলকম্ |
| ১৫ | বিলাসিকা | শৃঙ্গার | কৈশিকী | গর্ভ, বির্মষ অতোনবা | নায়ক অতোনবা মী.শক | ১ | অথুম্না ওইগনী। |
| ১৬ | সংলাপক | শৃঙ্গার, করুণ | সাত্বতী, আরভটি | অয়োনবা | নায়ক চন্ডাল-কন্তবা মীশক | ৩/৪ | মায়াকপালিকম্ |
| ১৭ | সট্টক | অদ্ভুত | কৈশিকী | ৫ | নায়ক বিখ্যাত অকাউবা মমিংলৈবা মীশক | ৪ | কপূরমঞ্জরী |
| ১৮ | গোষ্ঠী | কাম | কৈশিকী | ৩ গর্ভ, বির্মষ, অতোনবা। | খুনুংগী মীশক | ১ | রৈবতমদনিকা। |

রূপক তরাগী শকওং :—

১। নাটক=শকম ২। প্রকরণ=খুৎশেম ৩। ভান=অঙাউ অকৈগী বা ৪। ব্যায়োগ=অফাউবা নিপাগী মরম ৫। সমবকার=য়ামদবা থৌদোকতা লাইহিংচাবগী ৱারি ৬। ডিম=মিত্রংগী বা ৭। ইহামৃগ=অক-ফত্তা ভিনশিন্নবা ৮। অঙ্ক-মীচমগী মরমদা ইবা।
৯। বীথী—অমথক্তা লিংখৎপা, থৌরম অমত্তা।
১০। প্রহসন—নোক্ন হায়নতা ওইবা (করেম কথাইনবা)।
নাটক অহূদা পাতকস্তান ৪ য়াউবা অঙ্ক ১০ য়াউবা নাটক অহুবু মহানাটক কৌই।

থূদম :—বালরামায়ন।

(র) প্রকরণ রূপককী বা হায়রি :—

১। প্রকরণ রূপক—লেংগদৌরিবা নাটক অদু পৃথীবী অসিদা থোকপদি য়াবা অদু কবি মশাগী কল্পনাদগী থোকদবনী, পুরান ইতিহাসনা চিংবদা থোকখিবা থৌদোক অদু য়াউ রোইদবনী। ২সিদা শৃঙ্গার রসনা মরু ওইগনী নাটক অদুনা ব্রাহ্মণ অঙম অথৌ অচৌ-অশাং মীওই ওইগদবনী। ললোনবা অচৌবা মীশক ওইগনী। নাটক অদুদা থিরপ্রসান্ত নায়ক ওইগনী, ধর্ম্ম, অর্থ, কাম, র্বগ অহুম অসি য়াউ-গনী নায়ক বীপ্রনায়ক, অমাত্য নায়ক, বণিক নায়ক ওইগদবনী।

থূদম : বিপ্রনায়কী—মৃছকটিদা চারুদত্তনা, মালতি মাধবতা মাধবনা, অমাট্য নায়কনী (অঙম অথৌ) বণিকনায়ক—পম্পাভুবিত ॥

মাধব অসি মন্ত্রিমক্তি নত্তে মন্ত্রিগী মচানী প্রকরণ রূপক অসিদা শৃঙ্গার রসনা প্রধান ওইগদবনীনা অচৌ অশাংনা ওইগদবা ওইরবস্তু অহম্না শৃঙ্গারদা ওইবা ওইথোক্তে অথুনা মচা মুপা মাধবপু ওইহনবনী। তৌইশুঙ্গাস্নুং মাধব অসি ভুংদা মন্ত্রি ওইবগী রাকম লৈবনা মাধবনা রূপক অসিদা নায়ক ওইবনী॥

১। মরম অমাদনা প্রকরণ অমাদনা বেশ্যানা নায়িকা ওই।
২। করিগুম্বা " " যুমগী নুপীনা " "
৩ " " " যুমগী নুপী, বেশা অনিমক্না নায়িকা ওই. প্রকরণ রূপক অসি মখল অহুম থোকই। লৌনম তৌবা কত্তবা চরিত্র (জুৱারি ধূত) ওইবা পাত্র খর হাপকনী যুমগী নুপী, বেশানা নায়িকা ওইবা প্রকরণদা।

খুদম :— (১) পুষ্পভূষিতদা যুমগী নুপীনা নায়িকা ওই।
(২) তরঙ্গ বৃত্তি – বেশানা " "
(৩) মৃচ্ছকটিক তা বেশানা, যুমনুপীনা " "

২। ভাণ রূপক লৌনম তৌবা চরিত্র য়াউগ-ী মখল মথ-অয়াম্বা মীগী ৰননা তৌগনী অংক অমত্তা ওইগনী। রূপক থৌনা ফবা লাইবক ফবাগী মরমদা বীর অমাস্নুং শৃঙ্গার রসদা তাক্কনী। ভাণ অসিদা কবি কল্পনা ওইগনী পুরান ইতিহাসতগী ওইরোই। ভারতী বৃত্তিদা ২পুং ওইনা ইগনী মুখ অমাস্নুং নির্বহণ সন্ধি অনিসি লৈগনী লাশ্যাঙ্গ ১০ য়াউগনী। off তগী ঙাংলকপা য়াউগনা মচুবু অরাই অথুম তৌগনী, নত্রবদি off তগী হায়-রকলিবহু ভাবুত্তা রাখল ইচেল লৈত্রবদি পাউথুম পিবদা যুগোৎচারোই। লাইবক ফবা নুপা, লাইবক ফবী নুপীগী

ব্রারম য়াউগনী থৌনা কবা মুপাগী ব্রারম য়াউগনী। ভারতী বৃত্তি ওইগনী ভৌইগুবত্মুং করিগুম্বদা কৈশকী-বৃত্তিস্থ য়াউবা য়াই। কৈশকীবৃত্তি য়াউবগী খুদমদি লিল্লা মধুকর নাটকশা ওই।

ব্যায়োগ রূপক পুরাননাচিংবদা কাউরব মুপীগী লমচৎতু খর লৈগনী, গর্ভ মুং বির্মষসন্ধিদি য়াউরোই নিপা ময়ামগী চরিত্র য়াম্না য়াউগনী অঙ্ক অমত্তা ওইগনী। লাল খংন চৈনবা অদু মুপিগী মরমদগী ওইরোই কৈশকী-বৃত্তিদি মুকয়াউ য়াউরোই, রূপক অসিদা রাজঋষি অদুগা ধীরোদ্ধত নায়ক ওইগনী, হাস্য, শৃঙ্গার, শান্তরস য়াউরোই অতৈ রসদি য়াউবা য়াই।

খুদম :—সৌগন্ধিকাহরননী।

সমবকার রূপক—পুরানগী ইতিহাসগী ওইবা য়াউরবা লাইহিংচাবগী বা য়াউরি বির্মষ সন্ধি য়াউরোই অঙ্ক অহুম লৈগনী ১বা অঙ্কদা মুখ, প্রতিমুখ সন্ধি লৈগনী ২বদা গর্ভসন্ধি লৈগনী ৩বা নির্বহণ সন্ধি লৈগনী। ধীরোদাত্ত লক্ষণনা ভিনবা পাত্র ১২ লৈগনী মখোই খুদিংমকনা তোঙান তোঙানব মহৈ থোকদবদু হায়গনী বীর রসনা মকোক ওইগনী অতৈদি খরদং য়াউগনী।

ভারতীবৃত্তিনা ভিনবা বৃত্তি পুম্নমক লৈগনী কৈশিকীবৃত্তিদি খজিক্তং য়াউগনী। বিন্দুপ্রবেসক ( চংবা থোকপা ) য়াউ-রোই বীথাঙ্গ ১৩ লৈগনী ময়েক ৬ লৈবা গায়ত্রি অমাস্তুং উষ্ণিকু সন্দ ৭ ওইবা লৈগনী ( পদ্য সন্দ ওইগনী হায়বনি )
সরনা শৃঙ্গার মখল ( ৩ )
কপোত লৌনম " ( ৩ )

করেমনবা বিভ্রব মখল (৩) লৈগনী।

| | | |
|---|---|---|
| নাড়ি | ১বা অঙ্কদা—নাড়ী (১২) (দণ্ড ২৪দা) | |
| মতমগী | (দণ্ড মিনিটনা ২৪ দণ্ড ১ নী) | |
| অশাংবা | ২বা অঙ্কদা নাড়ী পুং (৪) | |
| | ৩বা অঙ্কদা নাড়ী পুং (২)। | |

ধর্ম্মা অর্থ কাম থেন্নবগী মতুং ইনা শৃঙ্গার মখল অহুমনি। মহৃদি (১) ধর্ম্মা শৃঙ্গার (২) অর্থ শৃঙ্গার (৩) কাম শৃঙ্গার॥

কপোত (লৌনমবা) মখল অহুমনী (১) স্বাভাবিক (মহৌশা)।

কৃত্রিম্ (তোগে শেম্বা দৈবজ (থৌদোক্‌' ওই.খব), বিভ্রব মখল অহুমনি (১) অচেতনকৃত (খংহৌদনা-তৌবা)।

চেতনকৃত (খংনা খংনা তৌবা) চেতনাচেতনকৃত—(খংনা অমাঙ্গুং খ'দনা তৌবা)।

ধর্ম্মা শৃঙ্গার—সাত্রগী মর্যাদা হৌনবী মতুং ইন্না তেংবা অংবু ধর্ম্মা শৃঙ্গার কৌই

অর্থ শৃঙ্গার—শেল ফংননবগীদমক রাখলনা শেমগৎতুনা-(পরিকল্পনা) তৌববু অর্থ শৃঙ্গার কৌই

কাম শৃঙ্গার—নোক্লনবগীদমক তৌবা মীন' নোক্লবা তৌববু কাম শৃঙ্গার কৌই।

কাম শৃঙ্গার অসি ১বা অঙ্কদা লৈগনী শৃঙ্গার ২ অহুদি করিগুম্বা নিয়ম লৈতে। বিভ্রব লক্ষনদা (শকফম কাইবা) শামুনা চিংবদগী পোকলকপা অকিববু চেতনা চেতমবিভ্রবা-কৌই।

মীনা চিংবদগী অকিবা পোকলকপা অহুবু চেত্তনবিভ্রব কৌই।

মৈনচিংবদগী পোকলকপা অকিবাহুবু অচেত্তনবিভ্রব কৌই।

সমবকার রূপক কবি অহুনা য়াম্না শেমজিন্দুনা কল্পনাদগী ইবন্থুবুনী মহুগী খুদমদি সমক্রু মন্থন্নী॥

৫। ডিমরূপক—মায়া, ইন্দ্রজাল (মিত্রং) লাল, অশাউবা অমদি অত্তকপা, নাত্থনা, শাউবা, অসিনাচিংবগী লমচৎ ইবা, মুমিৎ, থা, থরানমিচাককী মরমদা ইবা গ্রহনগী মরমদা ইবা অহুগা হিরমশিং অহু অকাউবা ওইগদবনী মসিবু ডিমরূপক কৌই। রূপক অসিদা রৌদ্র রসনা মকোক ওইগনী; অতে রসশ্ম লৈগনা অঙ্ক ৪ লৈগনী, বিষকম্ভক, প্রবেষক লৈরোই চলিকা আঙ্কাবতার অকমুখ, লৈগনী। মসিদা লাই; গন্ধর্ব্ব যৈক্ষ রৈক্ষ, মহবক (লিনজাউ নাগ) ভুট প্রেত, পিশাস (ফিয়াং অথোবা) য়াম্না তমথিরবা নায়ক ১৬০ লৈগনী কৈশিকি নত্তনা অতে বৃত্তি লৈগনী বির্মষসন্ধি নত্তনা অতৈ সন্ধি লৈগন শান্ত, হাস্য, শৃঙ্গার নত্তনা অতৈ রস ৬ লৈগনী মসিদা ভরত মুনিনা হায়বদি ডিম-রূপকতি—ত্রিপুরদাহ নাটক্কী॥

ইহামৃগ বারেং অসি থরনা অকাউবা থরনা কাউদবা অচম্বা অসি তিন্নরা ইগনী অঙ্ক মরি লৈ, মুখ, প্রতিমুখ নির্বহণ সন্ধি অহুম অসি লৈগনী। লাইওইবা মীশিংনা (দিব-পুরুষ) নায়ক অমাস্তং প্রতিনায়ক ওইগনী........মথোই অহু মমিং চৎপা ধীরোদ্ধাত্ত নায়ক ওইগনী মপুক্লিংদা কয়া অপাম্বা লৈতবা ফজরবা মুপীবু হুরগা মনিং থুংনবা হোৎনৈ অশুম্বা হিরম অসিনা প্রতিনায়ককী শৃঙ্গার লৈবগী

মওং অদু থর উহল্লি; সর্গগী অমাদি মর্ত্তগী ( উদ্ধত্ত ) পুকচেল গুনবা নায়ক ১০ লৈগনী। হায়বদি য়েন্নবগী মশক ওইবা শাউমনখিদুবা অতোপ্পা ফিরম অমাদা শান্তি থমদুনা লাল অদু লেপকনী।

ইহামৃগ রূপক অসিদা মরুওইবা মুপাশিং অদুবু হাংপগী দণ্ডি হাংপমক মতিক চারবদু হাংলোই কনাগুম্বনদি অঙ্ক অমাত্তা লৈগনী হায় নায়ক অদু লাইগুম্বা মুপা ওইগনী হায়, কনাগুম্বা অমাগী মত্তা ইহামৃগদা মুপী ফজবা অমা লৈগনী, নায়ক তরুক লৈগনী মুপী অদুগীদমক লাল তৌনগনী।

বিশ্বনাথ কবিনা হায় অক-ফত্ত হায়বদি মাগী মত্ত অকাউবা অমাম্তুং কাউদবা য়াম্নবনী অতোপ্প অমা হায়বদি প্রতিনায়ক-ৗ পাতাকা নায়ক ভরা অসি নায়ক অমাম্তুং প্রতিনায়াক তিন্নরগা ওইগদবনী, মমিবু ইহামৃগ থোনবগী মরমদি নায়িকা অদু শক্তি অমোমগুম্না য়াম্না তাংনা ফংবা ওইগনী মসিদগী ইহামৃগ থোনবনী।

থুদম :- বুগুম শেখর বিজয়াদিনী॥

৭। অঙ্ক পরূক = অসিদা অঙ্ক অমাতমক লৈগনী নায়ক্তি অচম্বা য়াম্না য়াউগনী করুণ রসনা মরু ওইগনী মুপীশিংনা য়াম্না কপনা ভেংথগনী ইতিহাসকী কাউরবা হিরম অমাদগী কবিনা কল্পনাগী পাম্বৈনা শন্দোকনা ফোংদোকনী। "ভানরূপকী" মতৌগুম্না সন্ধি অনি লৈগনী প্রতিমুখ, মুখ সন্ধি, অনিসি লৈগনী ভারতী বৃত্তিনা মরু ওইগনী, কৈশিকীবৃত্তিদু থর য়াউগনী, লাণ্ডাজ ১০ লৈগনী নায়ক অমাদি প্রতিনায়কি ( জয় পরাজয় ) লানগুম মাইথিবা উৎকনী। লান্দি

য়াহৈতনা তৌনগদবনী খুংলাইনা নত্তে, মাইথিবা খংহনবা য়াহৈ য়াম্না শিজিন্নগনী। অঙ্করূপক অসি কনাগুম্বনা উৎসৃষ্টিকাঙ্ক কৌই।

খুদম :—শর্মিষ্ঠ যযাতি নী।

৮। (শ) বীথারূপক=রূপক অসিদা অঙ্ক ১ লৈগনী নায়ক ১ লৈগনী ন্যপথ্যদগী ঙাংহুনা অয়াই অখুম তৌহুনা শৃঙ্গার রস অতৈ রস তাক্কনী মুখ অমাসুং নির্বহণ সন্ধি অনি অমাসুং বিজবিন্দুনাচিংবগী অর্থ মঙা য়াউগনী, শৃঙ্গার য়াম্না লৈগনা অহুনা কৈশিকী বৃত্তি ওইগনী, অর্থ য়াম্না চেনবা য়াহৈ ঙাক্তা ওইগনী বীথীদা অঙ্গ ১৩ লৈগনী। অঙ্গ ১৩ অহুদি – (১) উদঘাত্যক, (২) অবলগিত (৩) প্রপঞ্চ (৪) ত্রিগত (৫) ছল (৬ বাকুকেলি (৭) অধিবল (৮) গণ্ড (৯) অবশুন্দিত (১০) নালিকা (১১) অসৎপ্রলাপ (১২) ব্যাহার (১৩) মৃদব- (মার্দ্দব)।

উৎঘাত্যক, অবলগিত-গীদি প্রস্তাবনাগী মতাংদা নৈনপ্রে অহুনা মথাগী মিং অসিগী হায়রগে।

প্রপঞ্চ=মীশক অনিনা মীয়াম্না নোকনবা ওইদবা য়া পংঙাং ঙাংনববু প্রপঞ্চ কৌই।

খুদম :—বিক্রমউর্ব্বসিদা বিদুষকা (কাগিপুবা) চেটিগা সাট মথক্তা কাচিন অমাদা ঙাংনবা অহুনী।

(য) ত্রিগত=শ্রুত সব্দগা (ভাবা) মান্নবা অর্থ মথল কয়া মরুমগী কল্পনা তৌরবদি ত্রিগত কৌই।

খুদম :—বিক্রম উর্ব্বসিদা নিংথৌনা হায়খি হে লোইবী চিংজাউ নহাক্না বনগী চেকয়া অসিদা ঐবু কাইনরবী তনৌ তনৌবী দুগী অমাবু উবরা।

( off ভগী খোঙেন অমা খোকহলি ) করি উরে হায়রবা ? তাবহুনা তানচানবদগী য়াহং অহুগী পাউখুম ওইনা তাগ্রে। মত অমাদা নট-নটি প্রতিনট অহুম অসি লৈগনী মরম অহুমদা হায়বগুবু ত্রিগত কৌই।

ছল—য়াহৈ অহু পামদবা থাঙ্গেশেংনা পামদবা য়া ওইরবস্তু হায়কেৎ তাবদা ? মুংশিবনী হায়না নিংবা কনাগুম্বু লোনম তৌববু ছল কৌই।

থুদম :—বেণীসংহারদা অর্জুনগা ভিমগনা হায়খি পাণ্ডবনা মখোইগী মনাই ওইবা চৌবর শায়বদা মিনম্বগী মপু ওইবা চাশং মৈ থাবদা নাপল তৌখিবা চুঃশাষন চিংবা মচিন মনাউ ১০০গী গুরুঅংগ রাজ কর্ণগা মরূপ দ্রৌপাদিগী মকি মশম চিংবদা হৈ-শিংখিবা দুর্য্যধন হৌজিক্কি কদায়দা লৈ হায়

ঐখোই শাউদুনা মাবু উনব লাকপা নত্তে শগৈ ওইবগী মুংশিদুনা উনবা লাকপনী।

মসিদা খারবা থুমলবা য়াহৈ কয়ানা দুর্যাধনবু গুপ্তাংনবা তৌবনী। কনাগুম্বনা তৌখিবা য়া পল্লদুনা নোকশিননবা শাউববু ছল কৌই।

(শ) বাককেলি—য়াহৈ অমা অনি অরাই অথুম তৌদুনা নোকুবা শেম্বা শিনবু বাককেলি কৌই। বাককেলিগী অর্থদি য়ায়বা হায়রগা পাউথুম অমাতনা লোইবা অহুবুম্ থংনৈ।

মহুদি—লম্বোইবা ইবুংঙো ! শা হায়রিবরা ?
থুদম :—বু য়াউত্রবদি শানা কৈদোগবনোদা।
কং :—অহুদি বুম্বু পাম্বীরিবোইরে।

খু :—পাম্মী হায়ববু বেশা য়াউগদবনীনে।

হং :—বেশাদি শেল পাম্মীনে নংগী শেলদি কদায় ?

খু :— জুরারদগী ছুরান্দুনা তাম্লিদনা।

হং :—নংবু জুরারম্মু ছুরানবম্মু তৌবরনে ?

খু :— লাইবকথিবা ঐখোইগীদি অদু নত্তনদি কদায়দগী য়াগদগে।

মসি হাস্য রস শেম্বদা ওই, কনানম্মু বাহৌরগা লোই-সিন্দরবম্মু কৌই। মতুদি চাক চারব্রা ? হা, চাক চাবা ? অসিগুম্বম্মু কৌই।

অধিবল :—নাপল দর্প) তৌহুনা মহৈ মহৈ রায়াম ঙাংনবা অদুবু অধিবল কৌই।

খুদম :—প্রভাবতি রূপক-তা ব্রজনাভনা হায়খি মথবাক অসিদি ?

প্রদ্যুম্না তোংবা হিংচাবা য়াম্না ঙাংলেদা ঐগী কল্লবা পাম্বোম অসিদা পাইরিবা তেল্ অসিদগী অশুরশিংবু ককথংসনু মখোইগী ঙনা পৃথি অসি তৈরসনু সংস্কৃত তা (দৈত্য = অশুর রাক্ষস মসি খর খেম্নৈ)।

২। গুহ্যা :—তশেংবা (প্রকৃত) হিরম অদুগা মরিদি লৈনবা অর্থদি তোগুডাম্না খংবা য়াম্না থুনা রাহৈ অমা ঙাংখোক খিবা অদুবু গুহ্যা কৌই।

খুদম :—বেণীসংহারদা নিংথৌনা হায়খি হে করভুক নংগী খাংগী লৈফমদি ঐগী খুকউ অসিদা, কঞ্চুকীনা - মহারাজ তেকলে তেকলে মসিদা দুর্য্যোধনগী খুউক থুদেকপগী রা অসি তাকলি মানা হাইরিবদি দোলাই তেকলে হায়গে

লাকপনী মতাং চাখিহনা খুকউ পল্লম্বা অদুগা মতাং চানখিবনী।

অবস্থন্দিত :—মানা পামজবা নিংলিবা অদু থংহনগে নিংহনা ঙাংলকপাদা অর্থ অমা থোকখিবা অদুবু অবস্থন্দিত কৌই

খুদম ঃ ছালিতরামদা সীতানা হায় বৎস্য হয়েং অযে ধাদা চৎকদবনী নিংথৌ অদুদা নোল্লুকপা উংকদবনী।

লব—ঐথোই নিংথৌ অদদা চংজদুনা লৈগনি।

সীতা—ইবুঙো মহাক্তি নখোইগী নপানী।

লব :—ঐখোইগী ইপা ?

সীতা—( চিংননা ) নত্তে নত্তে অতোপ্পা করিষ্ম চিংনরুমু মহাক্তি নখোইদগী নত্তেনে পৃথিবী পুম্নমক্কী মপানী।

রামবু লব কুশীদা মপানী হায়না ভাকনিংবনী অদুবু তোঙান্নবা অর্থ অমাদা পুহনা হায়রে মসিবুনী।

( ক ) নালিকা :—য়াম্না নোকনিংবা ( প্রহেলিকা ) পাখোং ভোনববু নালিকা কৌই। অকোংবা পাউখুমবু লোৎপা অদুবুনী।

খুদম :—রত্নবনী নাটকতা সুসঙ্গতানা হায় ইতা ! অসি অসিনীনে। মসিদা নিংথৌগীদমক লাকলিবনী হায়বা কোংদোকপনী। ( নোক্না নোক্না )।

অস্যপ্রলাপ :—রাহে অদু মরি শুকলৈ লৈনদবা কান্নবা রাদু অপংবনা লোবা ঙমনদবা অদুবু অস্যপ্রলাপ কৌই।

খুদম :—প্রভাবতি রূপক-তা প্রদ্যুম্ননা অম্রলতা উবগা। নিংথৌনা হায়রি, ওস্তোকপনী মহাক্কী শমলাংনা খোইমুগী মভোঙবা হকচাংনা মনম্ সুংশিবা চেনবা নাউইভোংগী

মতৌগুম্না থোংলবা, কোকিলগী খোঞ্জেনবু শুমজরবী তনৌবী (তননি) রস লৈরবী ঐগী মুংশিবিদু মকমসিদা লৈবরা ? মসিদা হৈনৌদা হংলকপনী পংগুাং-গুাংখিবনী।

মরি লৈনদবাগী পাউখুমগী খুদম: অপংবনা মাগী কান্নবা বা লৌদে মতুদি—বেনীসংহারদা দুর্য্যোধনদা হায়খিবদুনী

ব্যহার :— অতোপ্পা অমাগী কান্নবা ফংননবগীদমক পুক্লিং লাং-তরবা নাক্কদবা বাহৈ শিজিন্নববু ব্যহার বীথ্যংগা কৌই।

খুদম :—মালবিকাগ্নিমিত্রদা—জগোইগীদমক শেম শারবদা মালবিকা চংকে হায়রবদা বিদুষকক্পা হায়খি চংকনু নংনা তমলিবা নটে অসি লোইদনা চংকনু (মতুগী থৌরাং তৌরবদা গন্দাসনা বিদুষকতা হায়রকই অর্ঘ্য ! তৌগদবা থবক্পা কদি অকাইবা লৈরবনো ?

বিদুষক—অহানবদা ব্রাহ্মণ পুজা তৌ;
মালবিকানা মদু তৌদরে [মালবিকা হায়কেং নোকখি]
বিদুষক অসি ব্রাহ্মণনী ব্রাহ্মণ পুজা তৌ হায়বদুদা বিদুষকপুনী খংবদগী নোকখি]।
বাহৈশিং অসিদা মিহৌবা পোকপা বাহৈ শিজিন্নরি।

(ক) মৃদব :—দোষবু গুণ ওইনা লৌবা গুণবুনা দোষ কাওবা ওইনা লৌববু মৃদবব্যথংগ কৌই।

খুদম : - (১) হে মুংশিবী নংগা কাইনবসিদা ঐগী পুন্সিসি ওন্থোক্পা অরাবা মুংশিবা লৈতবা তমখিবা ওইরমই অহুবু হৌজিক্তি মদুনা অকবা ওইররে।
(হায়বদি নংগা কাইনবা অদুদা ঐনা হিংলমত্রবদি নংবু উবা ফংলরোই, মসিদা দোষশিং অদু গুণ ওইনা খংনখি)।

খুদম ঃ (২) মথোক কারকপনা নিংথিজরবী নাবিকানা ঐগী সুংঙাইবগী মশক ওইরমই অদুবু যৌজিক মাগা কাইনবদা অরাবগী মশক ওইরে (মশক মতৌ কংবচুনা অরাবনি)

বীথীরূপক - বীথীরূপকতা পরেং পরেং হায়বনি অদুনা বীথী রূপকতা কৈদোমদা পাম্বিশিংনা পরেং পরেং কৌই অদুনা বীথীরূপকতা রসনা পরেং পরেং লৈ অদুনা পরেং লৈবদগী বীথীরূপক কৌই।

খুদম :—মালবিকানী।

(৯) প্রহসন :— রূপক অসিদা ভানরূপককী মতৌগুম মুখ অমাসুং নির্বহন সন্ধি অনি লৈ য়াবা মমৈ সন্ধ্যাংগা, লাস্যাঙ্গ অমাসুং অংক তাবা লৈগনী। অদুগা কবিনা কল্পনা তৌবদা মথোংচাদবা মগী বারি লৈগনী। মসিবু প্রহসন রূপক কৌই

আরভিতিবৃত্ত বিষকম্ভক বৃত্তি পবেসক লৈরোই। নোকপগী শরুকনা হাস্যরসনা মকোক ওইগনী বীথ্যাঙ্গসু করিগুমদসু য়াউগনী। রূপক অসিদা তপষা; গন্ধর্বি, ব্রাহ্মণ অদুম অসিগী মমুংদা অমানা নায়ক ওইগনী, প্রহসন অসি মথল অহুমী। শুদ্ধ (অশেংবা) সংকীর্ন (খুয়েনবা) বিকৃতি (মওং কাইবা থিগৎপা) অসি লৈ।

(১) শুদ্ধ—লমহেনবা নায়ক অমা লৈবা অদুবু (মী-উশিত্তবা) শুদ্ধ কৌই।

খুদম :—কন্দর্পকেলিদা উগনী।

(২) সংকীর্ন প্রহসন—মী উশিত্তবা নায়ক নত্তবা অতোপ্পা নায়ক অমাগী লোৎচনা ইবা তারবদি মদুবু সংকীর্নপ্রহসন কৌই।

খুদম :—রুন্তচরিত ( মীহুগী লমচৎ )।

(গ) কনাগুম্বনা হায় খুষ্টনায়ক ( হায়বা ইন্দবা ) কী মরমদা ইববুম্ব কৌই, মসিদা অংক অমা নত্ত্রগা অনি লৈগনী।

খুদম :—লটক মেলকাদি নাটকতা উগনী।

ভারত মুনিনসু : হায় বেশা ( ওক্তবী ) চেট ( মীনাইশুবী ) ক্লীব ( কৈদা নপুংশক ) রিত। লোনম তৌবা ( স্বৎকর ) সেন্দোই চাবা অসিগী মরমদা ইরবদি মহুবু সংক্রন কৌই।

ক্লীব ( কৈদা ) কঞ্চুকী ( নিংথেমশুবী ) তাপস ( লাইনিংবা ) রিত চারন ( য়াকাইরোনশকপা ) বৃদ্ধ ( লানগী ) নাচিংবগী ফিজোন শেগুনা লোন শিজিন্নহুনা অভিনয় তৌবহুবু বিক্রীত ·হসন কৌই।

ভারত মুনিনদি তোপ্পা ইদে সংক্লিনদা অহুম চিংই।

---

উপরূক্কা মরমদা হায়রি মথল ১৮ নী।

( ১ ) নাটিকা ( ২ ) ত্রোটক ( ৩ ) সট্টক ( ৪ ) নাট্যরাসক ( ৫ ) প্রস্থান ( ৬ ) উল্লাপ্য ( ৭ ) কাব্য ( ৮ ) প্রঙ্কন ( ৯ ) রাসক ( ১০ ) সংলাপক (১১) শ্রীগদিত (১২) শিল্পক (১৩) বিলাসিকা (১৪) দুর্মল্লিকা ( ১৫ ) প্রকরণিকা (১৬) হল্লীশ ( ১৭ ) ভাণিকা (১৮) গোষ্ঠি ১৮।

( ১ ) নাটিকা :-কবিনা কল্পনা তৌহুনা লেংবা মুপিগী লিচৎনা য়াম্বা অঙ্ক ৪ লৈবা অহুবু নাটিকা কৌই। নায়ক ধীরললিত ওইগনী, অকাউবা নিংথৌ ওইগনী নায়িকানা

পুং ঊপৈ পাম্বী অনৌবা পোংশক পাম্বী নিংথৌগী মচা মুপী ওইগনা। নায়কনা মহিশি) মতু কিন্দুনা নায়িকাগা লোইননা কিনা চংকনী। মহিশিহু নিংথৌগী মচা ওইগনী ঙকাইথিবা ওইগনী, নায়িকাহুদগী চহি খর হনগনী। খোংথাং খুদিংগী ওইনচাউবী ওইগনী, অহুগা নায়িকা অহুগা নায়ক অহুগা উম্নবা অসিদা নায়িকাগী মখাপোনবা ওইগনী।

নাটিকা অসিদা কৈশিকী বৃত্তিনা চিংহুনা সন্ধি অতৈ লৈগনী বিমর্ষ সন্ধিদি খজিত্তুমক লৈনগী।

খুদম :— রত্নাবলি অমাসুং বৃদ্ধশালভঞ্জিকাদা উবা ফংগনী।

(স) ২। ত্রোটক উপরূপক অসিদা অঙ্ক মচা ৮/৭ লৈগনী। থৌদোক অসিদা অথোইবা নিপাগী দিব্যপুরুষ অমাসুং মীশিংগী মরমদা ইগনী অঙ্ক খুদিমক্তা বিদুষক য়াউগনী মসিগুম্বা অসিবু ত্রোটকপ্ররূপক কৌই শৃঙ্গাররসনা মরু ওইগনী মরমদি অঙ্ক খুদিংদা বিদুষক লৈগনী বিদুষকক্তা শৃঙ্গাররসগী পাম্বৈ ওইগনী

অঙ্ক ৭ লৈবা ত্রোটককী খুদম স্তম্ভিতরম্ভ-নী ৫ লৈবনা বিক্রমোর্বশিনী।

৩। গোষ্ঠীউপরূপক: অসিদা পাত্র ৯ নত্রগ ১০ য়াউগনী সংকৃত বাহৈ (কলচর ওইবা লেংগোইদা) শিজিন্নরোই। কৈশিকী বৃত্তি শিজিন্নগনী গর্ভ বিমর্ষ সন্ধি লৈরোই। স্ত্রীপাত্র ( A taess ) ৫/৬ য়াউগনী অঙ্ক অমাদদি কাম শৃঙ্গারনা মরু ওইগনী অসিগুম্বা উপরূপকপু গোষ্ঠি উপরূপক কৌই।

খুদম ঃ— বৈবতমদনিকা।

৪। সট্টক ঃ—উপরূপক অসিদা ৱাহৈশিং অদু চৎনবি ( কোলো কোইল ) ওইগনী বিসকম্ভক অমাসুং প্রবেষক য়াউরোই অদুরস য়ামন লৈগনী মতুং সট্টক কৌই। অঙ্কশিং অদুদা মমৈগী মনিংগী শিন ( জবনিকা ) শিজিন্নগনী হিরম অতৈ-দদি নাটিকাগী মতৌগুমগনী।

খুদম ঃ—কর্পূর মঞ্জুরি নী।

( ঙ ) নাট্যরাসক ঃ- অঙ্ক অমা লৈবা তাল অমাসুং লায় য়াম্না লৈবা ধীরোদ্ধাত্ত নায়ক ওইবা অদুগা উপনায়কনা পীঠর্মদ্দ নায়ক লৈগনী মসিবু নাট্যরাসক উপরূপক কৌই। শৃঙ্গার য়াউবা হাস্য রসনা মপুং ওইগনী। বাসকসজ্জা ওইবা নুপিনা নায়িকা ওইগনী মুখ ১ সুং নির্বহন সন্ধি য়াউগনী লশ্যঙ্গ ১০ য়াউগনী। কনাগুম্বনা হায় প্রতিমুখ সন্ধিদি য়াউরোই।

খুদম ঃ—মুখগা নির্বহনগা য়াউবদি নর্মবত্তিনী, সন্ধি মরি য়াউবা উপরূপকতি বিলাসবত্তিনী।

৬। প্রস্থান উপরূপকতা ঃ—নায়ক অদু মীনাইগী জাৎ ওইগনী। উপনায়ক অদুনা নায়ক অদুদগী হেন্না জাৎ তোনগনী নায়িকা অদু মীনাই নুপী ওইগনী কৈশিকী ভারতিবৃত্তি ওইগনী। অঙ্ক অনি লৈগনী য়ুথকপাগী ৱা। ইহুনা কবিগী ৱা কোংদোক্নী, তাল লায় হরাউ কুম্মৈ য়াম্না য়াউগনী।

খুদম ঃ—শৃঙ্গার তিলকনী।

( চ ) উল্লাপ্য ঃ—উপরূপক অসিগী নায়ক অদু ধীরোদ্ধাত্তনী ৱারোলনা সর্গগী মরমদনী অঙ্ক ১ লৈগনী। শীল্লককা পউপরূকবা শরুক থর হাস্য শৃঙ্গার করুণ রস লৈগনী আসংশা লৈগনী।

সর্গ :— ( দিব্য লাইগী ওইবা ) মথুং মশা' লৈবা ( শীল্প ) লানগী ৱারি য়াউগনী অগ্রগিত কৌবা পুক্লিং হুরবা সজিত লৈগনী নায়িকা মরি লৈগনী। করিগুম্বদা অঙ্ক-তম্ম লৈ শীল্পপা।

মরম :—দেবী মহাদেবমূনী।

৮ কাব্য উপরূপক : অসিদা আরভতি বৃত্তি য়াউদবা অঙ্ক ১ লৈগনী, মোকপগী মরম লৈগনী, খণ্ড মাত্রা দ্বিপদিকা ভগ্নতালগী ঈশৈ লৈগনী, বর্ণমাত্রা ছাগনিকা সন্দ লৈগনী। শৃঙ্গার রস য়ায়া য়াউবা ৱাহৈ লৈগনী, মধুবু কাব্য উপরূপক কৌই। নায়ক অমু ধীরোদ্ধাত্ত ওইগনী নায়িকা ধীরোদ্ধাত্ত ওইগনী। মুখ প্রতিমুখ নির্বহণ সন্ধি অহুম লৈগনী

খুদম :—যাদব উদয় লাইরিকা।

৯। প্রেঙ্খন পরূউপক :—অসিদা গর্ভসন্ধি বির্মষসন্ধি লৈতবা নিকৃষ্ট ( লমচং অতোপ্পবা ) ওইবা সূত্রধার বিষকম্ভক প্রবেসক ( চংবা ) লৈরোই, অঙ্ক ১ তা লৈগনী বাহুযুদ্ধ ( পান্থোম পান্থোম মুক্নবা ) লাল ওইগনী শাউনা ভাংবা ওইগনী কৈশিকীনাচিংবা—বৃত্তি পুন্নমক লৈগনী মসিবু প্রেঙ্খন উপরূপক কৌই। মসিদা স্থপথ ( *off* ) ভগী নট-অমানা নান্দি অমান্নং প্ররচনা পাগনী।

খুদম :—ৱাঙ্গি বোধনী।

১০। ( হ ) রাসকউপরূপক :—পাত্র ( ৫ ) মুখ অমান্নং নির্বহণ সন্ধি ( ২ ) সংস্কৃত ( লোন সাহিত্যিক ওইবা )

চংনবী ( কোলোকোয়েন ) ওইগনী ভারতি বৃত্তি লৈগনী সূত্রধার যাউরোই ভান্ধ অমাগী লিল্লানি প্রমান ( শ্লেষ ) বিথঙ্গ জগোই ঈশৈনচিংবা কলা ৬৪ লৈগনী নান্দি শ্লেষ যাউগনী নায়িকা অহুন মমিং চংপি ( বিখ্যাত ) ওইগনী নায়কনা মূর্খ ওইগনী চরিত্রদি অহুগা মথং মথং নায়ক অহু পুকচেল চাউবগী মরমদা শেমলকনী অসিগুম্বা উপরূপকপু সাসকউপরূপক কৌই। কনাগী য়ন্ত-তা প্রতিমুখসন্ধিসু লৈগনী।

খুদম :—মেনকাহিত কাব্যদা উগনী।

১১। সংলাপক উপরূপক : অঙ্ক ৩ নত্রগা ৪ লৈগনী নায়ক অহু বিধর্ম্মী ওইগনী ( ধর্ম্মা তিন্নদবা ) ওইগনী শৃঙ্গার করুণ নত্তনা অতৈ সর পুম্নমক লৈগনী সহরবু কোইহুনা থম্বা লোনম তৌবা লান তৌনবা, কিবদগী ইকিং ফিংনা চেন্নবা ( বেষ্টভা তৌকম্ খংদনা চেন্নবা ওইগনী। ভারতি অমাসুং কৈশিকী বৃত্তি লৈরোই।

খুদম :—মায়া কপালিক।

১২ (ক) শ্রীগদিত উপরূপক :— অসিদা অকাউবা ( প্রসিদ্ধবৃত্তান্ত ) বারোল ওইনী অঙ্ক ১ লৈগনী নায়কনা ধীরোদ্ধাত্ত অমাসুং নায়িকা ( প্রসিদ্ধ ) মমিং লৈবি ওইগনী গর্ভ অমাসুং বিমর্ষ সন্ধি লৈতে ভারতি বৃত্তি য়াম্না শিজিন্নৈ, শ্রীসব্দ শিজিন্নৈ মসিবু শ্রীগদিত উপরূপক কৌই।

খুদম :—কৃড়া রসাতল লাইরিকনী।

কানাগুম্বগী মতু নটি অমানা লাক্বগী মথক লৌহুনা ঈশৈ থর থর শকপ লাইরিক পাবনাচিনো। তৌই অহু অমাতা লৈ

১৩। শিল্পক উপরূপকতা—অঙ্ক মরি লৈগনী বৃত্তি মরি লৈগনী সাত্ত্ব অমদি হাস্য রস নত্তনা অতৈ রস য়াওগনী নায়ক্পা ব্রাহ্মণ ওইগনী, সোশান (মো'কন) নচিংবগী রারেং য়াউগনী। উপনায়কনা হিন্নব্যক্তি। অতোনবা পুকচেল পিকপা ওইগনী। সিলপক অসিগী অঙ্গ কুনতরে ২৭ লৈ॥ শিল্পক উপরূপক অসি অঙ্গ ২৭ খাইরি মথুদি :—

১৪। (১) আশংসা অমুক হল্লকনী হায়না নিংবা ২) তর্ক মরৈ য়েংনবা (৩) সন্দেহ চিংনবা। (৪) তাপ =মৈশা লাংবা, (৫) উংবেগ — পুক্লিংদা লাংতক্পবা, (৬) প্রসক্তি=কন্না য়ান্না পামজবা (৭) প্রযত্ন— চেকশিন্না হোৎনবা যত্ন তৌবা (৮) গ্রথন=লেংজবা শেমজবা (৯) উৎকণ্ঠা—পুক্লিং রাখল অমা কন্না খনজবা (১০) অবহিথ্যা—থরাই তাবা পুক্লিং চংবা।
(১১) প্রতিপত্তি = মিংচৎ লৈবা মীনা খংনবা।
(১২) বিলাস—হরাউবা শানবা ১৩ আলস্য - তনথবা
(১৪) বাস্প—মনিন কাবা (১৫) প্রহর্ষ=হরাউবগা লোইনবা (১৬) অশ্বাস - থাজবা (১৭) মূঢ়তা অপংবা (১৮) সাধন অনুগম = নিংবা থুংনবা পাম্বৈ-অপাম্বা থুংনা পাম্বৈ। (১৯) উচ্ছাস—থম্মোই পোম্বা লাংতক্পবা (২০) বিস্ময়—অঙকপা (২১) প্রাপ্তি— নুংঙাইবা ফংবা (২২) লাভ পোৎ ফংবা (২৩, বিস্মৃতি অকাউবা নিংশিংদবা (২৪) সংফেট—অশম্বা।
(২৫) বৈশাবদ্য—হৈশিংবা (২৬) প্রবোধন—খংহনবা, তাকপা (জ্ঞান দান) (২৭) চমৎকৃতি - অঙকপা।

খুদম ঃ—কনকাবতী মাধব লাইরিকনী॥

বিলাসকা উপরূপক :—শৃঙ্গার য়াম্না লৈবা অঙ্ক অমা লৈগনী লগ্নাজ্ঞা মথল ১০ বিদূষক, বিট পিঠর্মদ লৈগনী গর্ভ বির্মষসন্ধি লৈরোই নায়ক পুকচেল পিকপা তোনবা ওইগনী বারোল য়ামদবা ফিজেৎ অফবদা শেৎকনী মসিবু বিলাসিকাউপরূপক কৌই।

মসি কনাগুম্বনা লাসিক, বিনায়িকা (নায়িকা য়াউদবা) কৌই। রূপক অসি দুর্মল্লিক উপরূপক মমুং চল্লি।

দুর্মলিকাগী লক্ষন নৈনর্রসি :—

(স) দুর্মল্লিকা উপরূপক তা অঙ্ক ৪ লৈগনী কৈশিকী ভারতি বৃত্তি লৈগননী, গর্ভসন্ধি লৈরোই। পাত্রশিংদি হিরম পুম্নমক্তা হৈশিংগনী নায়ক অহু হন্থবা থাকী ওইরোই মসিদ বিটগী মান্নবা য়াম্না লৈবা ১বা অংক অহুদা নালি অহমগী মতম চংগনী ২বা অঙ্কদা বিদূষকী কাগিগী বারোন অমাম্বুং নালি ৫। ৩বা অঙ্কদা (মথক্তগী লক্ষন অসি য়াউবা) পিঠর্মদ হরাউ কুম্মৈগী বারি য়াউবা নালি ৬/৪ শুবা অঙ্কদা মকোক ওইবা নায়কী হরাউ কুম্মৈ শাদানবানাচিংবগী শান্নবা য়াউগনী। নালি অমদি নাড়ী মতমগী মরমদা।

সমরকার উরূপক্তা হায়রে। কনাগী মত না নারি অসি দণ্ড অনিগী মতমনী।

ধুবম :—বিন্দু মতিনী।

প্রকরনি উপরূপক :— নাটিকা উপরূপকী নায়ক্তি বণিক (ললোনবা) ওইগনী, নায়িকাম্বু জাৎ মান্নগনী। মহুম্বু

প্রকরনি কৌই। উপরূপক অসিদা লুপীগী লমচৎ মথন ৭/১০/৮ লৈগনী, সাহিত্য ওইবা অমেংবা অথোংপা বান। কন্ননা হায়গনী অহুগুম্ব। লমচংকী রূপা অমা য়াউগনী মরু ওইনা কৈশিকী বৃত্তি শাজৎ চংকনী মুখ-নির্বহণ-সন্ধি ২ অসি লৈগনী; তাল লয় য়াম্না লৈগনী মহুবু প্রকরনি উপরূপক কৌই।

থৃদম:—কেলি রৈবতকনী।

হল্লিস উপরূপক: নায়ক অমাতা ওইগনী নায়িকা ৮/১০ লৈগনী কৈশিকী বৃত্তি ওইগনী। জগোই ঈশৈনা পুং ওইগনী।

ভনিকা উপরূপক: নেপথ্য নিংথিনা লৈগনী মুখ নির্বহণ সন্ধি য়াউগনী। কৈশিকী ভারতি বৃত্তি লৈগনী, অংক অমাতনা শাগনী নায়িকানা য়াম্না উত্তম ওইগনী নায়কনা অতোনবা ওইগনী মসিদা অঙ্গ ৭ লৈগনী অঙ্গ তরেৎ অহুদি (১) উপন্যাস, (২) বিন্যাস (৩) বিবোধ (৪) সাধবস (৫) সমর্পণ (৬) নিবৃত্তি (৭) সংহার অসিনী।

(১) উপন্যাস:—করিগুম্বা থৌরম অমাদা থবকীদমক ভাংবাবু কৌই।

বিন্যাস:—উপন্যাস লক্কনসি য়াউবা হায়দোক্কনা তাকপা অহুবু বিন্যাস কৌই।

বিবোধ:—অরানবা কোক্লবা তৌবা থৌরম অহুবু বিবোধ কৌই।

সাধ্বস:-মীনম্বা বারি অমা হায়জিনববু সাধ্বস কৌই।

সম্পর্ন :—শাউবা অমাস্থুং অর্ন অনাদগী মীচৈ য়াউবা বাহৈ শিজিন্নববু সমর্পন কৌই।

নিবৃত্তি :—খুদম অমা পন্দুনা হায়বাবু নিবৃত্তি কৌই।

সংহার : করিগুম্বা থবক অমা লোইববু সংহার কৌই।

বাশিং অসি শেংনা খংলগনী হায়দুনা খুদম পিজদরে।

খুদম : -ভানিকাগী খুদমদি কামদত্তনী।

শব্যকাব্য উপরূপক :—ভাবদদি মুংঙাইগদবা য়েংবদদি মুংঙাইরোইদবা অদুবু শ্রব্যকাব্য উপরূপক কৌই। মসিদা দৃশ্যকাব্যগী মতৌগুম্না য়েংবা য়াবা মরম অমাত্তা য়াউদে অদুনা ভাবগী মরম ওইবনা শ্রব্যকাব্য হায়বনি॥

মসিদা গম্ভ অমাস্থুং পম্ভ ওইবা মরমদা ইগনী॥

( পদ্য বারেং ) পদ্য :—শৈরেং ) সম্দ য়াউবা বাবু পদ্য কৌই, শৈরেং মপুং ফারবা অমাত্তবু মুক্ত কৌই। অমাগা-অমাগা মায়োন্নদুনা পদ্য ২ লৈমিন্নরবদি অরোয়বা ভাবক্রিয়া য়াউ-রবদি মদুবু যুগ্মোক কৌই, ভাবক্রিয়া য়াউবা শৈরেং অহুম্না তিল্লদি মদুবু সন্দনিতক অমদি বিশেষক কৌই। অহুম্না শৈরেং মরি তিল্লগা কলাপক কৌই। শৈরেং ৫ দগী হেনবা অরোইবা ক্রিয়া য়াউবা শৈরেং অদুবু কুলক কৌই।

মুক্তক কী ফিবমদি :—বিশ্বনাথ কবিনা লেংবা সপ্রানন্দ-নী।

হায়বদি :— অকাইবা লৈভনা মুংঙাইবগী মশক ওইবা
হম্বুবা লৈভবা, মপান লৈভবা
পোকপা লৈভবা ব্রহ্ম কৌবা পোৎ ( কৈ)
ব্রহ্মবু ওহাক্তং উজনিংবনা -
লাইমিংবাশিং অদুনা

খাখল চেংনা থজে,
মথুরা কোম্নুংগী ভনৌবীশিংনা
অদুম্বা ব্রজবু কোনজবহুনা
মপুক্সি অদুবু ধন্য অতাংবা ওইহনরে ॥

যুগ্মক-কী থুদম :—হে ! মুংশিবী
নংগী মুংশিজবদা গাউরবা
নংনা চুবা মেৎচুনা }
লৈরিবা করিগীনে। ?
নংগী মুংশিবা নায়ককী মকগদা
পুকচেল হোংবদি চুমদে
শজি মিত্তা তাবিহুদা
রা হায়গে হোংনরকপদা
হৈনৌ কোন্দা
খোইমুনা মুংশিনা চংবদু হৌখি।

মুপা অসিনা মাগী চায়বীগী মকমদা থেমজিল্লিগেসিমকদা খোইমুনদু হৈনৌ মপান কোন্দ চংলি। মতাং অসিদা খোইমুদু নায়কনী, মুপা অদুদু নায়কি। অসিবু যুগ্মক কৌই মতম অমত্তদা নায়ক অনিগী থৌদোক পাংথোকপা অসিবুনী।

## মহাকাব্য বু মৈনরকপী ॥

(ট) সর্গ :— (মতাং) খাইবা থোইদোকপা মখলগী কাব্যবু মহাকাব্য কৌই, ধীরোদাত্ত, দেবপুরুষ, অসিনা মহাকাব্যগী নায়ক ওইগনী।

থুদম :—কুমার সম্ভবতা কার্ত্তিকনী। নত্রগা শাগে অকবদা পোকপা ধীরোদাত্ত গুণ চেনবা কেত্রী ওইগনী॥

নৈষধচরিত-তা নল্ কিরাত অর্জ্জুননী। ক্ষেত্রী নত্তবনাসু ওইবগী রা লৈ, নিংথৌনসু নায়ক ওইবা য়াই, অদুদি রঘুবংশ গী দিমৌপনী, মহাকাব্যদা শৃঙ্গার বীর সান্তরস অহুম অসিদগী অমানা প্রধান মকোক ওইগনী।

খুদম : নৈষধদ শৃঙ্গার, শিশুপাল অমাসুং কিরাত অর্জ্জুনদা বীররস ওইগনী মহাভারত-তা সান্তরসনী রামায়নদা করুণ রস ওইগনী। অতোপ্পা রস অতৈদি অঙ্গ ওইগনী মুখ=প্রতিমুখ নাচিংবা সন্ধি ৫ লৈগনী। মহাকাব্যগী মারোলদি মীনা খংনবা য়াম্না কক্তবা লমচংনা লৈতেংবা ওই, ঐতিহাসিককী মীওই ওইগনী ধর্ম্মা, অর্থ মোক্ষ কাম বর্গ ( কাংলুপ ) ৪ থাইগনী।

ধর্ম্মা : অকবা ধর্ম্মা, অর্থ—শেল লল। কাম- অপাম্বা।

মোক্ষ :—অরান খুবম॥

কৃষ্ণ : - বলরাম, প্রদ্যুম্ন অণিরুদ্ধ ৪ অসিনী।

ধর্ম্মা : অর্থ=কাম=মোক্ষ।

বর্গ : -কাংলুপা মরিমক য়াউগনী অহুম মরি অসিগী মমুংদা ১না মকোক ওইগনী।

অহানবদা লাইনচিংববু খুরমহুনা, আশির্ব্বাদ নিগনী পোং উত্থুনা তাকপা॥

খুদম :—রঘুবংশ কাব্যদা=খুরম্বা।

কককমনিহরনদা=আশির্ব্বাদ,

কুমারসম্ভবতা=পোৎশক লেপ্পা।

মক্তম খরদনা লৌনমতৌবা অতোনবা মীবু নিন্দা তৌবা, অমাদি সাধুশিংগী মগুণ কোংদোকপা য়াউগনী সর্গ ( মতাং ) শিং অহু সন্দ মখল অমা ওইগনী মসি লোইরুপা

অতোপ্পা সন্দা অমা শিজিন্নৈ। করিগুম্বদাসু সন্দ মথল য়াগ্না শিজিন্নবা সর্গসু য়াউই। মতুদি—কিরাতঅর্জুন পঞ্চসর্গগা শিশুপাল বোধগী ৪ শুবা সর্গদা য়াম্নাসু তেন্দবা য়াম্নসু শাংদবা ৫/১০ কাউবগী মমুংদা শ্লোক য়াউবা সর্গ নিপানদগী কেনবা অসি মহা কাব্যদা লৈ। (অয়াম্বনা হায়রৈ সর্গ অসি ৩০ দগী হেল্লোইদ বন।

সর্গগী লোইরবমদাইদা মথংগী সর্গগী হায়গদবাবু হায়গনী। সম্ভগ, শৃঙ্গার বীর অসিনা মকোক ওইনা লৈগনী সন্ধ্যা, সুর্য্য, চন্দ্র রাত্রি অহিং প্রদোষ—নোংচুপনবা চিংথেছনবা অন্ধকার = অমম্বা, দিন = নুংথিল প্রাতকাল = অয়ুক, মধ্যাহ্নকাল = নুমিৎয়ুংব'; মৃগয়া = শাতানবা, পর্ব্বত = চিংজাউ ঋতু = থা বন = অশোংবা, সাগর = লাঁজ ইপাক, সম্ভোগ = তিন্নবা, বিরহ = কাইনবা, মুনি = মুনি, স্বর্গ = লাইরৈবাক নগর = কোম্নুং, যজ্ঞ = যজ্ঞ, যুদ্ধযাত্রা = লাংগী যাত্রা তৌবা, বিবাহ = লুহোংবা, মন্ত্রনা রাভানবা পুত্রজন্ম = অঙাং পোকপা উনবা॥ হিরমশিং অসি অজ পুম্নমক অমাদি সন্দ পুম্নমক্তা লোইন্না মরি লৈনবা হিরম পুম্নমক হায়গনী।

সন্ধ্যা বর্ণনাদা:—নুপী অমাসুং নক্ষত্র থোরকপা অমসুং সুর্য্য-বর্ণনাদা:—মহৌশাগী লৈ, ঈশিং, জিবশিংগী, করম তৌবগে তাকনী কবিনা লেংগদৌরিবা হিরম অহুদা মক ওইবা অচম্বগী মহুংদা মম্নিং থোন্নৈ। কবিগী মমিং লৌহুনা থোনবসু য়াই মতুদি—মাঘাভারবি অসিনাচিংবনী। লেংগদবগী হিরম লৌহুনা থোনবনা কুমার সম্ভোবনী; নায়কি মমিং লৌহুনা থোনবনা রঘবংস নৈষধচরিত অসিনা চিংবনী।

অহুগা নায়ক নত্তবা অচম্বা (অপ্রধান ওইবা) দনা মারকণ্ড পুরান ভট্টিকাব্যানি (বানভট) সর্গ (মতাং) গীনা লেংগদৌরিবা হিরম অহুদা থোরে। মহাকাব্যদা সন্ধিশিং অহু শুমলিবা মথৈ য়াউহনগনী। মগুদি মুলদা বহুবচন শিজিন্নরী য়ায়া শিজিন্নবদি নত্তে, ঈরোইহুনা শান্নবা মধুপান ভোবা (সাজপাজ) অসি শিজিন্নে।
থুদম :—রঘুবংশ শিশুপাল বোধ, অসিনচিংবনী মহাকাব্য ইরিবা মীশক্তু ঋষি ওইরবদি সর্গ বু আধ্যায় কৌই। থুদমদি মহাভারতনী মসিদা গছগী বারেংগী শরুক য়ায়া লৈরবস্মু পন্থগী শরুক শৈরেংগী শরুক য়ায়া লৈবনা পত্ত লেংবগী মনুংচনবা মহাকাব্য ওইগনী॥ মহাকাব্যসি চংনবি লোন্দা ইরবদি (প্রাকিতভাষা) আশ্বাস কৌই। চংনবী লোন্দা ইবা অসি "স্কন্ধক" সন্দ শিজিন্নে করিগুম্বদনা "গলিতক" সন্দ শিজিন্নে
থুদম :—সেতুবন্ধ—কুবলয়া শ্বচরিত।
অপভ্রংশ (লোনথৈ ভাবা লোন) অহুগুবা লাইরিক অহুগী সর্গশিংবু কুড়ূবক কৌই (উরোক জাং অমাগী মমিংনী) অপভ্রংশ লোন অহুগী সন্দ অয়াম্বস্মু শিজিন্নে। থুদম :—কর্ণপরাক্রম্ লাইরিকনী।

(১) সংস্কৃত প্রাকৃতভাবা অপ্রভ্রংশ সৌরশ্রেনীন চিংবা থৈথরকপ লোলশিংদা নন্থহুনা সর্গ অধ্যায়শিং অহু থাদোক্সুনা হায়গদবহ্ পাংথোকুবশীন্দবক শৈরেংতনা তাকলবদি কহ্ কাব্য কৌই।
মসিগী সন্ধিশিং য়াউরোই সংস্কৃতনা হোরগা সংস্কৃতনা লোইগনী প্রাকৃতনা হোরগা প্রাকৃতনা লোইগনী হায়বদি হৌথিবা লোন অহুনা লোইবা\অসি নিয়মনী।

খুদম ভিক্কাটনম :—আর্যবিলাস অসিনী।

মথক্তা হায়খ্রিব। মহাকাব্যগী লক্ষন খরদি ইল্লগ। সস্কৃত গদ্য ইরবদি কাব্যগী লক্ষনশিংস্তু মপুং য়াম্রবদি অদুবু খণ্ড কাব্য কৌই। মহুদি মেঘদুত, মহৈ মহৈ মরি লৈনদবা অদুবু কোষ কৌই, (ত্রজ্যা ময়েক মপিদা ইবা মহেক মপিদা ইবা) খুদমদি মুক্তাবলিনী।

গদ্যকাব্যগী রা হায়গে।

শ্রাব্য কাব্য (তানবা কাব্য) দা সন্দগী নিয়মশিং অদু ইল্লরবদি মহু গদ্য কাব্য কৌই। গদ্য কাব মখল মারনী (১) মুক্তক (২) বৃত্তসন্ধি (৩ উৎকলিকাপ্রয় (৪) চুর্নক অসিনী।

মুক্তক :—গদ্য অদু ইবদা সমাস (তাইশিন্নবা) য়াউত্রবদি গদ্যদনা ইরবদি মদুবু মুক্তক কৌই। খুদম দ্রোণীয় পাণ্ডব অসিনী

বৃত্তসন্ধি :—খারেংদি ওইরগা সন্দস্থ খর য়াউবা গদ্য কাব্যদুবু বৃত্তসন্ধি কৌই।

উৎকলিকাপ্রয় :—সমাস য়াম্না য়াউবা খাংনা তিন্দুনা লেংবা অদুবু উৎকলিকাপ্রয় কৌই।

চুর্নক :—পদ্য খরদা য়াউবা সমাস য়াউবা রচনা অদুবু চুর্নক কৌই।

মুক্তকগী খুদম :—গুরুর বচশি পদ খুদিং মক্তা সমাস য়াউদে

বৃত্তসন্ধি খুদম :—সমরকণ্ডরণ, কুণ্ডলিকৃত্তকদণ্ড দা অনুষ্টুপ সন্দ পাদনী সমরকণ্ডরণ হায়বা শব্দ অসিদা সম হায়বা ময়েক ২ অসি খাদোকলগা রকণ্ডরণ হায়দুনা শিজিন্নে মসি অনুষ্টুপ সন্দনী (ময়েক নিপাল্লনি)।

(ঙ) উৎকলিকাপ্রায়গী খুদমদি বিশ্বনাথনা লেংবা অণিসবিশুমর অসিনাচিংবনী মসিদা সমাস য়াম্না তৌই। চূর্নককী খুদমনা গুনরত্ন সাগরনী মহুদা পদ অমানী নত্তুনা সমাস শাংনা য়াউদে। কথা হায়না কৌবা বারেং কাব্যদা শৃঙ্গার রসনা মরু ওইনা ইনৈ মহুগী মফম কয়াদা আর্য্যা সন্দা বক্র সন্দ অপবক্র সন্দ শিজিন্নৈ। অহানবা হৌরকপদা শৈরেংনা দেবতাশিংবু খুরুম্বা অমুগা ফত্তবা মীশিংগী লমচৎ অমু রস য়াউন। ফজনা লেংই লৌনম তৌবনা চিংবা পদ শিংনা সাধু (অফবা) সিংগী চরিত (লমচৎ) কী মরমদস্মু শিজিন্নরি। কবিহুগী শাগৈগীবুস্মু খরদং ইনৈ।

কথাকাব্যগী খুদম :—কাদম্বরীনী॥ কাদম্বরী অসিদা শাগৈগী পাউ অমু খর ইার।

অখ্যায়িকা :— কাব্য অসি সদ্য বারেংগী কাব্যনী অসিস্মু শৃঙ্গার রসনা মরু ও'না ইনৈ।
মসিগুম্বা অসি ইবগা কবিগী শাগৈ অমদি অতোপ্পা কবিগী বারিস্মু ইনৈ। কবিগুম্বদা শৈরেংস্মু য়াউগনী। অখ্যায়ী কাব্যগী পরিচ্ছেদ অমু আশ্বাস কৌনৈ।
অশ্বাস হায়বা সন্দ অসি উশ্বাস হায়নস্মু খংনৈ। খুদমদি দশ কুমার চরিতনী।

আখ্যবক্র :—অমাস্মুং অপবক্র সন্দ অনিগী মরক্তা সন্দ অমানা অতোপ্পা হিরম অমা ইবগী মতাংদা মহুংগী লাককদবা হিরম অমুগী খর হায়গনী।

খুদম :—হর্ষচরিতনী অধ্যায়িকগী মরম অসি নায়কী ওই, কনানা অতোপ্পাগীনী হায় মসি কবিগুম্বা অরেপ্পা লৈতে

অহ্ দশ্তি মশামকপদি অথ্যান পূৰমক অহ্ গদ্য কাব্যগী মমুং চনগনী।

খুদম : পঞ্চতন্ত্ৰনী।

শ্ৰব্যকাব্যদা বাৰেং অমমুং শৈৰেং ২মক য়াউৰবদি মদুবু চম্পূকাব্য কৌই। মদুদি দেশৰাজচৰিত্ৰম্‌নী।

গদ্য শৈৰেং বাৰেংনা তিনবনা নিংখোদা হায়ৰবৰু অথোইবা স্তুতি কৌই। (লাক্ষোলশে)।

খুদমদি বিৰুদমনিমালানী।

কাব্যহ্ লোন ময়াম য়ামহ্না ইৰবদি মদুবু কৰম্ভক কাব্য কৌই মদুদি—প্ৰশস্তিৰত্নাবলীনী।

মতাং অসি সাহিত্যদৰ্পণগী ষষ্ঠ পৰিচ্ছেদগী নাট্যগী শৰুক খৰ মখেং লৌখ্রে।

---



লোইৰবা